অহুম শুবা

# মণিপুরী কলাকার

অফোংবা :-

মৈতৈ ময়েক অর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশন

উরিপোক নাওরেমথোং, ইম্ফাল।

১৯৮০ ইং

মমল লুপা ১০'০০

হকপুম্বা রিসার্চ এসোসিয়েশনগীনি

# ব্রাম্মাং ম্মানবা

পাবীগী মরানা লৈহাও চিংথংলি উনানা চিংথক্তে অচুম ওইনমক মরানা চিংথংলিবা কৈহাও অচু পাবীগী মশা পুম্নমক্তা শিন থুংনা থেন্নে। নহারোম্না তুংগী মুথীরেম্নি। মথোমদা ঈশিং চাইবা হায়বা অসি তুংগী অচৌবা সমাজ অমবু লেম্বনি। সমাজগী পুন্সিবু লুহনবনি নে ...কপা হায়বসি মৈতৈগী ভৎন থানবা য়াদ্রবা চংনবী মথল অমনি। মীওইবনা অচুকী মতিক বোম্লুক্লগা পুন্সি মহৈ য়ান্নি। নেংমুকপগা লোয়ননা ভান-শিল্পিবা মহৈ অচুনা তুংদা চাওথরলকই।

মীওইবনা কর্মগীদমক্তা মহৈ তমলিবনো। পুন্সি লমশাং চৎপদা মুংঙাইনা লমথুংফম য়োন ছয়ব মহৈ তম্লিবনি। মহৈ তম্লগা মুংঙাইবা-মাইফবা, মীংচৎ, লনথুম, অমসুং অরাব থুবম ফংই। মরম অসিনা মীওইবনা মহৈ তম্বিবনি।

ওকচাংগা গুণগা মরু থেগৈ। ওকচাং হায়বসি অরেপ্পা নত্তে; তৌইগুমসুং গুণ হায়ব অসি মতম লৈবা থিবিক্তা অমাংবা লৈত্রবনি। গুণ লৈবা মীবু মফম পুম্নমক্তা পুজা তৌগনি। মপান নাইদরবা সম্পত্তিবু ইকায় খুম্মদে মপুং ফারব পুণিমাগী থাজবু পুজা তৌমদে তৌইগুমসুং কবিসু লৈত্রবা ফীনচন্দ্র (নিনিপ নবা থাজবু) পুজা তৌগনি।

মরম অচুনা সংসারদা ফংলিবা পোৎ থুদিংমক্কী মমল তাংদে। ফাংবা হায়বা অসি লৈশানা লৈব ফংদব পোৎপুনি। সংসারদা তাংলিবা মমল নাইদ্রব পোংক্তি মীতনি। মরম অচুনা মীঙোন্দদি কবিসু লৈত্রবা লৈংথাগী মিংখংলদি ইরাং থোনিবা য়ারবা মীশকনি হায়দুনা ঐথোয়বা কলাকারশিংগী পুন্সি য়ারী কোংদোক্লুনা "মণিপুরী কলাকার" হায়না মিং থোন্দুনা সমাজদ লানথোকচরি।

মণিপুরী কলাকার অহুমগুবা শরুক অসিদা—য়াবী লিবা, তমাং লীলা যাওবা, নট সংকীর্তনগী ঈশৈ শকপা, শকপী, সমাজ সেবী, অইবা, পণ্ডিত, মাইবী, অশৈবা নাট্যদা থোংদারিবা, পুংয়েইবা, লাইহরিক থিবা, জ্যোতিষী অমসুং কবিরাজগী পুন্সি য়ারীনি। মথোমশিং অসিদা কবি

করি মগুণ য়াওরিবগে? মখাগনা মতৌ করম্না অমাং অতৈ লৈত্রবা মিংচংকী উমৈৎ খিনখিব্রনা অপাবশিংনা থংবিগনি। তোঙান তোঙানবা কলাবিজ্ঞানী কৈরাক্তা কাশিংবা ভুংগী নহারোলশিংগী লমজিং পীগনি হায়না থম্বা এসোসিয়েশনগী থুদোংদ অসি সমাজদা লাক্নোকচরি। কনা কনা গুণ পুখচেক চাওরবা মীওইশিংনা ঐখোয়না তৌজরিবা থবক অসিবু অঙাওবা থবকনি হায়বা য়াওদবস্ নত্তে। রিসার্চ এসোসিয়েসনগী হায়রগা কলচরেন রিসার্চ তৌহুমা লৈরে হায়বস্ য়াওদবা নত্তে। অঙ্গগুবা মী অমত্তু ঐখোয়না মীনি হায়না লৌজদে।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা মতিক চাবা কবি, লেখক, নাটককার, অমৈবা অমসুং কলাকারশিং মশিং য়াংপা নত্তে। অদুম ওইনমক মখোয়বু শক খংবিবা মপাম্বা খংহনবিনবা পাঙৈ গুপতে লৈতে। মরম অদুনা মণিপুরদা মনিঙ্গবা কলাকারশিং ইরোম্নদা কনানা খংনা উবা লৈতনা লোক্নবা লৈরি। খা ভরত অমসুং অমাং ভারতকী মীশিংনা মখোয় মশেল অমগা অমগা খাগৎনদুনা মুংশিননা থুংশমনা চৎমিন্নদুনা হিরম থুদিংমক্তা সমাজগী সেবা তৌরি অমসুং মীখেংই মীহেনবা ওইরি। ঐখোয়গীদি কদায়? মীগীদি হিরম থুদিংমক্তা লাইব্রিক ওইনা লৈ হায়বা য়াই। থুদম ওইনা হায়বদ—চহু শারগী লাইরিক অফোংব লৈ। মহৌশা লাই.রঙ্গীনা পীরবা মুয়া খোংদোংলৈনা ওজানি হায়বদি সার্চানি। সিরোনা থুদোং চাবস্ ইখোকপা কোংদোকপা বাংলি। মরম অদুনা মনি ওইদুনস্ খোংদা লৈবা তংদোক্তিবা মনি ওইনা তদুনা লৈরিবনি।

সম্পাদক—

তাং ২৭ | ৬ | ৮০ ইং

# হিরম লমাই

———

# অশোয়বা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অশোয়বা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩ | ২২ | ৩১ | ২৯ |
| ৪ | হেডিং | মুক্তৈ | মুক্তাদৈ |
| ৪ | ৬ | চুপ | চু প |
| ৫ | ১৮ | মিখিবী | মিংখিবী |
| ৮ | ১৯ | প ংখোকখি | পাখোকখি |
| ১০ | ৮ | মরেক তাদবা | চিথদবা |
| ১১ | ১৪ | মেরিচ | মেরিত |
| ১৩ | ১৭ | ৯৭৮ | ১৯৭৮ |
| ১৩ | ২০ | মরেক তাদবা | পাবদুনা |
| ১৫ | ২৩ | থজাবমগী | দুজাবমগী |
| ২০ | ১ | মরেক তাদবা | অমাদম |
| ২০ | ১ | ,, | মিংহে |
| ২১ | ১ | ৯৬৭ | ১৯৬৭ |
| ২১ | ৪ | কওবা | কাওবা |
| ২১ | ১০ | উচুখেম | উচুখোল |
| ২১ | ৯৭ | মরেক তাদবা | ফুমাইলাংপম |
| ২১ | ৯৭ | কৈশ্যামপাং | কৈশামপাং |
| ২১ | ৯৮ | মরেক তাদবা | কাহ্লাই |
| ২১ | ৯৯ | ,, | তোম্বা |
| ২১ | ২০ | ,, | শয়োকথাইবম ওজা |
| ২২ | ৬ | মম | মমা |
| ২২ | ৯৯ | মরেক তাদবা | ওজাশিং |
| ২০ | ২ | ,, | কৈখাক্লা |
| ২২ | ৯২ | ,, | কলাকার |
| ২৪ | ৫ | ,, | খর্দাগী |

| লাবাই | পরেং | অন্নানবা | অচুবা |
|---|---|---|---|
| ২৬ | ৯৯ | মরেক তাদবা | ৯৯১৭ |
| ১৭ | ১২ | ১৯২৫ | ১৮২৫ |
| ১৮ | ৯ | ৯৫০ | ১৯৫০ |
| ৩৪ | হেডিং | সিহ | সিংহ |
| ৩৬ | ১৬ | মরেক তাদবা | শাস্ত্রী |
| ৩৮ | ১৫ | ,, | শিলংদা |
| ৩৮ | ১৬ | ,, | চিকাগো |
| ৩৮ | ২৩ | মরেক তাদবা | সেবা |
| ৩৯ | ১২ | ,, | সমাজগী |
| ৪০ | ২ | রাষ্ট্রপ্রচার | রাষ্ট্রভাষা প্রচার |
| ৪২ | হেডিং | মরেক তাদবা | বোংবাইখের |
| ৪২ | ২ | মিন | মিংনা |
| ৪৩ | ১৭ | মরেক তাদবা | চেংথৈনরোম |
| ৪৩ | ১৯ | ,, | মগুংদা |
| ৪৫ | ৯ | ১০৫ | ১৯০৫ |
| ৪৬ | ৯ | মরেক তাদবা | ওজা |
| ৪৬ | ৯ | ,, | সিংহ |
| ৪৬ | ৯ | ,, | কুরাইলাংপর |
| ৪৬ | ১১ | ,, | অসিনচিংবরি |
| ৪৬ | ২৯ | ,, | মনা |
| ৪৬ | ২৭ | ,, | মাংদনা |
| ৪৭ | ৯ | ,, | ওজা |
| ৪৯ | ৯ | ,, | ফোংলবা |
| ৪৯ | ১৮ | ১৫৯ | ১৯৫৯ |
| ৫০ | ৯ | মরেক তাদবা | নাওথিংখোং |
| ৫০ | ১৫ | ৯৩৫ | ১৯৩৫ |
| ৫০ | ১৯ | ৯৭৯ | ৯১৭৯ |
| ৫৫ | ৯ | মরেক তাদবা | মজুংদা |

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুবা |
|---|---|---|---|
| ৫৪ | ১৬ | মযেক তাদবা | ওজা |
| ৫৪ | ১৮ | খোজা | খোংজ্রা |
| ৫৫ | ১৭ | মযেক তাদবা | মতুংদা |
| ৫৫ | ১২ | ,, | সেবা |
| ৫৫ | ১৫ | ,, | ১৯৬৬ |
| ৫৫ | ২০ | তোনিঠাকুর | তোনঠাকুর |
| ৫৫ | ২৬ | মযেক তাদবা | সিংহ |
| ৫৬ | ২ | ,, | এলাংথাংপোকপী |
| ৫৬ | ৫ | বাহেংখোংমল | বাহেংখুমল |
| ৫৭ | ১৬ | পাট্টা | পার্টি |
| ৫৮ | ১৩ | মযেক তাদবা | পোংশংবমদা |
| ৬০ | ১৬ | ,, | খোংদাহন্নিংথি |
| ৬০ | ২৩ | শাস্ত্রবিদ্যা | শাস্ত্রবিদ |
| ৬২ | ১ | ৯৩৩ | ১৯৩৩ |
| ৬২ | ৭ | ৯৩৬ | ১৯৩৬ |
| ৬২ | ৯ | ৯৩৮ | ১৯৩৮ |
| ৬৩ | ১০ | মযেক তাদবা | শিংথানবা |
| ৬৩ | ১৬ | ,, | শ্রীসিংহগী |
| ৬৩ | ২৭ | ,, | পাংথি |
| ৬৫ | ৬ | বাতা-বারোন্দা | বাতাবরনদা |
| ৬৬ | ৭ | মযেক তাদবা | সিংহ |
| ৬৬ | ১০ | ,, | থুদোংচাবা |
| ৬৭ | ৯ | ,, | খোংদাবা |
| ৬৭ | ৪ | ,, | ফংথি |
| ৬৮ | ১ | ৯০০ | ১৯০০ |
| ৭০ | ২ | ,, | শগোলবন্দ |
| ৭৪ | ১৯ | ,, | মথংদগি |
| ৭৫ | ৯ | কোংদোক্কনা | কোংদোক্কুনা |

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৭৬ | ২ | কৌবিরমা | কৌবিরমো |
| ৭৮ | ৭ | কুলিচন্দ্র | কুলচন্দ্র |
| ৮০ | হেডিং | মরেক ভাগবা | ইবুংঙোতোম |
| ৮১ | ৯ | ,, | মখাদা |
| ৮১ | ২১ | থুলবা | থুলক |
| ৮২ | ৩ | মরেক ভাগবা | মাঙেরমখোং |
| ৮২ | ৫ | লৈরেম | লৈরেন |
| ৮৩ | ৩ | ১৬৫ | ১১৬৫ |
| ৮৩ | ৯ | মরেক ভাগবা | থুংনা |
| ৮৪ | ১ | চঙনা | চঙ্‌না |
| ৮৪ | ৩ | মহৈরোল | মাহৈরোম |
| ৮৪ | ৬ | নম্রি | নম্রে |
| ৮৪ | ৯ | ২ শুবা | ৪ শুবা |
| ৮৪ | ১৩ | মরেক ভাগবা | লক্ষ' |
| ৮৪ | ১৯ | ,, | মথুর' |
| ৮৪ | ১৯ | ভলক | ৬ লক |
| ৮৫ | ১ | পামশিন্নবা | পামশিন্নবা |
| ৯২ | ৯ | খোইরেম | খোইরোম |
| ৯২ | ২ | খোইছুব | খোইছুম |
| ৯২ | ১২ | ওজা | ওঝা |
| ৯২ | ১৪ | লেব | লেব |
| ৯৩ | হেডিং | সোরোখাইবম | সোরোকখাইবম |
| ৯৩ | ১২ | লেবা | লৈবা |
| ৯৫ | ২০ | মরেক ভাগবা | শাস্ত্রীবু |

— — — —

# শ্রীঙাইরাংবম অমুবা সিংহ

শকাব্দ ১৮৪৫ ইঙা থাগী ১২নি পানব লৈরাকপোকপা মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা তোম্বেন সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা লক্ষী দেবী কৌই।

## পোকফম লমদম :- হৈঙাং কোম্বাদনি।

শিক্ষা :— চহি ৫/৬ চংলকপা মতমদ লাইরিক তম্বা হৌখি। এল, পি স্কুলদা প্রথম শ্রেনী ফাওবা তমখি। চহি ১১ শুরকপদা ভাষা লাইরিক তথেম্বম শেঙ্গোই সিংহ ওজা অসিদা তমই। তমখিবা লাইরিকশিংগী মমিংদি - রামায়ণ, ভারত, গীতা, সারস্বত ব্যাকরণ, বায়ুপুরান, রাধা মাধব, গোবিন্দ লীলামৃত, প্রেম বিলাস, শ্রীমদ্ভগবত, লীলা, বিবরিত বিলাস অসিনচিংবনি।

চহি ১৫ রোম শুরকপা মতমদা নহা অমা ওইবী থাদোকপা মান্নবা বিরা, মৃদঙ্গ শাম্বা মায় নিংথিনা তমখি অমদি শান্নরকখি।

বারীলিবা তম্বা :- চহি ১৮ শুরকপা মতমদা ওজা বামন অমুবদা বারী লিবা পামজদুনা অমদি গুরু ওইনা লৌরীদুনা বারী তমখি। মথংদা ভাগেপম তোম্বী সিংহ সাং থুরাই, লোইবম লৈকাইদা লৈবা ওজা অসিগী মখমদা চঙজদুনা বারী লিবা তমখি।

বারী লিবা হৌবা :— ওজা অসিগী মখাগী চহি ২২ শুরকপা মতমদা অহানবা ওইনা কোঙ্গ্রাইলাংপম লালবাপু শর্ম্মা সাং তেরা কৈথেলগী মাণ্ডবতা বারী লিবা হৌখি।

ওজা অসিগী মচানুপা অমা নুপী অমগা অনি পোকই। মচানুপা লৈখিদ্রে। মচানুপীদা মঙাইবে। বারী লিবগা লোয়ননা লৌমী অমা ওইনা লৌউবগী থবকসু তৌই। ওজাগী মখাগী চহি ৩৫ শুরকপা মতমদা অপোকপা অহুগা অহুপা চহি ৫০ শুরকপা মতমদা অপোকপী কায়নখি।

আকাশবানীগী কলাকার :–ইং ১৯৭৩ দা আকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার অমা ওইনা বারী লিবা হৌখি। ওজাগী কৃপাদগী ভাশেপম ওজা তোম্বীগী ভমথংদা লৈবাক্তা শকথংবা অফাওবা অমা ওইনা প্রজাগী সেবা তৌরি। ওজা অসি চুম্নগী বারী লিবা মীওই অমা ওইবদা নত্তনা ময়ুমগী লাইব্রিক ( হোম লাইব্রেরী ) থমদুনা অনৌ-অনৌবা হিরম থুদিংমক্তা য়াম্না কম্না নৈনরি।

ওজাগী নোম্বা কনবা অমদি মীথোই-মীহেনবা মতৌ উব ওত্রা অখিল মণিপুর কলাকার সন্মেলনদা ( ১৯৭৯ ) ব্যাখ্যারত্ন হায়বা উপাধি পীদুনা ইকায় খুম্নখি। ওজা অসিগী মশাগী চহি ৬৭ রোম শুরে। হকচাং ফনা লৈরি।

# লাইশ্রম বাবু "থোংলেন শাবা"

ইং ১৯১১ ইঙা থাগী ওনি পানব য়ুমশকৈশ মুম্বিত্তা লাইশ্রম বাবু পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺তোমচৌ সিংহ অমাপোকপীগী মিংনা তোম্না দেবী কৌই। মচিন-ইনাও মরী পোকই। মুপা অহুম মুপী অমনি। ওজা বাবুনা য়াইমনি।

পোক্লফম লমদম নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই ইম্ফালদনি। ইচামুপা অনী মুপী অনি হিংলি।

কলাবিদ্যা :–ওজাগী অপোকপা অসি পুংয়ৈবা মীশক্নি। মরম অদুনা ওজা অসিনা য়াম্না নৌনা পঙ্গোগী মফমদা পুংয়ৈবা হৈমখি। অগাং ওইরিঙৈদা মুপা-পালা, গৌরলীলা, শনশেনবনচিংবা য়াওরকই। ধুলোকয়ৈবা, তবলানচিংবসু য়াম্না ফজনা হৈ। গৌরলীলাগী পুংনচিংবসু য়ৈরকই।

শুমাং-লীলা :–ওজাগী মশাগী চহি ২৬ শুরকপা মতমদা মোইরাংপর্বগী থোংলেন-শাবা হৌখি। ওজাগী ওজাদি থৌবাল কাহাই ( ওইনাম কাহাই ) সিংহনি। মথংদা নীলকৃষ্ণ শর্মা থোংলেন শাবা সাং শবাং

লৈরক্তা লৈবা ওজা অসিগী মতুং ইন্দুনা থোংলেন শাবা য়াম্না নিংথিনা তমলোই। ওজা অসিদা আজ্ঞ নীলকৃষ্ণনা ধুলক নচিংবা তম্মীরমই। ওজা অসিবু লৈবাক্তা শকথংবিরিবদি থোংলেন ওইননি।

ওজা অসিনা মোইরাং-পর্ব্বদা চাওব শাব, মনাও ইবুংঙো শাব, কবো শাবনচিংবসু য়াম্না ফজনা ওমই। হায়রিব মথক্কী মীওইশিং অসিনা নাহুনা লৈরবা মতমদা অরাংপশিং অসি ওজা অসিনা লাইনা মেনশিন্দুনা ভাবক-শিংগী থম্মোইদা মী ত্তেকপগী মুংভাইতব অমদি লীলা কায়বা থোকহন্দে।

শিনফম :—মৈতৈ মরূপকী ঈশৈ শকপা ওজা অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি। লোইননা বেণ্ডপার্টিদসু কলাকার অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি। ওজা অসি থোংজোম পর্ব্বনচিংবা শৈশক মতেক থর শকপা ওমই!

জগোই :—ওজা অসি মোইরাংপর্ব্বগী জগোই শাবা য়াম্ন নিংথিনা হৈ। ফমদো নিংথৌনা কররবা জগোই শাগনি, মনাও ইবুংঙোনা কররা জগোই শাগনি, থম্বা নোংবাল-না জগোই কররা শাগনি, থোইবী অমদি শেহুনা কররবা মথলগী জগোই শাগনি হায়বনচিংব অসি য়াম্না ফজনা থংই।

ওজা অসি কলাবিদ্যাদদি মপোক্কী পীথোরকপা গুণ কয়ামরুম লৈ। খম্বা তমদনা হায়বা থোইনা লৈতে। ওজা অসিনা উথ্রুবা তাথ্রুবদা থংদবা হৈতবা লৈতে হায়বা য়াই! কলাবিদ্যাগী হিরম থুদিংমক্তা থরা থরা শোকপা ওমই। ওজা অসি গৌজিক হকচাং ফনা লৈরি। সমাজগী সেবা নিংথিনা তৌরি।

ওজাগী গুণবু শিংথানবা ওইনা ৬বা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা (১৯৭৯ ইং এপ্রিল তাং ৩১ দা) যাত্রাচার্য্য উপাধি পীদুনা ইকায় খুম্নখি।

---

# শ্রীমতি পুয়াম মুক্তারৈ দেবী

শ্রীমতি পুয়াম মুক্তারৈ দেবী ইং কুমজা ১৯২৫ গী ওক্টোবর থাদা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺তোলেঙ্গাও সিংহ অপোকপীগী মিংনা ৺লৈরিক দেবী কৌই।

পোকুম লমদম শীংজমৈ মথা বাইখোম লৈকাই, ইম্ফালদনি। শ্রীমতিবু পোকপা পম্বোদি গৌরীয়ধর্ম্মগী অক্কাওবা লাইরিক থিবা হায়বা মীওই অমনি। শ্রীমতিগী মচিন-মনাও নিপাল পোকই। মুপা অনিনি মুপী তঙ্কক্লি মচুগী মচুংদা শ্রীমতিনা ইতোন তোনবীনি।

শিক্ষা :—নাওরেম লৈকাই এল, পি স্কুলদা প্রথম শ্রেনী লাওবা নিং-থিনা তমখি। নিংথিনা ইবা পাবা ঙমই। অপোকপনা গৌরীয়ধর্ম্মবু মুংশিজব অহুগী নিংথিজরবা মমি অদু শ্রীমতিদা তাররই।

শিক্ষা :—শ্রীমতিনা চহি ১০ শুবকপদগী হৌনা কলাবিদ্যা তম্বা হৌখি। চুম্না সঙ্গীত কলাদা খোংদাবদা নত্তনা নাট্য অভিনয়গী মাযৈকদসু খোং-দারকখি।

আদিগুরু :—শ্রীমতিগী অহানবা গুরুদি শ্রীলোংজম ৺কামদেব সিংহনি। ওজা অসি নট সঙ্কীর্ত্তনগী মমিং লৈরবা ওজা অমনি। শ্রীমতিগী চহি ১৬ শুরকপা মতাং অদুবাইদদি লৈবাক্তা শকথঙ-মাইথঙলবী মীওই অমা ওই-রকখি। বাসক, খুবাক ঈশৈ, শনশেনব, উদুখল, গৌরলীলানচিংবা তোঙান তোঙানবা কলাবিদ্যাদা খোংদারকখি ১মুং মায় পাকখি। নন্দরাণী, ব্রজনারী, শচীমাতা, তারা, মধুমতী, সরস্বতী, গোপীনচিংবগী ভূমিকাদা কুমখি। সুবলবেশ; নিমাই সন্ন্যাসনচিংবা কয়া শক-শোল্লকখি। নারীবেশ, যোগীবেশ, সনাতন-সঙ্গনচিংবা ঈশৈ, লুহোং-খোংদোংবদা শক-শোল্লি। অসিদা নত্তনা লালসা, গীতগোবিন্দনচিংবা ঈশৈ শক্তনা সমাজ্ঞ সেবা ফংলি।

মনা-মথৌম :- ইংশোক ১৯৭৬ তা শ্রীমতিগী হলিদল-না জয়পত্র ফংখি। শ্রীমতিনা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদগী লুপাগী অমদি সনাগী মেডল ফংখি।

ইংশোক ১৯৪০ দা নুপাগী মেডল অমা ফংখি।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ,, | '৪১ | ,, | ,, | ,, | ,, |
| ,, | '৫২ | ,, | ,, | অনি | ,, |
| ,, | '৪৫ | ,, | ,, | অমা | ,, |
| ,, | '৫৫ | ,, | কপ | ,, | ,, |
| ,, | ১৯৪১ | পাগী | মেডল | অনি | ,, |
| ,, | ১৯৩৪ | ,, | ,, | অমা | ,, |
| ,, | ১৯৫৫ | ,, | ,, | ,, | ,, |

শ্রীমতিগী চহি ৫৫ শুরে। জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ফাইনেলদা তম্রী।

সমাজ সেবা :—শ্রীমতিনা হোংনঙ্গদুনা ইং ১৯৭৭ তা নট সঙ্কীর্ত্তন বিদ্যালয় অমা লিংখৎখি। রেজিষ্টার নম্বর ২১২২ নি। হায়রিবা বিদ্যালয় অসি মায়কৈ শোয়গী নুপীশিংগী অমত্তা ডাইরবা সংস্থান অমনি।

আকাশবানী :—শ্রীমতি আকাশবানী ইম্ফালগী মশক নাইরবী কলাকার অমনি।

রেকোর্ড :—ইংশোক ১৯৭৫ দা মখাদা ইরিবা ঈশৈশিং অসি রেকোর্ড তৌখি।

রেকোর্ড মমায় অহানবা :- নিকুঞ্জ তম চৎলক্লে নিখিবী য়াধানা ...।
রেকোর্ড মমায় অনিশুবা :- যাবে কৃষ্ণ কৃপা পিনবীয় ...।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শ্রীমতিগী ঈশৈ নাম্বোংবেশ রেকোর্ড তৌখে। শ্রীমতিগী গুণদু শিংথানবা ওইনা ৬বা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা ( ১৯ ৯ এপ্রিল তাং ২৯ দা ) সঙ্গীতাচার্য্য উপাধি পীদুনা ইকায় খুম্মখি।



# শ্রীমতি শগোলশেম মধুমতী দেবী

শ্রীমতি শগোলশেম নিঙোল মধুমতী দেবী শকাব্দ ১৯৫১ গী মেরা থাগী থাপ্নি মুমিংকী য়াচংবা মতম ইরাই মুনিত্তা পোকখি। অপোকপা ৺নিংথৌতোম্বা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিং শ্রীমতি চোংথাম নিঙোল ৺ইবেতোম্বী দেবী কৌই।

উরিপোক পোলেম লৈকায় ইম্ফাল, পোক্লকম লমদগ্নি। শ্রীমতি অসি অপোকপা অপোকপী অনিগী অমত্তা ওাইরবী মচানুপীনি। শ্রীমতিনা চহি অহুম চংলকপা মতমদা অপোকপা লৈখিদ্রে।

শিক্ষা :-অনিশুবা কাওবা লাইরিক তমহৌই মৈতৈলোল নিংথিনা ইবা পাবা ঙমই।

কলাবিদ্যা :—শ্রীমতিনা চহি ৮ ( নিপাল ) চংলকপা মতমদা জগোই রাসকী থৌরানী শাখি। চায়রিবা জগোই অসি শেন্ত্রম ৺বিধু সিংহ সাং কাঙঙবম লৈকাইদা লৈকাইদা লৈরম্বা ওজা অসিনা তম্বীদুনা রাজকুমার রাহল বি, কম্ গী শুমাংদা শানখি। শ্রীমতিনা চহি ১১ ( তরামাথোই ) শুরকপা মতমদা শ্রীযুক্ত শাপম ৺গোপাল সিংহ সাং ললাম্বুং-মখোংদা লৈবা ওজা অসিদা বোরিদুনা ঈশৈ তম্বা হৌখি অমসুং অহানবা ওইনা নুপীমচা পালাগী খুবাক-ঈশৈ য়াওখি।

ইং ১২৪১ দা বোম তারমদাইদা শ্রীযুক্ত শোরোকথাইবম ৺পাকা সিংহ ওজা অসিনা তম্বীদুনা অনিরক শুব ওইবা খুবাক-ঈশৈ য়াওখি।

জগোই রাসতা থোংদারকপা :— শ্রীমতিনা মশাগী চহি ১৭ ( তরা-তরেৎ ) লোম চংলকপা মতমদা ৺পাকা সিংহ ওজানা তম্বীবা জগোই রাসকী গোপী ওইনা য়াওবা হৌখি।

শ্রীমতিগী মশাগী চহি ১৯ ( তরামাপল ) চংলকপা মতমদা শ্রীযুক্ত য়ুম্নাম ৺গোকুলচাঁদ সিংহনা লৌদুনা য়ুম্নাম ওংখি। মচানুপা অমা নুপী অমা পোকখি। য়ুম্নাম ৺নাতুম সিংহ অমদি ওাঙোম যুগিন্দ্র সিংহ ওজা অনি অসিদা বোরিদুনা নটকী অমদি মনোহরশাইগী ঈশৈ মথং মথং ওইনা তমখি।

## শ্রীমতি শগোলশেম মধুমতী দেবী

মমৈথংদা হাওবম ৺অতোম্বা সিংহদা জগোই রাস তমখি। মাইন্নাম ৺অমুবী সিংহদগী জগোই রাসকী মরমদা যাম্না নিংখিনা তমজখি। ওজা অনি অসিনা সার্টিফিকেট অমমম্ পীবিরমই। ওজা মুগিন্ন সিংহনম্ন সার্টিফিকেট অমা পীবিখি।

আকাশবানীগী কলাকার :—ওজা ৺নাতুম সিংহগী মুমদা রেকোর্ড লৌদুনা আকাশবানী গৌহাটিগী কলাকার অমা ওইখি। আকাশবানী ইম্ফাল ষ্টেশন লৈরকপা মতমদা ওডিশন্ তৌদুনা আকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার অমা ওইখি।

শোক ১৯৬৯ ইংদা জগোই মরূপ ইম্ফালগী কলাকার অমা ওইনা যাওখি। ১৯৭৮ ইংদা গুরু অমুবী নৃত্য মহাবিদ্যালয়গী ওজা অমা ওইখি।

লমচৎপা :— ১৯৭১ দা পঞ্জাবতা টুর চৎপা যাওখি। ১৯৭১ দা হিমাচল প্রদেশতা চৎখি অমসুং অমুরক কন্না পঞ্জাবতা চৎলুই। ১৯৭৭ তা ভুতান্দা অমদি ওরঙ্গবাদতা ঈশৈ শকপা চৎলুই। ১৯৭৮ দা দিল্লিদা চিলড্রেন-ডে দা শরুক যারুই। ১৯৭৯ দা হায়দ্রাবাদতা কুমারী প্রেসী শৈজানা জগোই উৎপদসু ঈশৈ শকপী অমা ওইনা শরুক যারুই।

কাছাড়, শিলচর, অমদি ত্রিপুরাদসু কংশবোধ লীলাগী মমাশাবী অমা ওইনা চৎখি।

হৌজিক শ্রীমতি অসি গুরু অমুবী নৃত্য মহাবিদ্যালয়গী ওজা ওইরি। নট সংকীর্ত্তনগী গায়িকা অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি। লোয়নবা জগোই রাসকী গোপী অমা ওইনা সমাজ সেবা ফংলি।

শ্রীমতিগী গুণবু শিংথানবা ওইনা ১৯৭৯ ইং এপ্রিলদা পাংথোকলৌরিবা "ওলবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা সঙ্গীত বিশারদ" উপাধি পীদুনা ইকায় খুমখি।

## শ্রীথামুরাইলাৎপম গোপেন্দ্র শর্ম্মা

ইং ১৯৩১ গী ফেব্রুৱারী তাং ২৮ দা শ্রীগোপেন্দ্র শর্ম্মা পোকখি। অপোকপগী মিংনা ৺ইবোতোম্বী শর্ম্মা অমসুং অপোকপীগী মিংনা ইবে-ম্তোন দেবী কৌই। শর্ম্মা অসি অপোকপা অমদি অপোকপী অনিগী অনিশুবা মচানি।

পোকফম লমদম:—ইম্ফালগীদগী মাইল ১৭ লাপ্না লৈবা বিষ্ণুপুর মমাং লৈকায়দা পোকফম লমদমনি। হৌজিক শগোলবন্দ শাপম লৈরক্না লৈরে। নৌনা অপোকপা কায়নখি।

শিক্ষা:—ইং ১৯৫১ দা রাষ্ট্রভাষা কোবিদ পাস তৌখি। ইং ১৯৬৪ দা মেট্রিক পাস তৌখি। ইং ১৯৬৫ দা সাহিত্য সুধাকর পাস তৌখি। ইং ১৯৬৬ ইং হিন্দী টিচর্স ট্রেনিং কোর্স পাস তৌখি।

শিনকম:—ইং ৯৫৭ তা ঋষিকুল এল, পি, গী ওজা ওইখি। মতুংদা উখ্রুলগী পাউবৈ জুড়িনাইল হায়স্কুলদা হিন্দী ওজা ওইখি। ১৯৬২ ইংদা ওইনাম বোইজ এম, ই, স্কুলদা হিন্দী ওজা ওইখি। হৌজিক বুধি মন্থুরী এম, ই, স্কুলগী হিন্দী ওজা ওইরি।

কলাবিদ্যা: শর্ম্মা অসি ডান্স কলেজগী মতম থরা ছাত্র ওইরমই। কলাবিদ্যাদা পামজবা মীওই অমনি। জগোই শাবা, ঈশৈ শকপনচিংবা লৈ।

লাইরিক ইবা হেৌবা:—ইং ১৯৮১ তগী হৌজিক ফাওবদা আকাশবানী ইম্ফালদা হিন্দী অমসুং মণিপুরী লোন্দ মারেং কয়া পাংথোকখি। লোয়-নবা হিন্দী নাটক কযামক্তম মৈইতেইলোন্দা হন্দোকখি। তুলসীগী ৪শুবা চহি চাগী উপলক্ষ্যদা রাম চরিত মানস পাখে।

লাইরিক ফোংবা: ইং ১৯৭২ গী নবেম্বর থাদা হিন্দীদা "মণিপুরী সংস্কৃতি-এক ঝাঁকী" ফোংবা হৌখি।

ইং ১৯৭৩ গী জুন তাং ২২ দা আকাশবানী দিল্লী এ-দগী "মণিপুরী সমাজমেং সঙ্গীত কা স্থান" হায়বা অমা ইদুনা পাথোকখি। হিন্দীগী চেকোং কয়াদা আর্টিকল কয়া ইদুনা ফোংখে।

ইং ১৯৭৩ নবেম্বরদা শিক্ষা অমসুং সমাজ কল্যান মন্ত্রালয় কেন্দ্রীয় হিন্দী নিদেশালয় এবং বৈজ্ঞানিক তথা তকনীকী শব্দাবলী আয়োগনা শিলহংবা হিন্দীতর ক্ষেত্রীয় হিন্দী নব লেখক কার্য্যশিবিরদা শ্রীশর্ম্মাসু শরুক য়াকই। মপুদম্ম শর্ম্মাজীন খঙবগী অগোই শাদুনা মৈতৈ জাতিবু মশক তাকখি

সমাজ সেব :—নাগরিক পত্রিকাগী সম্পাদক মণ্ডলগী অধ্যক্ষ ওইরম্মী। মৈতৈ ময়েক অর্গেনাজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশনগী জোইন্ট সেক্রেটরী ওইরম্মী। ইং ১৯৭৭/৭৮ দা রাষ্ট্রভাষা শাস্ত্র লিপি কলেজ অমা লিংখৎলুনা প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুখি। কলেজ অসি রেজিষ্টার তৌখ্রে। কলেজ অসি মণিপুর সরকারগী মতেং ফংবা কলেজনি। ভারত সরকারগী মতেং ফংনবা কন্না হোৎনরি।

হিন্দী শোর্ট হেণ্ডগী য়াম্না দরকার লৈবা মতম অসিদা অচৌবা অরাংপা থৌদাং অমা চাদুনা পাংথোকপা ওন্না শর্ম্মাগী থৌনবু শিংথানবা ওইব ওন্থবা অখিল মনিপুর কলাকার সম্মেলন্দা (১৯৭৯ ইং এপ্রিলগী তাং ১১ দা) শর্ম্মাজীবু "রাষ্ট্রভাষা সেবা রত্ন হায়বা উপাধি অসি পীদুনা ইকায় খুম্নখি।

## শ্রীমতি রাধারাণী দেবী

লৈহাওথাবম শাগৈদা রাধারাণী দেবী ইং ১৯৩৮ গী হিয়াংগৈ থাগী খগোলশেন মুমিতা পোকই। অপোকপগী মিংনা নিত্যাই শর্ম্মা কৌই। অপোকপীগী মিংনা ইবেমহল দেবী কৌই। অপোকপী অসি ঈশ্বরবু থাজবী অমদি ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবী মুপী অমনি।

মুমপানবা :- শ্রীমতি রাধারাণী দেবীগী মপুরোইবগী মিংদি গোপীরমন শর্ম্মা কৌই। শর্ম্মা অসি ম্যাজিক কলেজগী ওজা অমনি।

কলাবিদ্যা :—শ্রীমতি অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী কলাবিদ্যা য়াম্না পাম-জরকখি। প্রাইমারী স্কুলদা শিক্ষা ফংখি। কলাবিদ্যাদা হেন্না পামশিন-থিবনা লাইরিক তম্বা থাদোকখি। কলাবিদ্যা তম্না তম্না মুমদা হিন্দী তম্বা হৌখি।

নাট্য কলাদা খোংদারকপা: শ্রীমতি অসি নৌনা নাট্য জগত্তা খোংদাখি। অহানবদা এম. ডি ইয়ু, দা কলাকার অমা ওইনা খোংদারকখি। মথংদা রূপমহলদা য়াওখি। ... বলদেব শর্ম্মা নটরাজ নাট্যচার্য্যাদা জগোই কয়ামরুময় তমখি। লোয়নবা নায়িকাগী পার্ট লৌরখি। অম্বা খোইবী ড্রামাদা পৌইবী শাখি অমসুং নায়িকা অমা ওইবদা মহৈ য়ানখি।

এম, ডি, ইয়ু, গী হাওরং-লৈশং শাবী দিল্লীদা উংপা চৎপা মতমদসু শ্রীমতি অসি ... য়াওখি। রূপমহলগী মিস বোতিল দিল্লীদা ... লুবা অতুদসু শরুক য়াখি। জে: এন: এম: ডান্স একাডেমীনা ফোক ডান্স উংপা দিল্লীদা চৎপা মতমদসু শ্রীমতি অসি শরুক য়ারুই।

লমচৎপা: - কলা মন্দির (বলদেব শর্ম্মাগী পার্টি) দা য়াওদুনা ভারতীয় গণনাট্য সংঘগী টুর প্রোগ্রামদা নদীয়ানচিংবা মফম কয়া চৎখি। হায়রিবা টুর প্রোগ্রাম অসিদা মহিষাসুর ... গী ডান্স ড্রামাদা দুর্গা শাখি।

শ্রীমতি রাধারাণী দেবী আসাম, বিহার, কলিকতা অমদি মাদ্রাসনচিংবা মফমদা প্রোগ্রাম য়াওখি। প্রয়াগতা উৎপ জগোই রাস অমদা শ্রীমতি রাধাগী পার্ট লৌখি। বীর পাওনা নাট্যদা চীংলেন য়াগী মমা শখি। লোয়নবা মৈতৈ লৈম (মণিপুর মাতা) শাবদা অয়েংবা ভাবকশিংনা থাগৎনখি। শ্রীমতি অসিনা নাট্য জগত্ত মথক্ত মথেল কয়াগী শরুক লৌখি। চিত্রাঙ্গদা অর্জ্জুন ডান্স ড্রামাদা চিত্রাঙ্গদাগী শরুক লৌখি। মতুদসু অয়েংবশিংগী থগোই শুগৎখি।

শ্রীমতিগী তৈশিংবা মতৌ উবদা ... অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা (ইং ১৯৭৯ এপ্রিল তাং ২৯) নাট্য বিশারদকী উপাধি পীদুনা ইকায়খুম্নখি।

---

# শ্রীমতি সুশীলা দেবী

নাহৈদবম সুশীলা দেবী ইং ১৯৪৪ গী সেপ্টেম্বর থাদা মোইরাংখোম শোগাইজম লৈরক্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ইবোয়াইমা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা চিঙাখম নিঙোল পদমুখী কৌই। সুশীলাগী মশাগী চহি অহুম শুরকপদা নোংদম্বগী থুঙিল্লা কয়া নারক্তুনা মমিং অনিংক উখিদে। ফনা কপ্পা লাইয়েংদুনসু ফবা ঙমখিদরে।

কলাবিজ্ঞ: শ্রীমতিগী কলাগী প্রতিভাদি পোকপদগী শাগোল্লরকই হায়রব য়াই। মতম অসিদা মিং উদবশিংনা ত্তম্না স্কুল কৈরমদে। মরম অদুনা অপোকপীনা মচাবু সঙ্গীত কলাগী ভগত্তা থাজিনখি। লাইশ্রম ৺গৌরহরি সিংহদা মশিগী চহি নিপাল শুরকপা মতমদা ক্লাসিকেল সঙ্গীত তম্বা হৌহনখি। শ্রীমতি অসিগী সুংশিরবা শেংলবা খোঙ্গোক অসি পোকপদগী শাগোল্লরক্লবনি অহাং ওইনা ঈশৈ-নোংমাই শকপগী থবক্তা অদুম খোংদারক্লে।

ইংশোক ১৯৬৯ দা মণিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়দা ঈশৈ তম্বা হৌখি। চহি মঙা চুপ্পা মেরিট স্কোলারশিপ ফংখি, হোয়ননা সঙ্গীত বিশারদ পাস তৌখি। আধুনিক সঙ্গীতকী সংসারদা শ্রীমতি অসি মমিং লৈরবী কলাকার অমনি। মণিপুরগী অচৌব ঈশৈগী ওইবা থবক থৌরমশিংদা তত্তনা হার্ত্তন ফংলে।

আকাশবানীগী কলাকার: শ্রীমতি অসি আকাশবানী ইম্ফালগী মমিং চংলবী আধুনিক কলাকার অমনি। শিক্ষা মনোবিজ্ঞান্না হায়রি :— শৈনাইরবশিং অসিসু মীনি। ভুংগীদমক থন্দুনা য়ারিবমথৈ মীচুংশি উত্তুনা মখোইদা তেংবাংলোইদবনি। অদুগুম্নদুনা শ্রীমতিগী থম্মোইদসু চাওথোকচবা অমা লৈ—মদুদি মখোইসু মীনি। মী অমনা তৌবা ঙম্বা থবক খুদিংমক মখোয়সু তৌবা ঙম্মী হায়বা অসি ওসিগী সংসার অসিদা উৎপা পামই।

ব্রাইট স্কুলগী ওজা:- ইং কুমজা ১৯৭৩ দা মিং তাংলবশিংগী তরবা স্কুল অমা লিংখৎসি। মদুদা শ্রীমতিসু অবা অনা কয়া মায়োক্লদুনা ওজা অমা ওইরকখি। চহি ৫ অবাবা থাংলক্লবা মতুংদা মণিপুরগী অমত্তা ওইরবা স্কুল অসি ইং ১৯৭৮ দা সরকারনা লৌশিনখি। স্কুল অসিগী

শৈনাইরব শৈনাইশ্লবী কয়াবু শ্রীমতিনা ওজা অমা ওইবগী মথৌদগী হেন্দোক খোইদোক্না মীয়ুংশিংগা লোইননা সেবা তৌরি সঙ্গীতকী মতাল পীরি।

সমাজ সেবা :—শ্রীমতি অসি সঙ্গীতকী ওইবা সংস্থান কয়াগী মেম্বর ওইরি। লোইননা সঙ্গীতকী সংস্থান কয়াদা স্থর পান্দুনা ঈশৈ-নোংমাই তম্বীরি। মহাক অসি মণিপুর সঙ্গীত মণ্ডলগী লাইফ মেম্বর অমনি। অহাংবা মতমদা নিংহল্লবা লৈরনা তুংগী যুগী ওইরগদৌরিবশিংগী লময়ানবী অমদি লমজীং মৈয়া পাইবী অমা ওইরি।

ইং ১৯৭৯ গী এপ্রিল তাং ২৯। ৪। ৭৯ দা পাংথোকখিবা ৬শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা শ্রীমতিগী গুণবু শীংথানবা ওইনা ইকায় খুম্নবা উত্তুনা "সঙ্গীত ভূষণ" উপাধি পীখি।

## শ্রী নিঙোম্বম মুনাল সিংহ

শ্রী নিঙোম্বম মুনাল সিংহ ইং ১৯৪৮ গী নবেম্বর তাং ৬ দা নিংথৌকাবা দা মিত্তা পোকই। অপোকপগী মিং ইবোবী সিংহ কৌই অমসুং অপোকপীগী মিংনা ওইনাম চন্দ্র চাওবীহল দেবী কৌই।

পোক্নফম লমদম :—শীংজমৈ মথা ওক্রেম লৈকাই ইম্ফালদনি। মচিন-মনাও নিপাল পোকই। নিপাদগী শ্রী সিংহনা অহল্লনি। মথক্তা মচেম অমা লৈ। মথাদা মচন মরি, মনাও অহমনি। মশাগী চহি মঙা শুরকপা মতমদা হায়বদি ইং কুমজা ১৯৫২ দা মিং নাবদা শ্রী সিংহগী মমিং উখিদে। মায়া কন্না লাইয়েংখি অহূবু ফবা ঙমখিদ্রে।

বাদ্যযন্ত্র শিক্ষা : শ্রী ওইনাম নিংথেমজাও সিংহ (রেডিও কলাকার) দা বোরীহুনা তার-শহনাই তম্বা হৌখি। ওজা নিংথেমজাও সিংহনসু মায়া সুংশিনা অপোকপা মচাশুম্না শ্রী সিংহবু হায়রিবা বাদ্য যন্ত্র অসি তম্বীখি। অসিদা নত্তনা ওজা অসিনা শ্রী সিংহবু ঢোলক ঢোলকনবা কলাগী ওইবা খৌরম কয়াদা পুবিহুনা শরুক য়াহল্লি। মসিমক্ত; শ্রী সিংহগী মীরক-তিনবগী, মী লোইনবগী হৌন-লোনচৎ থংবা ঙমখি। হায়রিবা বিদ্যা অসিদা নৈনরকপগা লোয়ননা তবলা, বেহলানচিংবা অতৈ বাদ্য যন্ত্র শিজিন্নবা তম্বীখি।

কলেজগী শিক্ষা :—ইং ১৯৬৫ হাযবদি শ্রীসিংহগী মশাগী চহি ১৭য়োম চংলকপা মতমদা ম্যুজিক কলেজদা, মিং চন্দুনা ভোকেল ক্লাসিকেল ম্যুজিক তমখি। ইং ১৯৭১ দা সঙ্গীত বিশারদ ( সেকেণ্ড ক্লাসতা ) পাস তৌখি। শ্রীসিংহ অসি মেরিত ( স্কোলারশিপ ফংখি। মথংদা কলেজ অসিদা তার-শহনাইগী বিশারদ পরীক্ষায় পাস তৌখি। সমাজনা শ্রীসিংহবু শকখঙ-বিরিবদি তার-শহনাই হাযনা কৌবা বাদ্যযন্ত্র অসিদনি।

আকাশবানী ইম্ফালগী কেন্দ্রুবেন আর্টিশ :—শ্রীসিংহগী তার-শহনাইদা হৈশিংবা মতৌ উবিদুনা আকাশবানী ইম্ফালগী কেজুবেন ষ্টাফতা আর্টিশ অমা ওইনা হাপ্পীরে। অতোপ অতোপ্পা আকাশবানী ইম্ফালগী ঈশৈগী রেকোর্ড তৌবা কয়াদা স্পিসিয়েল এলাওবেন্স পীবিদুনা শ্রীসিংহবু কলাকার অমা ওইনা শিজিন্নখি। আকাশবানী ইম্ফালগী তোঙান-তোঙানবা থৌরমশিংদা তার শহনাইগী প্রোগ্রাম পীদুনা প্রজাগী সেবা তৌজনবা মতম ফংখি।

শিনফম :—১৯৭৩ ইংদা মণিপুরগী অমত্তা ওইরবা আইডিকেল ব্রাইণ্ড স্কুল লিংখৎপদা শ্রীসিংহস্ত ওজা অমা ওইনা মাওখি। তার-শহনাইগী ওজা অমা ওইনা মমিংতগী তমব ফংদুনা চহি ৫ চুপ্পা অবাবা থাংখি। হায়রিবা স্কুল অসি ১৯৭৮ ইং ফেব্রুবারী তাং ৭ত্তা লয়কায়না লৌশিনখিবি। মতৌ অদুম তৌনা শ্রীসিংহগী মপালথোংগী মিং উজ্জ্বলস্ত সঙ্গীত সমাজগী লমজিং মৈরা পাংদুনা নৌবা হৌরক্লিবা অঙাংশিংগী লমজিংবা মীওই অমা ওইরি।

শ্রীসিংহগী উইল কমবা গুণশিংবু উবিদুনা ৬ওবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন ১৯৭৯ ইং এপ্রিল তাং ২১ দা বাদ্যভূষণ ( তার-শহনাই ) উপাধি পীখি।

---

# শ্রীলোইতোংবম কালাচাঁদ সিংহ

ইং ১৯১৮ ইঙা থাগী কুনমাথোইনি পানগী শগোলশেন মুমিত্তা শ্রীলোইতোংবম কালাচাঁদ সিংহ পোকই। অপোকপগী মিংনা ৮অমু সিংহ অমসুং অপোকপী মিংনা চিঙাখম নিঙোল অমুবী দেবী কৌই।

পোকফম লমদম :— য়ুম্নাম লৈকাই ইম্ফালদা পোকফম লমদমনি। শ্রীসিংহ অসি ইমা অতোনবীনা পোকপনি। য়োকপী-থাকপীরকপদি ইমা অহল অকোইজম নিঙোল কোমন দেবীননি। ইমা অহল অসি মমিত্তা মচা উদে। অদুবু শ্রীসিংহনা জ্ঞান তারকপা চহি ৩/৪ শুরকপা মতমদা ইমা অহল অসি খোম্লাং খোকপী অমা ওইনা লৈরম্মী।

শিক্ষা :—১৯১৪ ইংদা কলিকাতা ইউনিভরসিটিগী মখাদা মেট্রিক পাস তৌখি। ইং ১৯৫৪ দা রাষ্ট্রভাষা কোবিদ পাস তৌখি। আসাম বোর্ড সংস্কৃত সমিতিগী আদ্য পরীক্ষা পাস তৌখি। ই ১৯৫৭ তা যুনিয়র বেসিক ট্রেনিং একজামিনেশন ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌখি।

সঙ্গীত শিক্ষা :—ইং ১৯৩৭/৩৮ দা নাথৈম্বাকপম কালাচাঁদ সিংহ সঙ্গীত বিশারদ, সাং চিংঙামখাদা লৈবা ওজা অসিগী মফমদ ঈশৈ তম্বা হৌজখি। ওজা অসিগী লমজিং মখাদা চহি ৫/৬ ফাওবা ইশৈ তমখি। মইমথংদা শ্রীখোকচোম অঙৌ সিংহ বাদ্য শিরোমনি, হুইরেম লালা সিংহ নৃত্যাচার্য্য, চোংথাম গুলামজাং সিংহ শাংজমৈ চোংথাম লৈকাইদা লৈবা ওজা অসিদগী শ্রীসিংহনা ঈশৈ মযুং তানা তমখি।

থবক :-জুডিসিয়েল কোর্টতা ইং ১৯৪৬ দা ক্লার্ক ওইনা থবক তৌবা হৌখি। মথংদা ইং ১৯৫৮ দা বি, টি, আই ইম্ফালদা মিউজিক টিচর ওইনা থনখি অমসুং থবক অসিদা হৌজিক ফাওবা থবক তৌরি।

লেখক—ওজা অসিনা লেখক অমা ওইনা মখাদা ইরিবা মনা-মথৌ মশিং অসি ফংহনা মখাদা ইরিবা লাইরিকশিং অসি মথং মনাও নাইনা ফোংদোকখি।

"লৌনম দ্রামা" হায়বা অসি ইং ১৯৪৩ তা ইবা হৌখি। রূপমহলনা থৈজদা পুথোক্নুনা হম্মা হম্মা উৎখে। প্রাইজ ফোর বুক ওফ চিলড্রেন কম্পিটিশন্দা "বাবী পরেং" কৌবা পুংই লাইরিক অমা থাগৎপদা অহমগুবা

মনা লুপা ১০০। ০০ ফংগি। ইং ১৯৬০ দা "লৈবাক্কী বারী" কৌবা অমা থাগৎখি মহুদা অনিশুবা মনা লুপা ২০০। ০০ ফংখি। মথংদা ১৯৬১ দা "অতোনবা জীবগী রচনা" থাগৎখি অহুমশুবা মনা লুপা ২০০। ০০ ফংখি। ইং ১৯৬২ দা "অঙাংগী ড্রামা মচা অহুম থাগৎখি। অহানবা মনা লুপা ২৫০। ০০ ফংখি।

| | | |
|---|---|---|
| অকোংবা লাইরিকশিং : | ১। মৈতৈ লোলম (ব্যাকরণ) | ১৯৫০ ইং |
| | ২। অতোনবা জীবগী রচনা | ১৯৬১ ,, |
| | ৩। অঙাংগী ড্রামা মচা | ১৯৬২ ,, |
| | ৪। থবা-থোইবী (হিন্দী) উপন্যাস | ১৯৬৩ ,, |
| | ৫। মুমক্কাও লাইরেম্বী (ড্রামা) | ১৯৬? ,, |
| | ৬। শাগৈ শল্লাইলোন (পুরা) | ১৯৬৫ ,, |
| | ৭। লোনম ড্রামা | ১৯৬৫ ,, |
| | ৮। লৈশক অহানবা | ১৯৬৫ ,, |
| | ৯। ইনাংকী মৈশা | ১৯৬৯ ,, |

খুংশা-লৈহবগী থবক :—লৈচু শাহুনা ১৯৬৯ ইংগী প্লান একজিবিশনদা উংখি অমসুং মোনখি। সার্টিফিকেট অমা ফংখি। ১৯৬৯, ১৯৭৩, ১৯৭৪ অমসুং ১৯৭৮ গী একজিবিশনসু উংখি, সুপাবীগী লৈচুসু শাহুনা মোনখে।

ড্রামা কুম্বা :—১৯৩১ ইংদা নাট্য মন্দির মুম্লাম লৈকাইদা লৈবা হোলদা ড্রামা কুম্বা হৌখি। "দেবলা দেবী নাটক" তা অলাউদ্দিন, "অরেল্লা মরুপ" লিন পুবা অমদি মাইবা শাবগী পার্ট লৌখি। মমৈ শংদা এম. ডি. ইয়ু. হোলদা কলাকার অমা ওইনা মাওখি। মণিপুর মতম কৌবা মণিপুরী অহানবা পিকচরদা বৃন্দাবনগী যাত্রিক পুবা পঙ্গোত অমগী পার্ট কুমখি। আকাশবানী ইম্ফালদা মীপোমগী থৌরম মাওখি। মরক মরক্তা অঙাংগী থৌরমদা বারী লিখি। হিন্দীগী থৌরমদা বা ঙাংখি। ওজাগী শুপহু শিং-থানমুনা ৬শুবা কলাকার সম্মেলনদা সাহিত্যাচার্য্য উপাধি পীখি।

——

# শ্রীমতি বাংথৈমবুম তোম্বী দেবী

শ্রীমতি বাংথৈমবুম তোম্বী দেবী ইং কুমজা ১৯১৮ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা বাংথৈমবুম চওবমনি সিংহ অপোকপীগী মিংনা নোংমাই-থেম চনু ইবেচাওবী দেবী কোই। শ্রীমতিগী পোকমিনবা মচিন-মনাও নিপালনি। শ্রীমতিনা ইতোন-তোনবীনি। পোকপম লমদম খাংজৈ ভাগ্যবতী লৈকাই ইম্ফালদনি।

শিক্ষা :—শ্রীমতি অসি স্কুলদা লাইরিক তম্লক্লে। য়ুমদা তম্লকই। ইবা পাবা নিংথিনা ঙমই।

কলাবিদ্যা :—শ্রীমতিনা চহি করেঃ পাকপদগী তেবনুমম গোউরমনিগী নৌকাবিলাসতা রাধা শাবকই। পিক্লিবা অহাং অসিগী রাধাগী অভিনয় তৌবক্তা অপেনবা পোক্লখি। অদুগা লীলা অসি চহী মরী চুপ্পা মণিপুরগী পর্বদিন কয়াদা মাগুব থুদিংদা উংথি। মাথুর লীলাদা শ্রীকৃষ্ণ শাখি। মতৌ অদুম তৌনা শ্রীমতিগী পুন্সিদা কলাগী তোঙান তোঙানবা লম্বীদা চংশিনকখি।

নাট্য :—শ্রীমতিনা নাট্যগী লম্বীদা খোংদাবা হৌরক্লে। সামাজিক, পৌরাণিক, ঐতিহাসিক, কোক প্লে মথক মরীদা চপ চাবা অভিনয় তৌবা ঙমলক্লে। তোঙান তোঙানবা অভিনয়দা অভিনেত্রী অমা ওইনা নাট্য মঞ্চদা কুম্বা ঙমই। অদুম ওইননক শ্রীমতিগী হেন্না পকচবী লাইনা পীথোকপা ওপদি থল নায়িকা ( বেড হেরোইন ) শাবনি। পনবা য়াব মতাং অমা ওইনা হায়রবদা মমা পোক্লবী শাবা, কৰিওবদা কৌচুনবী ফত্তবী শাবদা থোইনা মাগা চুনবা অমদি পক্লবী মগুণ লৈ। হাওবী নামোইনুগী মমা পোক্লবী শাখিবা অসিমক শ্রীমতি অসিগী খোইদোকপা অভিনয়নি। মমা পোক্লবী অসিগী চক্লিদা নামোইনুনা হায়বী-বোংনাং ওন্দুনা মাংথুবদা "মোদোরৈ মোদোরৈ" হায়দুনা ঊশৈ ওৎতুনা লৈরিবৈদা নামোইনু লাক্লুনা মাবু কুয়বা মতাংদা ভাবোক্লা হরাওনখি।

নাট্য সংস্থানশিংদা য়াওরকপা :—ইং ১৯৬৬ তা মণিপুর ইউনিভর্সিটি ডিপার্টমেন্টনা শ্রীমতিবু ইউনিভর্সিটি ড্রামা গ্রুপ্তা অথয়বী এক্ট্রেস অমা ওইনা লৌখি। ককচিংগী বি. টি. আই. দা শাম্লবা "আজকল" প্লেদা সনাগী

রোলর," স্পিসিয়েল এৱার্ড ফংখি। ইং ১৯৬৭ মচিন-মনাওগী লীলাদা মতৈমা শাবদা বেষ্ট সপোর্টিং এক্ট্রেস ভাখি শ্রীমতিসি লীলাদা মথৱাই য়াওবা অমদি মথৌ থংবা, উবিদুনা মণিপুরগী শিংথানব, য়ায়ব: ড্রামা সংস্থান শিংনা মনা-মথ্‌ম কয়া, প্রমাণ-পত্র কয়া পীবিখি। মহাকী নাট্য প্রতিভা অসিদা মণিপুরগী চেংলোং কয়াদা মহাকপু থাগৎলখি। রূপমহলগী ড্রামা "সুপীলাল" দগী খৌয়ানী ইবেতোনবী পার্ট লৌবদা ভাবক্তা পেনবিদুনা খবরদা থাগৎ-থাহৈ ফোংখি। শ্রীমতিগী নাট্য গুণবু উবিদুনা ১৯৭৯ ইং এপ্রিলগী তাং ২৯ দা পাংথোকখিব' ৬শুব' অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা থল-থারিকা বিশারদ উপাধি পীদুনা ইকায় খুমখি।

## শ্রীমতি হাইস্নাম নিঙোল মাধবী দেবী

"অমাইবী"

শ্রীমতি মাধবী দেবী হাইস্নাম শাগৈদা ইং ১৯২১ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৬তোমপোক সিংহ অদুগা অপোকপীগী মিংনা তোম্বীমচা দেবী কোই। মচিন-মনাও অহুম। নুপী অনি, নুপা অমনি। শ্রীমতিনা মাইমনি। পোক্তকম লমদম কোক্লেংবম লৈকাই ইম্ফালদনি।

মাইবী চংবা :—শ্রীমতিগী মশাগী চহী ৩০ রোম চংলকপা মতমদা মাইবী চংবা হৌখি।

মমা গুরু :—শ্রীমতি শাগম নিঙোল কুমারী দেবী "অমাইবী" সাং হৈনৌ খোংনেখীদা লৈবী অসিদা মমা গুরু ওইনা মাইবীগী শিক্ষম ফংখি। মথংদা গুরুনী মাইবী অহৈবম ওংবী লখি দেবী, লমদেং ৬তোম্বী সিংহ অমাইবী।

মাইচৌ গুরুশিং :—থাঙ্গৈয়াকপম ৬দীনচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত, থাইরেম অমুমাইমা সিংহ পণ্ডিত অচৌবা, থাংখেম ৬চাওবী সিংহ পণ্ডিত, মোইরাংখেম ৬চন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত অচৌবা, ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত, অসিনচিংবশিংবী মকমদা খৌদোং-লাংদৌ, লাইশোমচিংবা তমখি।

সমাজ সেবা :—হৌজিক শ্রীমতি অসি মণিপুরগী মকম খুদিংমক্তা চত্নবা সমাজ সেবা ফংলি। শ্রীমতি অসি মণিপুরগী মহিং লৈরবী অমাইবী-শিংগী মপুংদা অমনি। শ্রীমতিবু লৈবাক্কা শকথঙবিরিবদি লাই হরাওবদনি। শ্রীমতিগী ফজরবা জগোই খুংংথক উবদা হরাওবা কমিটি কয়ানা মেডল পীবিখি।

মনা-মথম :—বোধচন্দ্র মহারাজ মাহাক্তক্তা মা খুজি, থামেন চৎপন-চিংবা নিংথৌগী মনা-মথম ফংখি। লোয়ননা অমাইবী শঙলাকপীসু ওই-রমই। বাহেংবম লৈকাই হরাওবদা মাগী মেডল অমা ফংখি। কৈশাম্পাং খিয়াম লৈকাই হরাওবদা মাগী মেডল অমা ফংখি। অচোম খুন্দগীসু মেডল অমা ফংখি।

হৈনজব শিনফমশিং :—থৌনিরোল, থয়োম লাকপা, সনামহী খুরুম্বা, পাখংবা ইকৌব, য়ুরাংবা, মখাল-তোংবা, কছু-খুরুম্বা, শোরেন লোইব, খিনগৎপা, অপোকপা খুরুম্বা, অসিনচিংবনি।

শ্রীমতিগী গুণবু শিংথানব ওইনা ৬শুব অখিল মণিপুর কলাকার সম্মে-লনদা অমাইবেম্বী উপাধি পীখি।

## শ্রীশাপম লৈরেঙ্গাও সিংহ

শ্রীশাপম লৈরেঙ্গাও সিংহ ইং ১৯০৯ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীশাপম ৬থম্বালজাও সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা ৬খুমন দেবী কৌই।

পোক্তফম নমদম উচেককোন লাইখুরাম লৈকাইদনি। শ্রীসিংহবু পোকপা অহল অসি অশৈবা (পেনা খোংবা) নি। মরম অমুনা পম্বোগী গুণ অমসুং শ্রীসিংহদগী পৈত্রিক মম্পত্তিশুমা লাকখি। শ্রীসিংহগী মচিন-মনাও অমিনি। শ্রীসিংহনা অহলনি। হৌজিক শ্রীসিংহ অসি পৌয়াবীদা লৈরে।

কলাবিদ্যা :—শ্রীসিংহনা অপোকপদা পেনা শকপা য়ায়া লৌনা তম্বা হৌখি। মখংদা শ্রীসিংহনা পেনা শকপা হইনিংঙম্বা ৬নিংথৌ সিংহ সাং

থাংমৈবমদা নৈব ওজা অসিদা তমখি। ওজা অসিদা তখা য়াবঃ তম্লরা মতুংদা চুংথাম ৺মনিক সিংহ ওজা অসিগী মফমদমু তমখি।

লোইশঙ-কাব :—অঙাং ওইনা ৺চুড়াচাঁদ মহারাজগী মা হাক্তংগী অমৈবা লাইশঙদা চিদং ওইনা কাবা হৌখি। ৺বুধচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তা হঙবা ওইখি। মহারাজ ওকেন্দ্রজীৎ সিংহগী হাক্তা নৈথ্যম শংলাকপা ওইনা পৌগল ফংখি। হায়রিবা ফম অসিদা হৌজিক ফাওবা থৌগল তৌরি।

মনা-মপু্ম : মথক্তা পঙথিবা নিংথৌরোল অহুম চুপ্পা মনা-মপু্ম ফংলুনা লাকখি। শ্রীসিংহনা মথাদ ইরিবা পণ্ডিতশিং অসিবু থজলুনা য়ারী য়াখোং কুপ্পা থিজিনবা হৌখি। মদুদি—মোইরাংথেম ৺চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা, নাওমৈরাকপম ৺দীনচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত, থোঙাম মাধব সিংহ পণ্ডিত, নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ পণ্ডিত, খুমল্লম য়াইমা সিংহ পণ্ডিত অসিনচিংবা।

নৈশুং-শৈদা :—শ্রীসিংহ, অসি ফমথক অমদি লাই হরাওবগী শৈশক অনিমক নিংখিনা হৈ। নৈপাক্তা শকথঙবিরিবদি লাই হরাওবা শৈশক্তনি। শ্রীসিংহগী গুনবু শিংথানব ওইনা "৬শুব অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন ১৯৭৯ এপ্রিল তাং ১৯ দা উপাধি পীরুনা ইকায় খুম্নখি। হৌজিক শ্রীসিংহগী চহী ৭০ শুরে। হকচাং ফরি। নৈবাকী সেবা নিংখিনা তৌরি।

---

## শ্রীল ইশ্রম উদয় মীতৈ

শ্রীলাইশ্রম উদয় মীতৈ তাং ২৯।৮।১৯১৪ ইংদা পোকই। অপোকপা লাইশ্রম শাজৌ সিংহ, অপোকপী শগোলশেম নিঙোল কামিনী দেবী কৌই। পোক্তফম লমদম মোংশাঙ্গৈদনি।

শিক্ষা :—অনিশুবা ফাওবা তমখি।

নাট্য শিক্ষা :—মোংশাঙ্গৈ স্কুল নৈরক্তা নাট্যগী সংস্থান অমা লিংখৎখি। হায়রিবা সংস্থান অসিগী লুচিংবশিং মথাদা ইরি :—(১) লাইশ্রম

লশমোন সিংহ ২। অয়াঙ্গম মধু সিংহ ৩। সিনাম ইবোবী সিংহ ৪। সনসম কালা সিংহ ৫। সনসম ভৈগ্য সিংহ ৬। থৌনাওজম ইন্দ্রমণি সিংহনি। হায়রিবা ওজাশিং অসিগী লমজিং মখাদা মীতৈ অসিন নাট্য শিল্পা ফংখি। হায়রিবা সংস্থান অসিদা চোংথাম ময়ূরধ্বজ সিংহন ওজা ওই-রম্মী। লোয়ননা মহাভারত অমদি রাণা প্রতাপ তম্বীহুনা তোয়না উংখি।

নাট্যদা খোংদাবা :—লাইশ্রবা মীতৈনা চহি ৯৭ শুরুকপা মতমদা মহাভারত অমা য়াওখি। মহুবা মহাক্না ধৃতরাষ্ট্র শাখি। ১৯৪৪ ইংদা দেবলা দেবীদা আলাউদ্দিন শাখি। মাধবীদ বীরেন, শকুন্তলাদা দুষ্যন্ত শাখি। পেমচাদা থম্বোন্না শাখি।

ওমাং-লীলা :—লাইশ্রবা মীতৈগী য়ুমদা ওমাং লীলা পার্টি অমা শেমখি।

ওপেরা থিয়েটর :—মতম থরা লৈরগা মাগী লৈকাইদা সিনাম ইবোবীগী য়ুমদা ওপেরা থিয়েটর অমা লিংখৎখি। মসিদা শকুন্তলা শানবা তাখি। হায়রিবা লীলা অসিগী ওজা লাইশ্রবা মীতৈনা ওইখি। শ্রীহিজম গুনো সিংহগী লমন কৌবা নোভেল অসি শ্রীনিংথৌজম ইবোবীনা ওপেরাদা শায়বা য়ানবা অমুবক হন্না ইথোক্নবা শায়খি। মহুদা মীতৈ অসিনা ডাইরেক্টর ওইখি।

মৈতৈ আর্টিস ইউনিয়ন :—মৈতৈ আর্টিস ইউনিয়ন অসি সরকারদা রেজিষ্ট্রার তৌখি। থবক ওইনা থিয়েটরদা খোংদাখি। মমৈথংদা লাইশ্রবা মীতৈগী য়ুমদা শেল শাখি। পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্টনা শিনব ফেষ্টিভেল অমদা শকক য়াখি। য়ারোইপোং উংখি মহুদা মীতৈনা ওজা ওইখি। মতৌ অদুন্না মশীং লাকওমত্রবা লীলাদা লাইশ্রবনা শকক য়াখি।

মনা-মথ্‌ম :—১৯৭২ ইংদা 'শবল'' উংপদা বেষ্ট রিপোর্টিং এক্টর মনা ফংখি।

মপান্দা চৎপা :—১৯৭৬/৭৭ তা মণিপুরগী য়াংমা কাছারগী জাত্রিবোন, থালপায়ানচিংবা চতুনা লীলা উংলুই। লাইশ্রবা মীতৈ অসি থিয়েটর মেন্টরগী লাইফ মেম্বর অমা ওইরি।

লাইশ্রবগী গুণশিং অসিবু শিংথানবা ওইনা ৬ষ্ঠবা কলাকার সম্মেলনদা (১৯৭৯ ইংদা নাট্য বিশারদ উপাধি পীখি।

## শ্রীযাত্রা সিংহ

ইংখোল ১৯১৭ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা লাইশ্রম তোমাল, অপোকপীগী মিংনা ঙৈতোমনবী কৌই। মচিন-মনাউ ৬ পোকই, মপী অমা, নিপা ৫নি, নিপাদা ওজাসিনা অমনি।

শিক্ষা :—অঙাং ওইরিঙৈদা ক্লাস টু ফাওবা তমখি, মতুংদা খুল্লকী ওজাশিংদা বঙ্গালি, সংস্কৃত তমখি। চহি তরা চহি ১৩/১৪ দগী মতাংদগী জুপামচা পালা, খুবাক-ইশৈগী শম চাপ্তুনা জুপি-পালানচিংবা মাঙখি। গৌরলিলা, খণশেনবা, উদুখোল্লচিংবা মাঙখি। মতম অদুগী মতুংদা চহি ১৮/২০ দগী হৌনা রাস থবগী মখোল চংদুনা ওজাশিংগী মতুং ইন্দুনা তম্বীবা মাঙবা ওইনা খোংগাল কংজরে। মসিদগী মথং চহি ৩২ রোম কুরকপা মতমদদি রাস-গৌরলিলা, খণশেনব, উদুখোল জুপামচা পালানচিংবা তম্বীবা হৌরে। রাসমুখল মঙা শুনা নৈনজুনা তম্বীরে। মতাংদিদা চহি ৪৩রোম শুরে। মসিদগী জওহরলাল নেহরু ডান্স একাডেমীদা পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ ফাওবা পাস তৌখি। ইং ১৯৭৮ ফাওবদা মন্নরা মশাগী ওইবা শিনকনদা চংখি। ওজাশি গুরুশিংদা জগোইগী মরমদা তমজখি ... ... ... ... ... ... ... । শাঙবোক ৫ নৈবা, লাইশ্রম তোম্বোনসিং, গৌর-লিলা, কাংজম তোম্বা সিংহ, নাওরমখোং খুমন্তেম নৈকাইগী, মেরাসিং, নিংথৌজম লবই, কুরাইলাকপমগী বিধু শর্মা, কৈশম্পাৎ কুরাইলাকপম গৌরচন্দ্র শর্মা, ভখেন নৈকাই কুরাইলাকপম চন্দ্র শর্মা, মোইরাংথেম নৈরকী অথাম তেম, থখেলচংবম অমুদান শর্মা, হাওবম ওজা তোম্বা সিংহ, মাইস্নাম অমুবী সিংহ, শরে কথ লৈরম ওজা পাকা সিংহ, অসিদগী কারবিবা জগোইগী মখলশিং তমখি।

শ্রীসিংহগী গুণবু উবিদুনা ৬শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা নৃত্যাচার্য্য উপাধি পীদুনা ইকায় খুম্নখি।

— — — —

## শ্রীরাংথৈমযুম থবা সিংহ

খৃষ্টাব্দ ১৯০২ দা ককৃবা লাইশ্রম লেন্নুংবা নৈকাইদা শ্রীরাংথৈমযুম থবা পোকই। অপোকপগী মিংনা অঙৌ সিংহ, অপোকপগী মিংনা মুক্তাবৈ দেবী কৌই।

শিক্ষ :—ক্লাস আইট ফাওবা তমখি।

বাদ্য শিক্ষা :—রাজকুমার ম'তোম্বা সিংহ কৌবা ওজা অসিদা বোরি-মুবা পুং তম্বা হৌখি। মথংদা খোংময়গী ওজা লৈরেল্লাওদা তমখি। অতুগী মথংদা তংখম্বম ওবয় সিংহ ওজা অসিদসু তমখি। ওজাশিং অসিগী কৃপাদগী শ্রীসিংহ লৈবাক্ক শকথংব পুংয়ৈবা অমা ওইখি।

মন-মথম :—মণিপুরগী মফম খুদিংমক্ত চিথবা লৈতবা সেবা কংলবা মতুংদা তখেলবচিংব মফম কয়াদা পুংয়ৈবা চংখি। মেডল কয়াসু কংখি।

মুয়পাববা :—চহি ২২ চংলকপা মতমদা মুম পানখি। অঙাং মুপা ৬ মুপী ১ পোকখি। ওজা লক্ষণ সিংহ অমাদ ওজা পাখোম সিংহদা পুং তমখি। ওজা শিং অসিনা চানবিবদগী শ্রীগোবিন্দগী মাণ্ডবতা পুং য়ৈবা হৌখি। লৈব ক্ত শকথংলব. কল কার অমা ওইখি

থবক তৌবা :— তাং ২২। ৬। ১৯৬৭ ইংদা সোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন (ইম্ফাল কেন্দ্র) দা পুং য়ৈবা অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। শ্রীযুক্ত জি. বলদেব শর্ম্মনা ইবা "প্রচলিত নাট্য কলা" হায়না কৌবা, লাইরিক ইবদা পুংগী পুংলোয়চিংবা তেংবাংখি।

লমচৎপা :—মণিপুরগী বাংমা লান্দুনা ভারতকী মফম কদাদসু চত্না পুং য়ৈখি।

সেবক :—শ্রীসিংহগী সেবক ৫/৬ লোম লৈরে। হৌজিক মণিপুরগী অফাওবা পুংয়ৈবশিংগী মখুৎদা শিংথানবা য়াবা কলাকার অমনি।

শ্রীসিংহগী হৈখোই-শিংখোইব. মতৌবু উবিহুনা ৬৬বা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা বাদ্যাচার্য্য উপাধি পীখি।

## শ্রীরাজকুমার বীরচন্দ্র সিংহ

শ্রীরাজকুমার বীরচন্দ্রা সিংহ অসি কুকুবা মখা মায়েরাকপম লৈকাইদা লোক ১৯০৩ ইংদা পোকখি। অপোকপা ১৯নাথাওবা সিংহ, অপোকপী খোঙাম বিংতোল ইবেমচা দেবী শিজনী।

শিক্ষা :—মশাগী চহি ৫ রোমদগী হৌনা লাইরিক তম্বা হৌখি। ক্লাস টেন ফাওবা তমখি, হিন্দী প্রবেশ পাস তৌখি।

বাদ্য শিক্ষা : চহি ৫/৬ অহুমাইদগী হৌনা মতোন ইবুংঙো রাজকুমার ৺সনাতোম্বা সিংহদা গুরু বোরিদুনা মৈতৈ পুং তম্বা হৌখি। খাডেম্মগী ওজা ৺লোখোন সিংহদা ধুলোক তমদুনা য়াওশংগী হোলি দোলগী নিপা ওনা পুঙ্‌ মৈয়মিন্নবা অমদম্‌ ধুলোক মৈয়রকখি। ওজা শ্রীজয়কিশর সিংহদা গুরু বোরিদুনা তবলা তম্বা হৌখি। ওজা শ্রীচন্দ্রবদন শর্মদম্‌ তবলা তমখি।

মুম পানবা :- মুংশিতোম্বী দেবীগা লুহোংদুনা মশাগী চহি ২৪/২৫ ওবদা মচানুপা ১, নুপী ৪ পোকখি।

বাদ্য প্রশিক্ষণ :—উত্তর প্রদেশ লক্ষ্ণৌগী ভাট খণ্ডে কলেজদা মেরিট স্কোলারশিপ পিদুনা তবলা তম্বা থাখি বিশারদ শোক ১৯৬২ দা পাশ তৌখি। মতুং চহি অমগু নিপুণ তমখখি। হিন্দুস্থানগী ফাওরবা ওস্তাদ ৺অহমনজাদ থীরকবা সহাবতা তবলা তম্নকখি। ওস্তাদ শ্রীমুনেশ্বরখা সহার্নপুরগীমু তবলা তম্বা: কংলকখি।

থবক তৌবা :— সোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন মিনিষ্ট্রি ওফ ইন্ফোরমেসন এণ্ড ব্রোকাষ্টিং (ভারত সরকার) রেজিওনেল সেণ্টর ইম্ফালদা শোক ১৯৬৭ ইংগী জুনগী তাং ২২ দগী হৌনা বাদ্য ইনষ্ট্রক্টর ওইনা থবক তৌবা হৌখি। শোক ১৯৭৫ গী ওল ইন্দিয়া মিউজিক কনফরেন্সতা সেলেক্সন ফংদুনা তবলা প্লে মৈয়খি। মথংদা শোক ১৯৭৮ গী গৌহাটি য়ুট ফেষ্টিবেল কম্পিটিশনদা কৃষ্ণ অভিসারগী পুংয়ৈবদা ফাষ্ট তারকখি।

শ্রীসিংহগী গুণবু উবিদুনা ৬ওবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা বাদ্য-আচার্য্য উপাধি পীদুনা ইকাই খুম্নখি।



## শ্রীফুরাইলাৎপম ইমো শর্ম্মা

শ্রীফুরাইলাৎপম ইমো শর্ম্মা ইং ১৯৪২ গী আগষ্ট থাদা শগোলবন্দ খিঙ্গোম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিংনা গোবমণি শর্ম্মা। অমুগা অপোকপীগী মিংনা শুক্রমযুম নিংথোউ হেমলি দেবী কোই। পোক্কম লমদম শগোলবন্দ খিঙ্গোম লৈকাই ইম্ফালদনি। শর্ম্মবু পোকপা অসিমু কলাকার অমনি। শর্ম্মগী মচিন-মনাও ৭নি। নুপা ৪ নুপী ৩ নি।

শিক্ষা :—শর্ম্মগী পোকপদগী য়াওরকপা শুগ্না মরুম ওইরম্বনা ক্লাস আইট ফাওবা তম্লগা কলাবিদ্যাদা মায় ওনশিনখি। মশাগী চহি ১২ শুরকপা মতমদা ডান্স কলেজদা মিং চন্দুনা জগোই, ঈশৈ, বাঁশি তম্বা হৌখি।

সঙ্গীত সম্মেলন :—১৯৫৫ ইংদা ওল ইন্দিয়া রেডিও সঙ্গীত সম্মেলনগী ময়ম্তা দিল্লী চৎলুই .১৫৭ ইংদা পাটনা, রাঞ্চি, ধনবাদ, বেটিয়া, জামশেদ-পুর, মঙ্গলখয়াই কলিকাতা, ত্রিপুরা, কাছার, অসিনচিংবা মফম কয়াদা শুরু কয়াগা লোয়ননা তুংইন্দুনা চৎখি। ঈশৈ, জগোই অমদি যন্ত্র উংখি।

লুহোংবা :—১৯৬১ দা কুমারী এল ইবেতোম্বীগা লোইননা লুহোংখি। নুপী মচা নুপা অমা পোকই।

থবক তৌবা :—ইং ১৯৬৪ দা রেডিও কলাকার ( বাঁশী ) অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি মথংদা ১৯৬৭ ইংদা শোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন (ইম্ফাল কেন্দ্র ) দা ষ্টাফ আর্টিস অমা ওইনা চংখি আসাম, আইজল, কাছার, ইউ পি, নৈনিতাল, অলমোরানচিংবা মফম কয়াদা চত্তুনা কলাকার অমা ওইনা মথল মথলগী জগোই কয়াদা শরুক য়াখি।

মনা-মথুম :- শর্ম্মনা শরুক য়াকবা থুদিংমক্তা তকমান অমসুং মথল কয়াগী প্রমাণ পত্রনচিংবা মনা-মথুম ফংলকখি। ইং ১৯৬৯ দা শর্ম্মনা লুচিংলুনা দিল্লী নেশনেল ষ্টেডিয়ম অমসুং টেলিভিজনদা লাইপৌ জগোই উৎখি। ইং ১৯৭২ দা দিল্লীগী পুরানা কিলাদা লাইট এণ্ড সাউনদসু য়াওখি। ইং ১৯৭৪, '৭৯ দা লুংথুম-লুংনাওবী, নোংলাউ কংলৈ, অহোই-লোন জগোই দিল্লীগী রবিন্দ্র রঙ্গশালাদা মথং মথং ওইনা মথল মথেল কয়াগী জগোই উৎখি। ইং ১৯৭৯ এপ্রিল থাগী তারিখ ৭ তা বাংব্রেব

খুম্নোকপা, কবুকী ডান্স ড্রামাদা ভগোই, ম্যুজিক কম্পোজ তৌদুনা সঙ্গীত নাট্য মহাবিদ্যালয়দা উংখি।

মর্মগী শুপবু উবিদুনা ৬শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা নৃত্য-বিশারদ উপাধি পীদুনা ইকায় খুম্নখি।

## শ্রীঅমুয়াইমা সিংহ

শ্রীযুক্ত নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ শকাব্দ ১৮১৭ মেরা থাগী ১৭ নি পানবা থাংজা মুমিত্তা পোকই। অপোকপা ৺ফাম্রঙ অমসুং অপোকপী ৺চাওখোম কৌই।

শিক্ষা :—চহি ১০ শুরকপদা কংচিঙ এল্ পি. দা অহংশুবা কাওবা তমহৌই। শ্রীযুক্ত নাওরেম মুমজাউ কৌবা ওঝা অমিদা চঙদুনা কোর্বাক্তা খোঙ্ডুনা ভাষা লাইরিক তমখি শাগৈগী ইপু ৺খোঙলেন্দা মৈতৈ লাইরিক মপী তথা হৌই। মতুংদা শ্রীযুক্ত নাওরেম পম্রোম পাঙ্গীদা মৈতৈ লাইরিক লাংলোন তমখি।

থবক তৌবা :—ইং ১৯২১ দা কংচিং পক্কারেন্তা কাদুনা মুহোরি ওইখি। ওনরেরী সার্ভিসনি লমনম অসিগী প্রজাশিংগী মহুং সিন্দুনা শাজনা খিবা লোকুংশঙদা চংলি। মুমকোকী ওইনা অরামল শিকি অমমম পীবি। লোইননা শম্পোং খুলং অমমম্ পাংই। খুলগী লৈকাইগী অঙাং মযাম খোমজিন্দুনা লাইরিক তম্বিব তৌখি।

শকাব্দ ১৮৪৫/৪৬/৪৭ মাওবা শ্রীযুত চুরাচাঁদ মহারাজনা ব্রহ্মাদা শামুখেদা (শামু ফাবা চৎপা) গী থৌগল তৌখি। জাপান-লান মতুংদা (১৯৪৫) থৌবাল হাওবা সোরারেন্দা লৈবা শ্রীলিশম তোম্বমু কৌবা পণ্ডিত্তা উমংলাই হয়াওবা তমখি। শকাব্দ ১৮৬৭ তা মহারাজ বোধচন্দ্রগী মা হাক্তক্তা পাথংবা হরাওবা থৌগল য়াওখি। তাং ১৯।৫।৫০ ইংদা মোইরাংদা মবুধো খাংজিং হরাওবা য়াওরুই। মতম অসিদা অপাম-থৌগল ওইনা য়াওখি। তাং ৪।১০।৫০ ইংদা মা ওফিসতা কৌথদুনা পণ্ডিত হাপ্পীদুনা মা থৌগল অমদি লৈবাকী থৌগল ফংখি। শকাব্দ ১৮৭২ দা

মহারাজ বোধচন্দ্রনা চকপী কারোঙদা চুর চৎপদা থোগল য়াওখি। শকাব্দ ১৮৭৪ কালেন থাগী ৮নি পানবা ঈয়াই হুমিঙ্গা মবুধো কৌক্র খুরুম্বদা সনা থোগল ফংখি।

অমুগী মতুংদা সনা য়াথংনা থাংজিং চীংদা কাল্লুনা মবুধো থাংজিং পুজা তৌরুই। নোংমাইজিংদা হয়া হয়. চরুনা ইয়াং পুজা তৌখি। গুরুদা মবুধো বাংব্রেনগী নিতম-উ-খুন্তমদা লৈবাক্তী নিংথৌগী য়াইফনবা ইয়াং পুজা কয়ারক হয়া তৌখি।

পণ্ডিত থোঙাম ৺মাধব সিংহগা লোয়ননা গুরু কুংথোং থিংবা চৎলুই। তাং ৩০।৬।১৯৬৬ ইংদা পণ্ডিত অচৌবগী ইনচার্জ পুখি। তাং ৮।৯। ১৯৭০ ইংদা পণ্ডিত অচৌবা ওইখি। তাং ১০।৭।১৯৭১ ইংদগী পণ্ডিত অচৌবা ফমদগী পোথাখি।

ইং ৯৭৩ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা তাকশিনরকপা মতুং ইন্না ককচিং খয়াংবা জগোই উৎপদা শরুক য়াখি। একাডেমীনা শিল্লাংবা থোরম অমাম্বদা চিংদনা য়াগুখি।

ইং ১৯৭৬ তা "ডি খা মণিপুর লাই হরাওবা এসোসিয়েশন" শিং-থংখি। হায়রিব এসোসিয়েশন অসিগী ফাউণ্ডর প্রেসিডেণ্ট অমদি পণ্ডিত অচৌবা ওইনা থবক পুরি। এসোসিয়েশন অসিগী রেজিষ্টার নম্বর ১৮৫১/ ৭৬ নি।

লাইরিক ফোংবা :—ইং ৯৭৭ তা পাম্ভোইবী নাহেরোল অমন শিং-কুমলোন ফোংখি। ইং ১৯৭৮ দা তিনথুম ফোংখি।

পেন্সিল ফংব :—মণিপুরী সংস্কৃতিদা. ককচিংগী কষ্টম অমদি কলাদা খণ্ড হৈরবা অথোইবা পণ্ডিত অমা ওইনা ইং ১৯৭৮ নবেম্বর থাদগী থা থাগী ওইনা পেন্সিল লুপা ৭৫.০০ (হুম্ফুতরামঙা) মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা পীরি।

---

## শ্রীনিমাইচাঁদ সিংহ

শ্রীঅচোম নিমাইচাঁদ সিংহ ইং ১৯০০ গী জানুয়ারী তাং ২১ দা শগোলবন্দ তেরা অথাম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺মোহনবীর অমসুং অপোকপীগী মিংনা সাপম নিঙোল ৺ইবেতোম্বী কৌই।

শিক্ষা :—তের কৈথেল প্রাইমারী স্কুল তথা লোইরগা মোইরাংখোম উচ্চ প্রাইমারী স্কুলদা মথা তমখৈ। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সিক্স ফাওবা তমংৌই। ইমুং-মচুংগী থিবম "ফজবনা মথা তমথবা ঙমখিদে।

মুমপানবা :—চহি ২১ শুবদা কাওবম নিঙোল অতোন সিজগা লুহোংখি। ইং ১৯৪১ দা লান চেনবা মতমদা ওজাগী মচানুপা অমা নুপী অমগা লোয়ননা অপোকপা অপোকপী অনিমু কাইনখি।

শিনথম :—ইং ১৯২২ দগী ১৯২৪ ফাওবা কাওবম এল পি, স্কুলগী ওজা ওইরমই।

জ্যোতিষ তম্বা : ইং ১৯২৫ দগী বাহেংবম ওজা পণ্ডিত ৺তোম্বোইদা আদি গুরু ওইনা জ্যোতিষ তম্বা হৌখি। ওজাদা চহি অনি চুপ্পা তমখি। ইং ১৯২৭ তগী কাকচিংথেলদা লৈবা ওজা পণ্ডিত খোমদ্রাম ৺ভুবনচন্দ্রদা গণিত জ্যোতিষ তম্বা হৌখি। চহি অহুম তম্লবা মতুংদা ইং ১৯৩০ দা ওজানা প্রমাণ পত্র অমা পীবিখি।

ইং ১৯৩০ দগী ওজা অসিগী চহি ৩০ শুবদগী জ্যোতিষতা মাই ওনশিন্দুনা প্রজাগী সেবা তৌখি।

পত্রিকা ফোংবা :—ইং ১৯৩৩ দা মণিপুরগী ইহান হানবা পঞ্জিকা অতোম্বাপু শর্মাগী প্রেস্তা নমহুনা ফোংবা হৌখি। মসিগীদমক্তা মণিপুর ব্রাহ্মণ সম্মেলননিনা প্রমাণ পত্র অমা পীবিখি। লোয়ননা পাঞ্জি অমা ওইনা শকথওবা হৌখি। পাঞ্জিকা অসি ফোংনবা অঙ্ক হোৎপদি ওজাগী সেবক শ্রীচইদ্রোম নীলবীর সিংহ, শাপম লালবিহারী অমদি য়েনশেম্বম ব্রজকিশর সিংহনি।

রাজনীতি :—মতম অমুগী রাজনীতিগী খোংহোদা রাওহনা প্রজা সম্মেলনিগী মেম্বর অমা ওইখি। মমৈথংদা কংগ্রেসকী মেম্বর অমসু ওইখি।

ঠিকাদার :- লানগী চয়াংনবা মতম অসিদা জ্যোতিষকী থবক থা-দোকতুনা সিফাইশিংগী য়ুম শাবগী ঠিকাদার অমা ওইদুনা মতম লেনখি।

মতম অসিদা থাংমৈবন্দা কৈবী অঙোম নিঙোল তোঙাংবী লৌখি মঙোন্দা মচানুপী অমা পোকখি। পুন্না হৌজিক ওজাগী মচা নিঙোল মরী হিংলি। ওন্না ময়ুম পানখ্রে।

লমকোয়বা :—ভারতকী শেংলবা তীর্থ কয়া কোয়রুবা মতুংদা ওজাগী লৈফম শগোলবন্দ অথাম লৈকাইদা লেংদন লৈরে।

ওসিদা থবর :—মতম অসিদা মণিপুরগী লিয়বা ওসি থবরদা মথল মথা কয়াগী আর্টিকল অমদি রাশি ফলনচিংব ফোংবা তৌরে। ইং ১৯১০ দগী চাং নাইনা ওসি ফল্লাং পঞ্জিকা কৌবা কেলেণ্ডর ফোংবা হৌখি।

লেখক অমা ওইনা :—ইং ১৯৩২ দা মসিং লাইফাও কৌবা জ্যোতিষকী লাইরিক অমা ইদুনা ফোংবা হৌখি। ইং ১৯৫৩ দশু য়াকং লাইফাও কৌবা লাইরিক অমা ইদুনা ফোংখি।

ইং ১৯৬৬ তা মণিপুরগী মমিং লৈরবা পণ্ডিত অমদি পান্নি কয়াগা লোইননা শ্রীশ্রীগোবিন্দজী মফমদা পঞ্জিকা অমা ফোংদোক্লুনা কংখি। ওজা অসি এষ্ট্রোলোজিকেল সোসাইটিগী চহি অমা প্রেসিডেন্ট ওইখি। মতুংদা মেম্বর অমা ওইনা লৈখি। হায়রিবা সোসাইটি অসিনা ওজাদা জ্যোতিষা-চার্য্য কৌবা উপাধি অমসু পীখি।

ওজা অসি য়াম্না কন্না নাখি। হৌজিক ফাওবা হকচাং য়াম্না কল্লি। অদুবু প্রজানা ঙংশিজবা পণ্ডিত অমা ওইবনা হৌজিক ফাওবদা জ্যোতিষকী শিনফমদি থাদোক্লি।

তাং ২৪।১২।১৯৭৮ ইং ফাওবদা ওজানা জন্মকোষ্ঠি ১৭৫৮৪ (লিশিং তরাতরেৎ চামঙা মরিফুমরি) ইদুনা প্রজাগী সেবা তৌখ্রে।

ওজাগী সেবকশিংগী মমিং মথং-মনাও মথাদা ইরি :—

১) শ্রীহুইদ্রোম নীলবীর সিংহ — উরিপোক, ইম্ফাল
২) শ্রীসাপম রাসবিহারী সিংহ — শগোলবন্দ
৩) শ্রীনন্দকিশোর সিংহ — খোংজোম
৪) শ্রীশেল্লুং সিংহ — তেন্দোংয়াল

৫ ) শ্রীমোইরাংথেম রাজমনি সিংহ — সেগাসন্ধী, ইম্ফাল
৬ ) শ্রীলাইময়ুম নারায়ণ শর্ম্মা — নাওরেমথোং, ইম্ফাল
৭ ) শ্রীইবোমচা সিংহ — য়ুরেম্বম
৮ ) শ্রীবরমনি সিংহ — নীলকুথী
৯ ) শ্রীনীলমনি সিংহ — পাৎশোই
১০ ) শ্রীগৌরমনি শর্ম্মা — শগোলবন্দ, মোইরাং হন্নুবা
১১ ) শ্রীথাইদেম তোমাল সিংহ — শগোলবন্দ, লৌক্রাকপম লৈকাই
১২ ) শ্রীচন্দ্র — কোংপাল, ইম্ফাল
১৩ ) শ্রীয়ুবাম্না — কাছার, হুপসারা
১৪ ) শ্রীনন্দকিশোর — কাছার, কাটা খাল

অসিনচিংবা গুরুনা ঐদোম্না তাকপীবা মতমদা গুরুগী শিষ্য ৪৪ ( নিফুমরি ) য়াম ওই হায়না তাকপী।

হৌজিক গুরুগী হকচাং ফনা লৈদ্রি ঈশ্বরনা গুরুগী পুন্সি হুংশাংবা পীনবিবা ওইসনু।

# শ্রীনাওরোইবম ইবোমচা সিংহ

ইং শাক ১৮২০ মাকচিং থাগী ৭নি পানবা লৈপাকপোকপা ঙুমিত্তা শ্রীইবোমচা সিংহ নাওরোইবম শাগৈদা পোকখি।

পোকফম লমদম :—শগোলবন্দ অথাম লৈকাইদদি। পাম্পোমা মোনা হন্দোক্লবা মরম্না পলেম পোকপী মবেম্না নাওয়োকখি। মরম অমনা অপোকপী অমদি মবেনগী মতেঙ পাঙবা ঙমবা হায়রুনা মোনা থবক ওবা হৌখি। মতাং অসিদা অবাবা থুদোংখিবা কোক্লাই নংখি।

শিক্ষা :—চহিং ১৮ ওবকপা মতমদা "লাইরিক থিবা হায়বা" খোরদা-জবা শিনফম অসিদা থোংদাবা হৌখি। অতাং ওইরিবৈরগী হৌনা শিন-

ক্রম অসি থোইদোক হেন্দোক্লা পামশিনখি। ইহান হানবা ওইনা থবাই-রম্বন্দগী কৈথেল ফম্বী ইমা-ইবেনশিংগী থৌগল (লাইরিক খিবা হায়বা) তৌবা হৌখি। মসিদগী হৌনা লৈবাক্লা শকথংবা লাইরিক হায়বা মীওই অমা ওইখি। হৌজিক চৎনরিবা "অহোরাত্রি" হায়বা অসি ওজা অসি-মক্কী গুরুশিংগা লোয়ননা হৌদোকখি।

গুরুশিং :—অহানবা ওইনা শিনক্রম অসিদা লমজিংবিরকপা অগোম ৺ইবোহল সিংহ ওজা অসিনি। মথংদা পুখ্রম্বম ৺বাপুসিংহ, সনসম নেত্রজিৎ সিংহ, লোংজম গোপাল সিংহ, অমসুং তখেলম্বম তোলচৌ সিংহ ওজাশিং অসিনি।

অমাইবা :-ওজা অসি মৈতৈগী অমাইবা অমনি। শিনক্রম অসিদসু লৈবাক্লা শক থংবি।

মৈতৈ লোন্দা লাইরিকখিবা হায়বা :-মতমগী চৎনবী য়েংদুনা ওজা অসিনা মৈতৈ লোন্দা লাইরিক খিবা হায়বগী থবক অসি ওজাগী সেবক ইরাবত সিংহগা লোয়ননা হৌদোকখি।

মনা-মথৌম :-ওসিদগী চাওরাক্লা চহি ৩০ রোমগী মমাংদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী য়া হাজক্কা য় খুজি অমদি থামেন চৎপা মনা মথৌমশিং অসি পীবিখি।

ওজাগী সেবকশিংগী মমিং অমদি লৈফম মখাদা পীরি :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | শ্রীহৈস্নাম ইরাবত সিংহ | লগোলবন্দ অথাম লৈকাই |
| ২। | শ্রীশাপম মনিকচাঁদ সিংহ | খোংজোম বস্তি |
| ৩। | শ্রীতখেলম্বম শাজৌবী সিংহ | খুরাই কোংপাল |
| ৪। | শ্রীঅথোকপম বীরবাবু সিংহ | ইথাই বস্তি |
| ৫। | শ্রীরাহেংবম মাইমু সিংহ | কুম্বী বস্তি |
| ৬। | শ্রীয়ুম্নাম কালা সিংহ | রাবগাই বস্তি |
| ৭। | শ্রীয়েলাংবম নিপামচা সিংহ | ,, ,, |
| ৮। | শ্রীশাপম বীর সিংহ | য়ুম্নাম হুইদ্রোম |
| ৯। | শ্রীশাপম চাওবা সিংহ | |
| ১০। | শ্রীয়ুম্নাম বোকুলজাও সিংহ | |
| ১১। | শ্রীমোংজম লৈথম সিংহ | মমাং ইম্ফাল কোনচাক |

| | | |
|---|---|---|
| ১২ । | শ্রীআর, কে, উদয় সিংহ | উচিবা বস্তি |
| ১৩ । | শ্রীলাইশ্রম নিংথেমজাও সিংহ | ফিবৌ বস্তি |
| ১৪ । | শ্রীথুম্রাম গুলাপ সিংহ | |
| ১৫ । | শ্রীথৌনাওজম গুলাপ সিংহ | চিরাই বস্তি |
| ১৬ । | শ্রীরাহেংবম লৈরেঙ্গাও সিংহ | |
| ১৭ । | শ্রীমোইরাংথেম কুলচন্দ্র সিংহ | খাঙ্গা মোইরাংথেম |
| ১৮ । | শ্রীলাইশ্রম নিংথৌ সিংহ | খাঙ্গা ,, |
| ১৯ । | শ্রীনিংথৌজম উধব সিংহ | নরানশৈঙ্গ বস্তি |
| ২০ । | শ্রীহৈস্নাম মনিকচান্দ সিংহ | |
| ২১ । | শ্রীলাইশ্রম সাগর সিংহ | |
| ২২ । | শ্রীশাজৌ সিংহ | নম্বোল কোংখাম লৈকাই |
| ২৩ । | শ্রীমনাও সিংহ | ,, |
| ২৪ । | শ্রীভালোক সিংহ | মোইরাং গুকশোংবুং |
| ২৫ । | শ্রীনাওরেম মধু সিংহ | কুমলৌ বস্তি |
| ২৬ । | শ্রীপুখ্রম্বম গুলাপ সিংহ | ,, ,, |
| ২৭ । | শ্রীশগোলশেম নোংমাইজিং | ময়াংলাংজিং বস্তি |
| ২৮ । | শ্রীব্রহ্মচারীময়ুম বিহারী শর্ম্মা | তেন্থা বস্তি |
| ২৯ । | শ্রীমোইরাংথেম নিংথৌ সিংহ | ,, ,, |
| ৩০ । | শ্রীলৌক্রাকপম ইবোতোম্বী সিংহ | লৌক্রাকপম লৈকাই |
| ৩১ । | শ্রীরাহেংবম লক্ষি সিংহ | তেরা কৈথেল |
| ৩২ । | শ্রীরাহেংবম শামো সিংহ | তেরা খুরাইজম লৈরক |
| ৩৩ । | শ্রীকোবি সিংহ | মবুথৌ মন্ত্রী লৈকাই |
| ৩৪ । | শ্রীবারেপ্পম নোংঙালজাও সিংহ | উরিপোক নাওরেমথোং |
| ৩৫ । | শ্রীকাংজম তোম্বা সিংহ | |
| ৩৬ । | শ্রীওইনাম লাইঙম সিংহ | কাকৈথেল |
| ৩৭ । | শ্রীলাইশ্রম থোইহুম সিংহ | কাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই |
| ৩৮ । | শ্রীগুরুময়ুম নিপামচা শর্ম্মা | |
| ৩৯ । | শ্রীলৈহাওথাবম জাতিশ্বর সিংহ | হাওবম মরক |
| ৪০ । | শ্রীথোইস্নাম থোইবা সিংহ | লাইরেঙ্গম বস্তি |
| ৪১ । | শ্রীলাইশ্রম য়াইমা সিংহ | |

৪২। শ্রীপুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ
৪৩। শ্রীখোইরাকপম ভুবণ সিংহ
৪৪। শ্রীখোইসনাম গোকুলচাঁদ সিংহ
৪৫। শ্রীময়াংলম্বম ইবোমচা সিংহ — ইরোইশেম্বা
৪৬। শ্রীলমাবম সনাজাও সিংহ — তাকয়েল খোংবাল
৪৭। শ্রীকোনশম কর্ন সিংহ — কাছাড় রাম নগর ক্ষেমা
৪৮। শ্রীনাওদম খোগেশ্বর সিংহ — কাছার

অসিনচিংবা সেবক চামরোম নৈ।

## শ্রীশগোলশেম কালীদমন সিংহ

শ্রীশগোলশেম কালীদমন সিংহ তাং ৬০। ১১। ১৮৯৮ ইংদা থাংমৈবন্দ পোলেন লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺ইবুংঙোচাওবা সিংহ অপোকপীগী মিংনা য়ুম্নাম নিঙোল ৺চম্পুরৈ দেবী কোই। মচিন মনাও মঙা পোকই। মুপা মরী মুপী অমনি; ওজা অসিনা অহলনি।

শিক্ষা :—ওজা অসি ইবা পাবা য়াম্না নিংথিনা নৈ। ওজানা চহি ৭ চংলকপা মতমদা অপোকপনা কালীদমন হায়বা মীংনা অত্রু কৎখি। মীংনা অসিদা ওজানা কুঞ্জ শাখি। হায়রিবা মীংনা অসি চীংমৈরোংগী লৈইংথোল হৌজিক্কা এগ্রিকলচর ওফিস ওইরিবা মফম অসিদা শায়খি। মতুংদগী মীয়াম্না ওজাবু "কালীদমন" হায়বা মিংথোল অসি পীখি।

কলাবিন্না ওজানা চহি ১৬ শুরকপদগী নট সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈদা খোংদাবা হৌখি। ইহান হানবদা ইমা পোকপা ইপু বৃন্দাবনচন্দ্রগী পালা ওইরম্বদা ঈশৈ তম্বা হৌখি। মথংদা চিংগুবম ইবেমতোন সিংহদা, রাজকুমার সুর্য্যবর সিংহদা ঈশৈগা লাইরিক্কা কোম্লনা তমখি। য়ুম্নাম ৺নাতুম, কোঞ্জেংবম অতোম্বাইবা সিংহ, নোংমাইথেম চাইকোই সিংহ নচিংবা ওজাশিংগী মফমদা ঈশৈ তমখি। মতম থরা ঈশৈ তম্লবা মতুংদা ওজা কালীদমনগী পুক্লিংদা ইমারোন্দা ঈশৈ শকনিংবা বাথল পোকখি। মহুনা মরম ওইরদুনা

মৈতৈলোন্দা শক্নবা মতংদা সমাজনা ইন্থোক্ননা অবাবা কোঙ্গায় থাংখি। মধুমঙ্গল মেম্বর কৈশামপাঙ্গা লৈবগী মাঙবতা অভিরাম শাবনা বাঙ্গালীদা শক্নগা ওজান' মৈতৈলোন্দা শক্ননা ঈশৈ ফাংনখি।

আকাশবানীদা মৈতৈলোন শকপা :—১৯৫৯ ইংদা আকাশবানী গৌহাটিদা মৈতৈলোনগী ঈশৈ শকপা হৌখি। আকাশবানীদা মৈতৈলোন্না ঈশৈ শকপা ওজানা অহানবনি। ওজাবু মীয়াম্না শকথঙবিরিবখি মৈতৈলোনগী ঈশৈ শকপদনি। অনিশুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন ইং ১৯৬৬ এপ্রিল ৩০ দা "সঙ্গীতচার্য্য" হায়বা উপাধি পীদুনা ওজাবু ঈকায় খুম্নখি। তাং ১০-৫-১৯৬২ দা মুমিং ২৪ নি চুপ্না ঈশৈ ফাংনবদা শরুক য়াখি। পানা ২দা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ ফাংনখি মতুদম্বু শরুক য়ারুই লোয়ননা প্রমাণ পত্র পীবিখি।

১৯৬৭ ইংদা হোজাইদা সাহিত্য পরিষদকী অধিবেশন্দা ঈশৈ শক্নবগী মন কয়াম্বু পীরকখি। ইং কুমজা ১৯৭৩ গী ত ৎ ১০ দগী নবেম্বরগী তাং ১ ফাওবা ইমালোন্দা ঈশৈ যাংনখি মতুদম্বু প্রমাণ-পত্র পীরকখি। ইং ১৯৭৩ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ষ্টেট এৱার্ড পীখি। চহি অসিংমক্তদা গোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড কী পালং নহাগী হায়বদি অহন্নুপ পালাগী ঈশৈ হনবা হাপখি।

শিনফম ঃ—ওজা অসি লৈবাক্কী ওইবা ঈশৈ শকপা অমনি। জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাদেমীগী ভিজিটিং গুরু ওইরি। ওজাগী চহি ৮১ শুরে। হকচাং ফম্রি।

— — — —

## শ্রীইরোম অমুবী সি হ

ক্ষাইরেম্বাগী তরামাথোই/তরানিথোই পানবা কমেং চাওবগী কুম ১৮৩১ দা থুরাই চেকোন্দা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৮ছুংনাং সিংহ অপোকপীগী মিংনা কোমোই দেবী কোই।

শিক্ষা :—চহি ১১/১২ শুরকপা মতমদা থুরাই শোইবম লৈকাইদা লৈবা সনাখ্যা চিংলেন সি হদা লাইরিক তম্বা হৌখি। নৌনা থাং-তাগী বিদ্যাসু তম্বা হৌখি।

মৈতৈ ময়েক তম্বা :- শ্রীথুমল্লবম য়াইমা সিংহ পণ্ডিত সাং থোংমন পণ্ডিত লৈকাইদা লৈবা মাগী ময়াম্বা অসিদা মৈতৈ ময়েক লাইরিক তম্বা হৌখি। ওজা অসিগী মশাগী চহি ২১ শুরকপা মতমদা থুরাই থাদোক্তুনা থাগেম্বপল্লি ইম্ফালদা য়ুম হোংলকখি। মণিপুরগী মৈতৈ ময়েক হৈবা অহল লমনশিংগী মফমদা চত্তুনা রারী-রাখোং থিজিন্দুনা তমশিনবা হৌখি।

শিনফম :—ওজা অসিগী শিনফমদি মৈতৈগী পণ্ডিতনি। তাং ১।৩। ১৯৭৩ ইংদা ওজা অসিবু মণিপুর রাজ পণ্ডিত লোয়শঙ্গী পণ্ডিত অমা ওইনা হাপখি। ওজা অসিনা চাং নাইনা কাহুনা লোয়শঙদা পণ্ডিতকী মখো মঙম তোবা হৌখি।

তাং ২০।৪।১৯৭৪ দা বিষ্ণুপুরদগী ইম্ফালদা বিষ্ণু লেঙলকপা মতমদা পণ্ডিত অসিসু থোগল তৌরুই। য়াইমা সিংহ পণ্ডিতনা নাহুনা ছুটি লৌখিবা মতমদা ওজা পণ্ডিত অমুবী সিংহনা পণ্ডিত ইনচার্জ লৌহুনা কাক তানবগী থৌগল তৌখি।

লাইরিক ফোংবা :—ময়াংঙম্বা কৌবা লাইরিক অমা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা মতেং পিবিহুনা হৌজিক হায়রিবা লাইরিক অসি ফোংলে।

সমাজ সেবা :—ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিগী ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইরি। উমং লাইগা মরী লৈনবা থৌরম থুদিংমক্তা সমাজগী সেবা তৌরি।

# শ্রীগুরুঅরিবম ব্রজমনি শর্ম্মা

শ্রীগুরুঅরিবম ব্রজমনি শর্ম্মা ইং ১৯২১ গী এপ্রিল থাদা ব্রহ্মপুর মহাবলী মমাংদা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺অতোম্বা শর্ম্মা, অপোকপীগী মিংনা লাইময়ুম নিঙোল ৺মধুমতী দেবী কৌই। শ্রীশর্ম্মগী মপাপোকপা মবুধোদি ৺চূড়াচাঁদগী আচার্য্য গুরু ওইখি। অদুগা মমা পোকপা মবুধোনা ৺সার্ব্বভৌম কৌই। ৺চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তা রত্ন ওইখি অমসুং শাস্ত্র হৈবা অফাওবা পণ্ডিত অমা ওইখি।

শিক্ষা :—শাস্ত্রী ( সারস্বত ব্যাকরণ ) শাস্ত্রী ( পানিনীয় ব্যাকরণ ) উপাধি পাস তৌখি। হায়রিবা উপাধিশিং অসি আসাম সংস্কৃত বোর্ডকীনি।

শিনফম :—শ্রীশর্ম্মজী অসি গভর্ণমেণ্ট সংস্কৃত টোলগী সংস্কৃত অধ্যাপক অমনি। ১৯৫২ দগী ওজা ওইবা হৌখি।

সংস্কৃত প্রচার : - তাং ৯। ৬। ১৯৬৪ ইংদগী অখিল ভারতীয় সংস্কৃত সাহিত্য সম্মেলনগা মরী লৈনদুনা সংস্কৃত পরীক্ষা প্রচার তৌবা হৌখি। প্রবোধদগী ভারতী ভূষণ পরীক্ষা কাওবা অধ্যক্ষ ব্যবস্থাপক ওইখি। অতৈ অতোপ্পা সংস্থানশিংগীসু ব্যবস্থাপক ওইখি।

ব্রহ্মা সভাগী রত্ন :—৺বোধচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা ব্রহ্ম সভাগী রত্ন ওইখি। রত্ন ( ফম ) অসিগী মিংনা তর্কপঞ্চানন কৌই।

শ্রীশর্ম্মজীগী গুণবু শিংথানবা ওইনা "৫শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা "সাহিত্যাচার্য্য" উপাধি পীদুনা ১৯৭৭ ইংদা ইকায় খুম্মখি।



# শ্রীগুরুময়ুম কৃষ্ণদাস শর্ম্মা

শ্রীগুরুময়ুম কৃষ্ণদাস শর্ম্মা শকাব্দ ১৮৩০ দা পোকই।

পোক্লফম লমদম :- মাইবম লোংপচীং বস্তিদনি। হৌজিক শগোল-বন্দ সলাম লৈকাইদা লৈরে। শর্ম্মজীগী মশাগী চহি ৭ শুরকপা মতমদা অপোকপা কায়নখি। মরম অদুনা বিদ্যা মমুং মতম চানা নিংথিনা তম্বা ঙমখিদে।

বিদ্যা তম্বা :—লৌ শঙম অমা চাওবা ইংখোল, ওজাদা কত্তুনা লাই-রিক তম্বা হৌখি। তৌইগুম্বমুং মপুঙ ফাখিদে।

য়ুম পানবা :—নম্বোলদগী হিদংময়ুম নিঙোল অমা লুহোংদুনা লৌরগা য়ুম পানবা হৌখি। শকাব্দ ১৮৫৫ দা সলাম ভোম্পোক সিংহনা লাইগী মন্দির, লৌ, ইংখোল কত্তুনা সলাম লৈকাইদা হোংগংলকখি।

পুরোহিত ১দি জ্যোতিষ :- শর্ম্মজীগা পোকমিন্নবা মচে লৌবা মবাই ফুরাইল্যাৎপম ৺লালকাহ্নাই শর্ম্মদা ব্রাহ্মণগী চৎনবী অর্চ্চা-পূজা, যাগ-যজ্ঞগী মরম কুপ্পা তমদুনা হৈখি। জ্যোতিষ শাস্ত্রসু তমহৌই।

ব্যাকরণনচিংবা শাস্ত্র তম্বা :—অসিগী মতুংদা চিঙ্গাংবম কাপ্লাচাঁদ শাস্ত্রী ওজা অসিনা কাশীদগী হল্লক্তুনা ছাত্র ময়াম লোয়নদুনা বেদ অষ্টা-ধ্যায়, ব্যাকরণ কৌমুদী, ছন্দোমঞ্জরী তমহুনা শস্ত্রগী জ্ঞান খরা ফংজদুনা মিৎ পাঙখি। মতম অসিদা শর্ম্মজীগী চহি ৩৫ শুরে।

কলাকার অমা ওইনা :—চহি ৩৫ দগী চহি ৫০ শুবা ফাওবা শ্রীশ্রীগো-বিন্দজীগী শৃঙ্গার পালাগী, হলিগী ধুলক য়ৈবা হঙবা মকোক ওইদুনা চহি ১২ রোম পুখি। মসিগা লোয়ননা শ্রীগোবিন্দজীগী য়া পালা ( নাপুপালা ) গী ধুলক য়ৈবসু ওইরি।

লেখক অমা ওইনা :—শর্ম্মজীনা ৫০ হেল্লক্লবা মতুংদা নোংমগী লুমিত্তা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান ( পয়ারছন্দ অমা ) পাখি। হন্না হন্না অহুমক পাখি। মদুগী ফলনা ইমালোন্দা ইথোকখি ( হত্থোকখি )। মতমচানা ফোংদোকপা ঙমখিদে। কনাগুম্বা অখঙ-অহৈশিংনা সরকারদা ফোংনবা মতেং পীমু হায়না দরখাস্ত থাও হায়না তাকপিরকপদগী মণিপুর সরকার শিক্ষা বিভাগ

মা লুপা ৯৭:৩৯ ( লিশিং অমা চাতরেৎ তরাহুমদোই ) তেংবাংবিখি। মন্থু ফোংদোকপদা শ্রীগোবিন্দজীগী ব্রহ্মসভানা "কবিরত্ন" উপাধি পীবিখি। লাইরিক অসি ইং ১৯৭১ দা ফোংদোকখি ইং ৯৭৬ তা অনিশুবা খণ্ড গ্রাণ্ট ফংলদুনা ফো'দোকখে।

মথংদা জ্যোতিষ সার সংগ্রহ কৌবা পাঞ্জিগী লাইরিক অমা ফোংদোকখি মন্থুদা শ্রীগোবিন্দগী ব্রহ্মসভানা পেনবিদুনা "জ্যোতিষ-রত্ন" উপাধি অমা পীবিখি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসি গ্রাণ্ট ফংবা ডাক্তনি। মৌজিক ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানগী অহুমশুবা প্রকৃতি খণ্ড গ্রাণ্ট ফংদুনা নম্বা হোৎনরি।

শ্রীশর্ম্মজদগী জ্যোতিষ তমখিবা ছাত্রশিং:—

১ ) শ্রীনিঙোম্বম নীলচাঁদ সিংহ সাং শামুরৌ বস্তি।
২ ) শ্রীকুরাইলাৎপম জগদীশ শর্ম্মা সাং শন্নাৎ পুখি।
৩ ) শ্রীব্রহ্মচারীময়ুম নীলমনি শর্ম্মা সাং ব্রহ্মপুর নহাবম লৈকাই।
অসিনচিংবা।

## শ্রীঅঙোম ৺বসন্তকুমারমনি

অঙোম ৺বসন্তকুমারমনি, ইং কুমজা ১৯০৩ গী মার্চ্চকী তাং ১৭ লৈবাকপোকপা মুমিত্তা চীঙা-মখা মাইবম লৈকাইদা পোকই। খরায়না মহাকপু শাজো হায়নমু কৌনৈ। মহাকপু পোকপা পম্বোগী মিংনা অঙোম হোমেশ্বরমনি অদুগা অপোকপী পলেমগী মিংনা নিংথৌজম চন্থু তোম্বীমচা হায়না কৌই। মচিন-মনাও নিপা অহুমগা নিঙোল অমগা পোকই। মহাক্না খরাইগী অহন্নি। মনাওনিপা যাইমগী মিংনা মুকুন্দমনি অমসুং অতোম্বগী মিংনা চৌরজিংমনি হায়না কৌই। মচন অদুগী মিংনা তকোনশিজ হায়না কৌই।

বসন্তকুমারমনি, মশাগী চহি তরুক শুরকপা মতমদগী শীংজমৈ বাংমা ভাগ্যবতি লৈকাইদা হোংলক্লে।

শিক্ষা :- চহী অসিমক্তদগী ক্ষেত্রি লৈকাই এল, পি, স্কুলদা ক্লাস টু ফাওবা তমখি। মতুংদা মহাক্না মোইরাংখোম ইউ, পি. স্কুলদা মথ: তমথখি। অদুগা ক্লাস ফোর দগী ঐইট ফাওবা জনষ্টোন স্কুলদা তমখি: ক্লাস ঐইট পাস তৌরবা মতুংদদি মথা তমথখিদ্রে

কলাবিদ্য :—মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী কলচরদা পুক্নিঙ চঙলম্মী। জনষ্টোন স্কুলদা লৈরিঙৈদা স্কুলগী হলি-পালানচিংব লিংখত্তুনা শ্রীগোবিন্দগী খোগল তৌখি। ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙব মী অমম্ম ওইরকই। মহাক্না ক্লাস ঐইট-তা তম্লিঙৈগী মতমদা স্বামী শচিদানন্দ সরস্বতী মণিপুরদা লাকখি-রম্মী। মহাক্না সরস্বতী মহারাজগী মফমদা ভক্তগা লোয়নবা চঙজরবা মতমদা স্বামীজীনা পেনবিখি অমম্মং মহাকী থুনাকী মহি য়েংলগা "নহাক থবায়গী সেবা তৌ হায়ব লৈ অদুন ডাক্তর অমা ওইনা মীওইবগী সেবা তৌ নংগী নরল থাংলোই, মীওইবগী য়াইফনবগী পাউজেল পীয়ু" হায়না পাউতাক পীবিরম্মী। অদুগা ম'সমম্ম হায়বিরম্মী "মহাক্না ডাক্তর তংগে হায়রবদি হোমিও প্যোথিকী ডাক্তর তম্ম"। হায়রিবা মমল য়াম্নবা পাউ-তাক অসি ফংবগা বসন্তকুমারনা শিল দা চংতুনা জর্জ মেডিকেল কলেজদা হোমিওগী ডাক্তর তম্বা হৌখে। মমৈথংদা ইউ, এস, এগী চিকগো মেডিকেল কলেজগী সেন্তর, ভারতকী ওইনা কলিকতাদা লৈবা অসিদা মথা তমথতুনা এম-ডি, এম-এস, পি এইচ-ডি, এস-সি অমম্মং এম আই-এম-সিগী পরীক্ষাদা ফজনা পাস তৌতুনা গোল্ড মেডল মফা ফংখি। অদুগা প্রনা-চার্য্য হায়ব মিংথোল অসিম্ম চিকাগো মেডিকেল কলেজদগী ফংখি। মহাত্মা গান্ধীনা গৌহাটিদা লাকপ মতমদ মহাত্মাগা উনখি অমম্মং কংগ্রেসী অমা ওইনা মহাত্মাগী সেবক ওইখিরম্মী। ডাক্তর বসন্তকুমারমনি, ডাক্তর অমা ওইনা থবাইগী সেব তৌবতা নত্তনা খাদি শেত্তুনা গান্ধী কেপ উপতুনা কংগ্রেসকী প্রচার তৌবম্ম হৌরক্লে। ডাক্তর বসন্তকুমারনা, মহাকী হোমিও প্যোথিকী গুরুনা স্বামী সরস্বতীনি অদুগা রাজনৈতিকী গুরুনা মহাত্মা গান্ধীনি হায়না হায়রম্মী।

প্রজাসেবা :—ডাক্তর বসন্তকুমারমনি, প্রনাচার্য্য হায়বা মিংথোল অসি ফংলবা মতুংদা লায়েংবা হৌরক্লে। মহাক্না লায়েংবগা লোয়ননা মণিপুরদা হোমিওপা ডাক্তর তম্বীবগী থবকম্ম চংথরক্লে।

হোমিও প্রচার :—মহাক্না ইংশোক ১৯৫১ দা মহাক্কী মবুধোঁ চন্দ্রমনিগী মিং থোন্দুনা হোমিওগী ডাক্তর তম্মনবগীদমক চন্দ্রমনি মেডিকেল কলেজ হায়বা মেডিকেল কলেজ অমা লিংখৎলে। মহাক্না কলেজ অসিগী প্রিন্সি-পালনি। হায়রিবা কলেজ অসি ইউ, এস এ, গী চিকাগো মেডিকেল কলেজদা এফিলিয়েৎ তৌরে।

রাষ্ট্রসেবা : মতুংদা ইংশোক ১৯২২ দা মহাক্না মহাক্কী ছাত্রিশিংগা লোয়ননা ইন্টরনেসনেল মেডিকেল স্কাউটকী মণিপুরগী ব্রাঞ্চ ওর্গেনাই-জেসন অমা মহাক্না চেয়ারমেন ওইদুনা শেমলে। হায়রিবা ওর্গেনাইজেসন অসিনা ইউ, এস, এ, দা হেডক্বার্টর ওইরিবা ইন্টরনেসনেল মেডিকেল স্কাউটকী মতেং লৌদুনা মণিপুরগী মীয়াম তিনবা মফম মফমদা স্কাউটকী মীশিং পুদুনা হিদাক্কচিংবা লেম্না পীদুনা লেম্না লায়েংদুনা সম'জগী অচৌবা সেবা তৌখি।

বাক্সনী থুক্সম্বা, হিয়াংথাং বর থুক্সম্বা হুমিৎশিংদা স্কুলগী অচৌবা পরীক্ষা তৌরকপা মতমদা স্কাউটকী মীশিং পুদুনা মফম মফমদা চৎতুনা ফিদা লায়েংদুনা থবাইগী সেবা তৌখি। মদুনা থুদোংথিবদা তারগদবা মী কয়ামুকপু কনবা ঙমখি। মহাক চিকাগো মেডিকেল কলেজগী একজা-মিনর অমসু ওইখি। মহাক্না পৃথিবীগী মফম কয়াদগী হিদাক্কী মপোৎ চেল্লগা পেসেন্ট মেডিসিন ওইনা হোমিওগী হিদাক ৯২১ পুথোক্লম্মী। মহাক্না পুথোক্লবা হিদাকশিং অদুগী মমিং মৈতৈলোন্দা থোনখিরম্মী। হিদাক্কী মমিং মৈতৈলোন্দা থোনবা অদু হিদাক অদুনা করম্বা লায়নাদা শিজিন্নগদগে হায়বদু মীয়াম্না লায়না খঙবা ঙম্মী। হায়রিবা হিদাকশিং অদুদি :—কংথুনিংথৌ, কংথুঙম্বা, বসন্তসিকেলি অসিনচিংবনি। বসন্ত-সিকেলি হায়বা হিদাক অসি ইংশোক ১৯৫১ দা গান্ধী মৈদান্দা তৌখিবা গান্ধী মেলাদা পুথোকখিবনি। মহাক্না হোমিওগী সাইন্স অসি পোপুলার ওইনবগীদমক অদুপকী মতিক কয়া হোৎনখি। মহাক্না "হোমিও পব্লিশিং হোল" হায়বা সংস্থান অমা শেম্লম্মী। সংস্থান অদুনা "মলয়া" হায়না কৌবা থাগী চেফোঙ অমসু পুথোক্লম্মী। চেফোঙ অদুদা হোমিও ডাক্তরগী মরমদা শন্দোক্না ইদুনা ফোঙলম্মী।

হিন্দী প্রচার :- প্রনাচার্য্য ডাক্তর বসন্তকুমারনি, রাষ্ট্রভাষা হিন্দী প্রচারগী থবক্তসু পুক্নিঙ চংলম্মী। মহাক্না মণিপুরদা, রাষ্ট্রপ্রচার সমিটি আসামগী মথাদা থবক তৌরম্মী। বসুমতি ত্রিরঙ্গ মহাবিত্তালয় হায়না কৌবা হিন্দীগী মহাবিত্তালয় অমসু লিংথংখি। আসাম সমিটিগী মথাদা মহাবিত্তালয় অসিগী ছাত্র-ছাত্রী কয়া পরীক্ষা পীহনখিরম্মী।

সম্পাদক :— ইডিটর ওইদুনা ফোংবা "মলয়া" হায়বা চেফোঙ অদুদা হোমিও ডাক্তরগী প্রচার তৌবগা লোয়নন হিন্দীগী প্রচারসু তৌখি। মহাক্না চেফোঙ অদুদা তমথিরবা লায়না কয়াদগী শুকথোক্নবগীদমক মহাক লৈরে অদুন প্রজাশিংনা এপিদমিকশিংদগী কিনিংঙাই লৈতে হায়বা বাফম অসি শৈরেং ওইন ইদুনা ফোংলম্মী।

লাইরিক ফোংবা :—"মৈতৈ লাইরিক অহানবা" হায়না কৌবা ভম্রবা লাইরিক মচা অমসু ফোঙলম্মী। হায়রিবা লাইরিক মচা অসি নাগরি ময়েক্না ইবা বেঙ্গোলি ময়েক্না মৈতৈলোলগা, অনি মান্না ইবনি। লাইরিক অসিনা ময়েক অনি অমসুং লোল অনি তম্বগী থুদোং চাহল্লি অদুগা মৈতৈগী অরিবা শৌগংনবগী বাফমসু ফজনা পল্লম্মী।

ইংশোক ১৯৩৫ দা কলেরা অমদি শ্মোলপোক্মকী অচৌবা এপিদমিক লাকখিরম্মী। এলোপেথিগী ডাক্তরনদি য়াম্না লৈতবনা মী য়াম্না শিখি। মতম অদুদা ডাক্তর বসন্তকুমারনা মহাক্কী সেবকশিংগা স্কাউটকা লোয়ননা খুল-খুলদা চত্তুনা ফিদা লায়েংখি। মদুনা শিরগদবা কয়াগী থবায় কনখি। মহাক ইণ্ডিয়ান রেডক্রোস সোসাইটিগী মেম্বর অমসু ওইখি। ইংশোক ১৯৪৪ দা অনিশুবা পৃথিবীগী লাণ্ডাওগী মতমদা রেডক্রোস সোসাইটিগী মেম্বর অমা ওইনা ব্রহ্মদেশতগী চেল্লকপা রিফিউজীশিংসি মতেং য়াম্না পাংখি।

ডাক্তর বসন্তকুমারনা ভাগবতাশ্রম কৌবা আশ্রম অমসু লিংখৎখি। আশ্রম অদুদা চীং অমদি তমগী অঙাংশিংবু লৈহল্লি। হায়রিবা মতম অসি বৃটিশ অমদি রাজতন্ত্রগী কল্লবা মতমনি ধর্ম্মগী মায়গৈদা রাজতন্ত্রনা কন্না চৈরাক পীবা মতম্নি। মতম অদুদা অঙাংশিং অদুবু চাননবা পীদুনা পুন্না চামিন্নহল্লি। ফিদা লাইরিক তমহল্লি।

সংস্কৃত, হিন্দী বেঙ্গোলি অমসুং ইংরেজী থরা থর হৈ। বেঙ্গোলি লোন্দা মমাংলোনগুম্না শীজিনবা ঙমখি। মহাক্কী আশ্রমদা লৈবা চীংগী অহাংশিংনা হিন্দু ধর্মদা চঙবা পান্নকপা মতমদা মহাক্না থৌরাং তৌদুনা চঙহল্লি অমুক্তৌনা শোসিয়েল রিফোর্মগী মায়কৈদা মহাক্না শরুক য়ারম্মী

রাজনীতি: রাজনৈতিকী মায়কৈদসু ডাক্তর বসন্তকুমারমনি ইং-শোক ১৯৩৪ দা লিংখৎখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাদা য়াওদুনা ইং শোক ১৯৩৮ ফাওবদা মহাসভানা পান্নখৎলকপা শোসিয়েল একতিভি-টিজদা শরুক য়াখি মতমদা মহাসভানা রাজনৈতিক দল ওইনা লৈরক্লবা মতমদসু মহাসভাগী কর্মী অম ওইনা রাজনৈতিকতা শরুক য়াখি। শ্রীইরাবত সিংহগা লোয়নননা মহাসভাগী থবক্তা শীংথানবা য়ারবা শরুক য়াখি। খগেন্দ্রজিৎ সিংহগা লোয়ননা মণিপুরদসু ভারতকী অতৈ লৈবাকশিংদা চৎনবা মতুং ইন্না নিপাসু নুপীসু নুপীগুম্না কৈথেল কাহ্নুনা—য়েন্থাং-নাপী ফাওবা য়োনগদবনি হায়রবা থবক পায়খৎখি। নিপাশিংনা কৈথেল কাবগী থবক কন্না চৎপরম্মী। মতম অদুদা নিপাশিংনা কৈথেল কায়ম্বা মফম অদুবু তৌজিক ফাওবা লগোলবন্দ নিপাকৈথেল হায়না খঙনরি। ইংশোক ১৯৩৯ দা তৌখিবা অনিশুবা নুপীলান্দা মহাক সিম্পেথাইজর অমা ওইনা সিম্পেথি মুভমেণ্টতা শরুক য়াখি। ভারতনা স্ব রাজ ফংলবা মতমদা ইংশোক ১৯৫৮ দ স্বাধীনতাগী লানফমদা অরাবা তাক্নরব মীওই থরবু সরকারনা ইণ্টরিম রিলিপ পীরকপদা মহাক্না য়াম্না হরাওখি। সরকারগী মতেং পাংবা ওইনা রিলিফ পিব য়াবা মী কয়াগুম্বী মশক তাক্নবগী থবক পায়খৎখি। শ্রীএল, ইবোরী সিংহগা লোয়নননা মণিপুরদা লৈবা ভারত স্বাধীনতা লানফমদা অরাবা তাখিবা পুম্নমক্কী অচৌবা সভা অমা কৌখি। নিংখিনা শেম শারবা মণ্ডল অমদা সভা অদু ফমখি। সভাদা লাকপা মী পুম্নমকপু চাক চরা অমা চাননবগী থৌরাং তৌখি। সভা অদুনা মণিপুর পোলিটিকেল সথা এসোশিয়েসন হায়না কৌবা ওর্গেনাইজেসন অমা শেমখি। মহাকপু এসো-শিয়েসন অদুগী সভাপতি হাপখি। মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংনবা হোৎনরক-পদসু মহাক্না অচৌবা শরুক য়াখি।

কলাবিদ্য :—মহাক ড্রামাগী আর্টিষ্ট অমম্ম ওইখি মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী ফাউণ্ডর মেম্বর অমনি। মণিপুরদা কলা বিদ্যা চাওখৎনবা হোৎনবদম্ম মহাক্না শরুক য়াখি।

প্রনাচার্য্য ডাক্তর বসন্তকুমারমনি, ডাক্তর অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌবতা নত্তনা কলাবিদ্যা চাওখৎনব. রাষ্ট্রভাষ হিন্দী শন্দোকপা, সমাজ সংস্কারদা অচৌবা শরুক য়াব এদুকেনিষ্ট অমা ওইবগ' লোয়ননা রাজনীতিক্তা অচৌবা শরুক য়াখি অদুগ' ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙবা মী অমনি। মহাক ইংশোক ১৯৭৮ গী এপ্রিলগী তাং ৫ দা মাগী মরূপ-মপাং ইমুং-মনুং পুম্নমকপু থাদোক্লমহৌন' ঈশ্বরগী খুম্না তানখি। মতাক্না মহাক্নী পুক্নিংগী অয়োম্নবা মতম ফাওব সমাজগী য়াইফনবা হোৎনরম্মী

## শ্রীনো মাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ

শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ শকাব্দ ১৮৫১ থবান থাগী পানথৎলকপা চনি পানব নুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিং শর্ঙ্গর্জ্জন সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা মোইরাংথেম নিংথোল কমলা দেবী কৌই।

পোক্লফম লমদম ককচিং খুলেন মোইরাংথেম লৈকাইদনি।

মচিন-মনাও নিপাল পোকই নুপী ৬নি, নুপা ৫নি

শিক্ষা : ককচিং এস, পি স্কুলদা লাইরিক তম্ব হৌখি। ইং ১৯৬০ দা অসম রাষ্ট্রভাষ প্রচার সমিতি গৌহাটিগী "বিশারদ" উপাধি পাস তৌখি।

শিনফম : -লাইরিক তম্বা তোক্লবা মতুংদা ফুরিৎ তুহুনা মতম থরা লেনখি। মথৎদা ককচিং বিশারদ বিদ্যালয়গী ওজা ওইখি। হুম.ল এম, ই, গী ওজা ওইরম্মী।

কলাবিদ্যা :—নাট্য পামজবদগী নাট্যগী জগত্তা বিদ্যার্থী অমা ওইনা চংবা হৌখি। জি, বলদেব শর্ম্মগী লমজিং মথাদা নাট্য জগত্তা খোংলাকখি। মথৎদা হিয়াংলমদা লৈবা ইবোমচা কোবা ওজা অসিদা নাট্যগী মরমদা কুপ্না তমখি। "শামু খোংয়েৎপা" হায়বা লীলা অসিদা থবা শাখি।

লাই হরাওবা :—ইরুম নিংথৌগী সেবাইতকী ইমুংদা পোকপা মরম্না শ্রীসিংহদা অঙাং ওইরিঙৈদগী চৌনা কষ্টমগী চৎনবী থরদি মথংই। লোয়-নন অপোকপীনা লাই হরাওবগী মরমদা কুপ্না বারী লিদুনা তাহনথি। অপোকপীনা হায়খি—"লাই হরাওবদা ভাইবংগী পোকপদগী শিবা ভানবা ফাওবগী বারী বাখোং পুম্নমক লৈবনি খিবা লেপকনু"। অমাইবী-অমাই-বশিংগী মফমদা চত্তুনা হরাওবগী নিয়ম খিঙিনবা অমদি ভম্বা হৌখি। চকপা, মোইরাং, কংলৈ অমদি ককচিং হরাওবগী মরমদা অথং-অহৈশিংগী মফমদা চত্তুনা তম্বা হৌখি। জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একা-দেমীদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট তমখি। ১৯৭৭ ইংদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট পাস তৌখি।

১৯৭৩ ইংদ মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শিনবা লাই হরাওবা ফেষ্টিভেলদা য়াওখি। মমৈথংদা একাদেমীনা শিনবা লাই হরাওবগী খোরম অমত্তা চিংখদনা য়াওখি।

সমাজ সেব :—ইং ১৯৭৬ তা ককচিংগী ওইবা সংস্থান অমা লিং-থংখি। সংস্থান অসিগী শ্রীসিংহনা সেক্রেটরীনি সংস্থান অসিগী মমিং ডি খা মণিপুর লাই হরাওবা এসোশিয়েসন ককচিং কৌই। রেজিষ্টার নম্বর ১৮৫১/৭৬ নি।

লাইরিক ফোংব :—চে লৈরোন ১৯৭৯ ইংদা মৈতৈ ময়েক্কগী বাঙ্গলা দা হন্দোক্কুনা ফোংদোকখি কবীর সাখী সার অনুবাদ তৌরে। লোয়-ননা বারীমচা ২০ রোম ইদুনা নম্ব য়াবগী মঙ দ. লৈরে।

## শ্রীথোঙাম ৺খোমদোম সিংহ

শ্রীখোমদোন সিংহ থোঙাম শাগৈদা ইং ১৮৯৭ লৈবাকপোকপা হুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺চাওভন সিংহ অমগা অপোকপীগী মিংনা তাকয়েঙম চনু ৺তোপেম্মা কৌই। পোক্নফম লমদম—শীংজমৈ মখা অহৈবম লৈকাই ইম্ফালদনি। শ্রীখোমদোম সিংহগা পোকমিন্নবা মচিন-মনাও অনিনি। শ্রীখোমদোন সিংহনা অতোম্বনি।

শিক্ষা :— চহী তরেৎ শুরকপা মতমদা ওক্রম তোল্লমু কৌব ওজা অমদা লাইরিক তম্বা হৌথি। মতম অদুগী সমাজগী চৎনবী সারস্বত ব্যাকরণ, নিত্যাচার, চানক্য শ্লোকচিংবা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া তমখি।

কলাবিদ্যা :— মশাগী চহী ২০ শুরকপা মতমদা গৌরগীলা শনশেনব, মুপামচা-পালা য়াওদুনা কলাবিদ্যাদা খোংদাব হৌখি।

কলাকার :— মশাগী চহী তরাতরেৎ শুরকপা মতমদা শক্লাইবা কলাকার অমা ওইখি। লোইননা মণিপুরেশ্বর মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি মাহাক্তকুগী চেম্বরক্লিবা শুমাং লীলাগী ঈচেম্না সার চুড়াচাঁদ সিংহগী মতম ফাওবা লাক্লিবা অনৌবা শক্লোন অমা পুথোবরকপগী লময়ানবা অমা ওইখি। হরিশ্চন্দ্র লীলাদা মমাংঙৈগী ফাগী লীলাগী ঈচেল পরিং অমা তৎহন্দনা ফাগী পরেং অমা হাপচিনখি। মদুদি—"কেশপতি লুহোংবা গায়বসিনি"। শ্রীসিংহনা কেশপতি শাখি। কলাকারগী খোইদোকপা শুন্না হরিশচন্দ্র লীলাসিমক কেশপতি লীলা হায়না ফাওখি। হায়রিবা লীলা অসি মণিপুরদা চহী তরারোম পুম্সিখি।

অসিদ নত্তনা সাবিত্রী-সত্যবান, শ্রীবৎস-চিন্তা, ধ্রুব-চরিত, প্রহলাদ-চরিত, নল-দময়ন্তীনচিংবা শুমং-লীলা কয়া পুথোকখি। শ্রীসিংহদি বীররসকী ধীরোদাত্ত-নায়কনি। ইংশোক ১৯১৪/১৫ অদুবাইদা মণিপুরদা থিয়েটর শান্নবা হৌরকখি। মসিদা ওপন ইয়ার থিয়েটর অমা শ্রীসিংহনা হৌদোকখি। হৌদোকখিবা লীলাদি—'সভাপর্ব্ব" নি। মফমদা অহৈবম লৈকাইগী লম্পাক্তনি। বাঙ্গলা লোন্দা শান্নখিবনি। শ্রীসিংহনা দুশাসন শাখি। লীলা মশান্নদি কৌরবকী মীচং, পাণ্ডবকী মীচং, নাকল নাকন্দা পৈ পৈদুনা ফম্নে। মশা মশাগী পার্টকী মতাংদা চোংথোক-চোংথোক্তনা শান্নে। লীলা অদুদা গণক কুহীনি দেবীনা দ্রৌপতি শাখি।

লৈবাক্লা শকথঙবা :— শ্রীসিংহবু লৈবাক্লা অফাওবা "জুগাই-শাবা" অমা ওইনা শকথঙই। মণিপুরদসু নত্তনা কাছাড়নচিংবা মণিপুরগী মপান্দা লৈবা লমশিংগী মীওইশিংনা শকথঙই। শ্রীসিংহনা চহী ২৪/২৫ শুরকপা মতাংদা কলাবিদ্যা অসিদা খোংদাখি। অতোপ্পা রস ( বাৎসল্যরস ) কী

ভূমিকাদা কৃষ্ণবন্ধু তঙ্গুমক মপাকচৈ। শচশেনবগী নন্দ, গৌরলীলাগী জগন্নাথ মিশ্রগী ভূমিকাদা কৃষ্ণবন্ধু বাৎসল্যরসকী ইংগৌ নিংথিনা পোকহনখি। অমুম্না শ্রীসিংহনা মণিপুরী কলাগী জগতত মমল নাইরুব খুদোল কয়া তমখি। শ্রীসিংহ অসি ইংশোক ১৯৭৭ কী নবেম্বরগী তারিখ ২৯ দা সংসার থাদোকখি। শ্রীসিংহগী অমংবা নাইব হকচাংনা মাংখ্রবসু শিদবা মিৎচৎকী উরোং থিন্দুনা মণিপুরী সমাজদা লৈরি।

# শ্রীহৈরোক্তম খম্বাল সিংহ

শ্রীহৈরোইজম খম্বাল সিংহ ইং ৯০৫ দা খুম্নাম-বাজারদা পোকই। অপোকপা ৺গোপাল সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিং ৺শবি দেবী কৌই। অহনলমম্না অঙাং ৫, (মূপা ৩ মূপী ২) পোকই। শ্রীসিংহনা চঙবা মচানি।

শিক্ষা :— বাচস্পতিময়ুম ৺শাস্ত্রো শর্ম্মা শিক্ষা তৌদুনা লাইরিক তম্বা হৌখি। মৈথংদা তেরাকৈখেল স্কুলদা প্রথম শ্রেনী ফাওবা তমহৌই।

কলাশিল্প :—চহি ১৩ শুরকপদগী গৌরলীলা, গুপামচা পালানচিংবা তম্বা হৌখি। চহি ১৬ রোম শুরকপদা নট সংকীর্ত্তন তম্বা হৌরে। গৌরলীলা লৈপাক্লা শকথংনরবা খাংজ্রাকপম তোমপিশক সিংহ গুরুদা য়াম্ন নিংথিনা শিন্দম ফংখি নট সংকীর্ত্তনদা এলাংবম হৈজ্রাও সিংহ গুরুনা য়াম্না মমুং তানা তম্বীখি।

শ্রীসিংহ অসি মারবাক জগোই শাবা পার্টি দা য়াওরমই। মহারাজ চুড়াচাঁদ সিংহগী মা য়াথং মতুংইন্না মণিপুরগী মপান্দা নবদ্বীপপ্রভিংবা মকম কয়াদা মারবাক জগোই শাবা চৎলুই। লোয়নানা নবদ্বীপ্তা চহি ৪ লৈদুনা মহারাজগী লাৎচম্বিবা ইষ্টদেবগী থৌগল ফংখি।

মুমপানবা :—চহি ২০ লোম শুরকপা মতমদা রাজকুমারী শ্রাহনবীগা লোইননা লুহোংদুনা মুম্বানবদা থোংদাবা হৌখি। মচানুপী লৈমা অমথক্তং তাংনা ফংখি। শ্রীসিংহ অহানবদা উশৈ শক্লমই। মোইরাং হন্নুবা লৈরক্তা

লৈরম্বা নাওরেম শঙ্খোক্তা পুং তম্ব হৌখি। ওজা অসিগী মফমদগী মরু ওইবা দুহারগী চোলোয়চিংব য়াম্না নিংখিনা তমজখি। য়েংখোম মঙ্গোল সিংহ ওজা অসিগী মফমদমু দুহার য়াম্না নিংখিনা তমজহৌই। জাপান লান মতুংদা আসাম রাইফলদা একতাল সে' তৌখি।

শ্রীসিংহনা চহি ২৬ লোম গুরুকপা মতমদা লৈবাক্তা দুহার অমা ওইনা শকথংবা হৌখি। শ্রীসিংহগী লাম্বাশিংদি শ্রীধনসিংহ, পুথম্বম ইবোমচা সিংহ সাং চক্তিং বস্তি শ্রীচাওব সিংহ ফোইজিং বস্তিনচিংবনি। শ্রীসিংহ অসি মথাদা ইরিবা ওজাশিংগী লোয়নন সংকীর্তনদা দুহার অমা ওইনা, থোগল তৌরকখি—শ্রীযুত্নাম ঙনাতুম সিংহ, শ্রীফুরাইলাকপম অভিরাম শর্মা, কুলচন্দ্র শর্মা, নাওরেম দামু সিংহ, লাইশ্রম তোমপিশক সিংহ, অমদি শ্রীলোইতোংবম বাবু সিংহ অসিনচি বনি।

সেবক :—ওজা অসিগী চাওরাকপা সেবকশিং :—থোদাম মনিকচাঁদ লাংজিং, লোংজম মুমজাও সিংহ লাংজিং, খোমদ্রাম মংলেম সিংহ, খুখোং বস্তি, শ্রীনিমাই সিংহ তেন্দোংয়ান বস্তি লাংপোকলাকপম তম্ফাজাও সিংহ কুবালা বস্তি, এলাংবম কোন্দুম সিংহ থম্বাম লৈরক অসিনচিংবনি।

ওজা অসিনা হলিপালা (মুপাগী) নচিংব শিংখত্তুনা কলাবিদ্যাদা মমল নাইত্রব দান তৌরি। ওজা অসিগী ঋত্বিক অতোপ্পা করিগুম্ব শিনগম অমত্তা লৈতে। অশংব, অমদি অগাঙব মতম পুম্নমক সঙ্গীত চার্চাদা পুন্সি লেরি।

মনা মথম : মহারাজ বোধচন্দ্রনা পেনবিদুনা শেজুংবা হাপ্পীখি। লোয়ননা স্বাথুজি, তাল, থামেনচৎপনচিংব মন কয়াম্নু ফংখি।

হৌজিক চাওরাক্তা চহি ৭৩ (হুম্ফুতরাহুমদোই) য়োম শুরে। হকচাং ফবা লৈরি। মণিপুরগী অয়াম্বা মফমদা সঙ্কীর্তন সেব চৎলি।

থোইদোকপা গুণশিং :—ওজা অসি করিগুম্বা নেশা অমত্তা শিংজিনদে। মতমগী চৎনবী কা চাবা, চা থকপা, চুরুপ থকপনচিংবা করিগুম্বা অমত্তা তৌদে। মরম অসিনা অহল ওইরবা ফাওবদা কুচু-কুমেন খঙ্গদনা অমদি তিনয়েন-লারচেন্দনা তিক-তিক লাণ্ডনা হকচাং ফবি।

ওজা অসি কোয়েং য়েংপা য়াম্না নিংথিনা হৈ। মী খুদিংমকী চানবা অমদি পক্কবা মওংদা কোয়েং য়েন্নবা সমাজ সেবা তৌরি।

## শ্রীমোইরাংথেম গুলামজাৎ সিংহ

শ্রীমোইরাংথেম গুলামজাৎ সিংহ শকাব্দ ১৮১৯ গী ভাদ্রকৃষ্ণা পঞ্চমী নৈবাকপোকপা কুমিত্তা পোকই পোক্লফম লমদম—খায়েনখোংবান পোং-ওম্বম লৈকাই ইম্ফালদনি।

শিক্ষা :-অঙাং ওইরিঙৈদগী কোর্বাক্তা ইদুনা লাইরিক তম্লকই। চহি ১৫ দগী ২০ গুবা ফাওবা নহা অমা ওইবগী বিদ্যা—মৃক্তা, কাংজৈনচিংবা তম্লকই অমসুং শান্নরকই। মতম থরা লাইরিক থিবা হায়বনচিংবা তম্লমই।

কলাবিজ্ঞ :—হুইরেম ৮কৃষ্ণদাস সিংহ সাং উরিপোক নাওরেমথোংদা লৈবা ওজ্ঞ অসিদা ঈশৈ কপ্পা হৌখি। মথংদা নাওবোইবম ৮কমল সিংহ ওজাদা ঈশৈ তমখি। হায়রিবা ওজ্ঞ অনি অসিনা ঈশৈ শকপা মতমদা তত্তনা পুবিদুনা থৌগল কংখি।

ঈশৈ-ফাংনবা : চহি ১৫রোম শুরকপা মতমদা মাওব পুদুনা ঈশৈ শকপা হৌখি কৈরোইজম ৮মধুমঙ্গল সিংহ সাং থম্নাম লৈরক্তা লৈবা কলাকার অসিগা অহানবা ওইনা ঈশৈ ফাংনবা হৌখি। মথংদা মাইবম চাওবা সিংহ সাং সলাম বস্তি, অক্রবম অঙাংজাও সিংহ উরিপোক শামুশং, শগোলশেম ৮উদ্ধব সিংহ নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই, শেরাম অমুবা সিংহ উরিপোক ইম্ফাল, কোমুংজাও সিংহ শগোলবন্দ থম্নাম লৈরক, মৈরাবা শগোলবন্দ, শগোলশেম কালিদমন সিংহ থাংমৈবন্দা লৈবা কলা-কারশিং অসিগা মান্না তোয়না ঈশৈ ফাংনখি, লোমননা শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা শকমিন্নরকই।

অরিবা ঈশৈ :- নাওশেকপম ধনসিংহ উরিপোক, নিত্যাইবাক্ত শাথ্যা উরিপোক, থিয়াম মেঘা সিংহ উরিপোক অসিনচিংবা ওজাশিং অসিগী মকমদগী অরিবা ঈশৈ তমখি। ওজা অসি লৈবাক্তা শকথংবরবা ওজা

অমনি। ওজাবু মীয়ামা খংবিরিবা অসি অরিবা ঈশৈ শকপা অমদি অরিবা ঈশৈগী ওজা অমা ওইননি।

সেবকশিং :—ওজা অসিদা মণিপুরগী ফাওরিবা কলাকার অমামা অরিবা ঈশৈ লোয়না তমখি। ওজা অসিগা মান্নবা অরিব ঈশৈ অমনদি রাগ রাগিনী শৈবা অতাঙবনি। শ্রীমতি লংগোলশেম নিংথোল মধুমতি দেবী উরিপোক পোলেম লৈকাই, শ্রীমতি খুলেম ওংবী লৈপাক্লোংপী দেবী নাওরেমখোং লাইশ্রম লৈকাই, মখোয় অনিম্তু ওজা অসিগী সেবকনি।

পেন্সিন :—মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা ওজা অসিবু থা-থাগী ওইনা লুপা ৭৫. (হুম্ফু তরামঙা) পেন্সিন পীরি। ওজা অসিগী হকচাং শোয়রে।

## শ্রীথিংবাইজম বাবু সিংহ

শ্রীথিংবাইজম বাবু সিংহ শকাব্দ ১৮৪৪ গী ফাইয়েল থাগী ২৬ নি পানবা একাদশী থাংজা নুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺যাত্রা সিংহ অহুগা অপোকপীগী মিংনা ৺কৈন্যা দেবী কৌই। পোক্লফম লমদম কাংচুপ মাইকৈদা লৈবা লাইরেনশজিক্তনি। হৌজিক উরিপোক নাওরেমখোংদা লৈরে।

শিক্ষা : ইবা পাবা নিংথিনা লৈ। হিন্দী, বাঙ্গালীনচিংবা খরা খরা লৈ।

কলাবিদ্যা :—চহি ১২ শুরকপদা কৃষ্ণ শাখি। মমুনা ময়ম ওইরহুনা কলাবিদ্যা পামশিনখি। চবুংবম বাপুচাঁদ সিংহ কৌবা ওজা অসিদা পুং তমহনখি। মথংদা ওজা লাইশ্রম ইবুংঙোহল অপাবীদা অমুক হন্না পুং তমখি।

য়ুম পানবা :—ইয়োম নিঙোল লৈরাংতোম্বী দেবীগা শ্রীবাবু সিংহগী চহি ২২ শুরকপা মতমদা লুহোংখি। মচানুপা ৩ নুপী ৩ পোকই।

জগোই অমদি দুহার তম্বা :—ওজা মাইস্নাম ৺অমুবী সিংহদা মৈতৈ জগোই তমখি। ওজা লাইশ্রম ৺মাইপাক সিংহদা দুহার চোলোমস্তু তমখি।

লাইরিক যোগৰ :- গুজা অসিনা ইব অমদি ফো লব লাইরিকশিং মখাদা পীরি :— (১) মৈতৈ পুংলোন রাগ অহৌবা, (২) মৈতৈ পুংলোন তাল অঙ্ক, (৩) মৈতৈ পুংলোন রাগ অহৌবা (২গুবা শব্দক) অসিনচিংবা।

লাইশ্রম গুজা ইবুংহোহল অপাবীগী "মৈতৈ পুংলোন মহাধুমেন" কৌবা লাইরিক ফোংননবা হোৎনবদা বাবু সিংহনা তেংবাংখি। মাইস্নাম গুজা ৺অমুবীনা ভঙ্গী অচৌবা' ভঙ্গী পরেং, গোপী বৃন্দাবন, খুরুম্বা পরেং কৌবা লাইরিক ফোংনবা হোৎনবদা বাবু সিংহনা তেংবাংখি।

থবক তৌবা :— সোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন ইম্ফাল কেন্দ্রদা কলাকার অমা ওইনা থবক তৌরম্মী। হৌজিক গুরু অমুবী নৃত্য মহাবিদ্যালয়গী সুপরভাইজর ওইনা থবক তৌরি। লোয়নানা চগোই মরুপকী ডাইরেক্টরসু ওইরি।

লমচৎপা :—১৯৫৪ ইংদা ইণ্ডিয়াগী কলচরেল ট্রুপ অমা রশিয়াদা চৎলুই মদুদসু শ্রীসিংহসু যাওখি। রশিয়াদগী হল্লকপদা শ্রীবাবু সিংহ বোম্বেগী সিটল বেলে গ্রুপতা মণিপুরী ভগোইগী গুজ ওইদুনা মতম থরা লৈখি। মসিদগী শ্রীসিংহগী লম কোয়নবগী খুদোংচাব তাঙ্গা অমসু ফংখি। ১৯৫৭ ইংদা রশিয়াদা বার্লড য়ুথ ফেস্টিভেল যাওখি। খোঙচৎ অসিদা জর্মনগী কোনুং বার্লিন, পোলেণ্ড, চেকোশ্লো ভাকিয়ানচিংব কোয়রুনবা তাঙ্গা ফংখি। হেক হল্লকপদগী দিল্লী ১৯৫৮ দা নেপাল, ৯৫৯ দা পঞ্জাব, কাশ্মীর, ১৯৬০ দা ভারত সরকারগী মীহুৎ ওইনা সাউথ আফ্রিকা, তুনিসিয়া, হোলেণ্ড, ফ্রান্স, বেলজিয়ম, ইংলণ্ড, সাউথ-আমেরিকানচিংবা লৈবাক্তা কলচরেল একচেঞ্জগী প্রোগ্রামদা চৎলুই। ১৯৬২ দা মণিপুর গভর্ণমেণ্টনা কেরলা অমদি অন্ধ্র প্রদেশতা কলচরেল শো উৎনবা শ্রীবাবু সিংহবু থাখি। ১৯৬৩ দা দিল্লীদা ডোকুমেণ্টরী ফিল্ম একটিংগীদমক চৎলুই। ১৯৬৪ দা ব্রহ্মাদা ইণ্ডিয়াগী মীহুৎ অমা ওইনা থারুই। ১৯৬৬ তা মধ্যপ্রদেশ, গুজরাত্তা চৎলুই। ১৯৬৭ তা নমী দিল্লীদা শ্রীবাবু সিংহবু জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীনা গীতগোবিন্দ ডান্স সেমিনার যাওরুনবা থাখি। ১৯৭৪ দা ইণ্ডিরা গান্ধী ( প্রাইমিনিষ্টর ) না কুচিংহনা ইরান্দা কলচরেল একচেঞ্জ প্রোগ্রাম চৎপদসু শ্রীবাবু সিংহসু যাওরুই।

বেলে পুখোকপা :— হৌদোং লম্বোইবা কুন্না রারী, নাওথি থোং ফম্বাল কাবা, অসিনচিংবা বেলে কয়া কম্পোজ তোদুনা পুখোকখরে। শ্রীবাবু সিংহ কলাবিদ্বাগী জুগদা লৈপাক্লা শকথংলবা কলাকার অমনি।

## শ্রী.অকোইজম বিজয় সিংহ

(নেসনেল এৱাৰ্ড বিনর)

শ্রীকোইজম বিজয় সিংহ ইং কুমজা ১৯১২ গী ওক্টোবর তাং ২১ লৈবাক-পোকপা ভূমিদা পোকই। অপোকপগী মিংনা রামসিংহ অদুগা অপোক-পীগী মিংনা রাজকুমারী মাজাওবী দেবী কোই।

পোক্লকম লমদম :—থৌবাল বাংমা তাবা কোইজম লৈকাইদনি। চহি ৭ শুরকপা মতমদ, অপোকপী কাইনখি মচিন-মনাও অনি পোকই। অনিমক মুপা ভাক্তনি অমমুং শ্রীসিংহনা অহলনি। মাম্না নৌনা ফুগোই-বাঙ্গোইদুনা মুপা অমুক শা মুপী অমুক শা মাম্না রানা হৌরকই।

শিক্ষা : থৌবাল বোইজ নিম্ন প্রাইমারী স্কুলদা ক্লাস টু পাস তৌখি। লোয়নবা বৃত্তি ফংখি। মোইরাংথোম উচ্চ প্রাইমারী স্কুলদা ক্লাস থ্রিদা মিং চন্দুনা লাইরিক তমখি চহি ২ তম্লবা মতুংদা উচ্চ প্রাইমারী পরীক্ষা পাস তৌখি। ক্লাস এইট পাস তৌখি। ইং ১৯৫৪ দা অসম রাষ্ট্রভাষা প্রচার সমিটিগী প্রবোধ ( মেট্রিক ) পাস তৌখি। ১৯৫৭ তা বেসিক ট্রেনিং পরিক্ষা পাস তৌখি। ব্রাহ্মণ অমগী মফমদা সংস্কৃত ব্যাকরণনচিংবা তমখি। মতুংদা ফুরিং তুব তমদুনা চহি কয়া লেনখি।

শিনফম :—খোক ১৯৩৫ ইংগী নবেম্বর তাং ১১ দা খাঙবোক স্কুলদা তৃতীয় শিক্ষকী ফমদ থাদা মুপা ১০. তলব ফংদুনা ওজা ওইখি। থৌবাল গার্লস ইউঃ জেঃ বিঃ স্কুলগী হিন্দী ওজা ওইখি। চহি ৪৩ চুপ্পা সার্ভিস তৌরব মতুংদা ১৯৭৮ ইং নবেম্বরগী তাং ৫দগী পোথাখি।

হিন্দী সেবা :—১৯৫৪ ইংদগী হৌনা হৌজিক ফাওবা ( ১৭৯) মণিপুর হিন্দী পরিষদ ইম্ফালগী থৌবাল কেন্দ্রগী কেন্দ্র ব্যবস্থাপক ওইনা থবক পুরি।

কলাবিদ্যা :—স্কুলগী ওজা ওইবদা নত্তনা কলাবিদ্যাদসু ওজাগী দান কয় লৈরি। ড্রামাদা এক্টরনচি'বা ওইবগা লোয়ননা ডাইরেক্তরনচিংবসু ওইখি।

সমাজ সেবা :—খোবাল মাইকৈগী ওইবা সোসিয়েল সার্ভিস কয়া হয়া হয়া তৌখি। সোং কমপিটিশনগী জজ কয়া হয়া হয়া ওইখি। লিটরেরী ফংসনগী জজ কয়া ওইখি। লোয়ননা মাইকৈ সোমগী ওইবা অচৌ অচৌবা মীতিনশিংগী সভাপতিগী আসন কয়া লৌখি। মাইকৈ সোমগী ওইবা সংস্থানশিংগী মেম্বর, সেক্রেটরী, ভাইস প্রেসিডেণ্টনচিংব কয়া ওইখি।

অফবা ওজা অমা ওইনা :- লাইরিক তম্বীবদা থরাই য়াওব', অতাং-শিংবু লুনা চান্না মচাগুম্না লোয়নব' অমদি স্কুল ওর্গেনাইজেসন নিংথিনা তৌবা উবদা মণিপুর গভর্ণমেণ্টকী ডাইরেক্তর ওফ এড়ুকেসন্না পেনবিদুনা মন'-মথ্ুম পীবিখি। ভারতকী রাষ্ট্রপতি রাধাকৃষ্ণন্না, ওজা অমা ওইনা, এডল্ট লিটরেসী প্রোগ্রাম, কমুনিটি ডিভেলপমেণ্টকী থবক্তা পুক্নিং চংবা অমসুং সমাজ সংস্কারক অমা ওইনা অমদি ড্রামানচিংবা থবক খোয়ম কয়াদা থরাই য়াওবা মী অমা ওইনা ওজাগী গুণবু শিংথানবা ওইনা ইং ১৯৬৫ গী নবেম্বরগী তাং ১৯ দা মনা লুপা ৫০০) (চামচা!) গা "নেসনেল এরার্ড ফোর টিচর" পীবিখি।

ওনরেরী সার্ভিস :-ওজা অসি ওজা ওইবা শিনফমদগী পোথাথরে। অতুবু ওজাবু থাজবা য়াবা মীওই অমনি হায়দুনা "ওল মণিপুর ইলিমেণ্টরী টিচার্স এসোসিয়েশন" খোবাল ব্রাঞ্চকী প্রেসিডেণ্ট ওইনা (অরাবল লৌদনা) থবক পুরি। ছৌজিক ফাওবদা ওজা অসি সমাজ সেবাদা মাই ওনশিন্দুনা থবক পুরি মাইকৈ সোমগী ওইনা ওজাগুবা মীওই কয়া পোক-নক্লবা ঈশ্বরদা থুরুমজরি।

---

## শ্রীঅকোইজম ভূবন সিংহ

### "ষ্টেট এৱার্ড ৱিনর"

শ্রীঅকোইজম ভুবন সিংহ ইং ১৯১৯ গী ওক্টোবর তাং ২৭ তা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীরাম সিংহ কোই অদুগা ইপোকপীগী মিংনা রাজ কুমারী মাজাওবী দেবী কোই।

পোকফম লমদম :—থৌবাল মাংমা তাবা কোইজম লৈকাইদা পোক-ফম লমদম্নি। চহি অনিবোম ওয়কপদা অপোকপী কায়নখি। মরম অদুনা নোনা অৱা-অনা কয়া নংখি।

শিক্ষা :—থৌবাল বোইজ এল, পি, স্কুলদা ক্লাস টুদা লন্ডিং পরীক্ষাদা ফার্ষ্ট ডিভিজনদা ফি ফংদুনা পাস তৌখি। মোইরাংগোম ইউ, পি, স্কুলদা ইং ১৯৩৮ ক্লাস সিক্সতা প্রাইভেট ওইনা থাদুনা পাস তৌখি। ইং ১৯৫৫ দা হিন্দী প্রবোধ ( মেট্রিক ) পাস তৌখি।

শিনফম : ইং ১৯৩৫ দগী হৌনা এল, পি, স্কুলশিংগী অহাওবা ওজা-শিং একটিং পণ্ডিত ওইনা থবক পুৱ হৌখি। তাং ৯। ১২। ৯৩৯ ইংদগী হৌনা গভর্ণমেণ্টকী ওইবা হৈরোক এল, পি, স্কুলগী হেড পণ্ডিত ওইনা হাপখি। ওজা অসিনা মহাথক্তা নিংথৌরেনা মহৈ তম্বা ওমখিদে।

মচাশিং :—ওজাগী মচানুপা মরি নুপী অনি ( তরুক ) পোকই। মচা হাক্কুক্তা মহৈ নিংথিনা তমহন্দুনা মী ওইনবা লেনখি। মচাশিং অসি এম, এ, বি, এ, দগী তাবা অমত্তা য়াওদে

সমাজ সেবা :—থৌবাল কমুনিটি ডিভেলপমেণ্ট ব্লোকী মথাদা শোক ১৯৫৬ তগী হৌরদুনা নাইট এডল্ড লিটরেরী সেন্তর অমা ওজাগী মুমদা হাংদোকখি। ইবা পাবা ওমহোদ্রবা মীওইশিংবু মমিং পাওহনখি। ৱাইথৌ মপাল এল, পি, স্কুল অমগী সেক্রেটরী ওইনা থবক পুবিদুনা স্কুল লিংখৎখি। লমদম অসিগী মীওইবু সমাজনা য়াইথিবীনি ( হরিজন ) হায়না হন্থবা মিংয়েংনা য়েংনৈ। মথোয়শিং অসিগা সরকারগী অচৌ-অশাং কর্ম্মচারীশিংগা পুন্না চাক চাকমিন্নবা ওজা অসিনা শিনখি অমসুং চামিন-নখি। হৌজিক হায়রিবা স্কুল অসি সরকারগী ওইখে ।

মতুংদা বাংখেম জেঃ বিঃ স্কুল, ইংরোক এলঃ পিঃ স্কুলঃ, নিউ আইডিয়েল হায়স্কুলনচিংবা লিংখৎপদা সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখিখি। মথক্তী স্কুল অনিসি সরকারগী ওইখ্রে অদুগা হায়স্কুল অসিনা এডেদ ওইখ্রে। চাও-যাইমা হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুল অসিনা এডেদ ওইরিবৈদা এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখিখি।

কলাবিদ্যা :— খোৱাল ড্রামাটিক ইউনিয়নগী আর্টিস অমা ওইনা চাওখৎ-থোদাং কয়া যাখি মমৈথংদা ডাইরেক্টর অমা ওইনা থবক পুখিখি।

লেখক অমদি অনুবাদক :—বাঙ্গালী লাইরিকশিং মৈতৈলোন্দা হনদোকখি। হন্দোকখিবা লাইরিকশিংগী মমিংদি :—সীতা বনবাস, কর্ণার্জ্জুন, জয়দেব কবি, উর্ব্বসির মুক্তি, সভাপর্ব্ব কংশবধ অমিনচিংবনি। ওজানা "দ্রোণ-পর্ব্ব" হায়না কৌবা ড্রামা অমা ইখি। মদু কয়ারক হল্লা মীয়ামা শান্নহনা উৎখ্রে।

অতৈ থবকশিং :—ওজা অসি চয় শেংপা, চয় চাবা অমদি বাংনা বাখল থনবা মীশক্তি। খোৱাল সাবল তোংবা, গুড় এণ্ড খান্সারী কোঃ ওপরেটিভ সোসাইটিগী সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখি। খোৱাল মায়কৈগী অৱা-অনা কয়া পুহনা লমদম অসিগী সেবা তৌরক্লি। মতুংদমু মাইকৈ অঃসামগী সেবা কয়া তৌরকখিগনি (ওজাগী সেবাবু পেনবিহনা অফবা ওজা অমা ওইনা মণিপুর সরকারগী ডাইরেক্টর ওফ এডুকেশন্না ষ্টেট এৱার্ড পীখি।

## শ্রীহুইদ্রোম নালবীর সিংহ

"জ্যোতিষাচার্য্য"

শকাব্দ ১৮৩৪ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা অমুবী সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা ৵তোম্বী দেবী কৌই।

পোক্লকম লমদম :—উরিপোক হুইদ্রোম লৈকাই ইম্ফালদনি। ইচিল ইনাও অনি পোকই। মুপা অমা মুপী অমনি। ওজা অসিনা অহলনি।

শিক্ষা ঃ- চুড়াচাঁদ হাইস্কুলদা ক্লাস এইট ফাওবা শিক্ষা লৌখি। মতু দা য়ুমদা বাঙ্গালা অমসুং সংস্কৃত তমখি। হিন্দী ইংরেজী, বাঙ্গালা অমদি সংস্কৃতকী জ্ঞান লৈ।

অপোকপ অসিনা জ্যোতিষ তম্মনবা মচানুপা অসিদা কয়া কয়া হয়রা হায়খি। প মদ পামদনা অপোকপগী অপাম্বা থুংনবা হোৎনবা তাখি।

আদিগুরু ঃ- অপোম নিমাইচাঁদ সিংহ "জ্যোতিষ ভূষণ, জ্যোতিষাচার্য্য" দা বোরিম্বনা আদিগুরু ওইনা জ্যোতিষ বিদ্যা তম্বা হৌখি। জ্যোতিষ তম্নবা মতুংদা সংস্কৃত লৈতব মাদে হায়বা অমা ওজা অসিনা খংখি।

সংস্কৃত শিক্ষা ঃ- শ্রীলাইপুরম ৺নীলমনি শর্ম্মা বন্দোপধ্যায়, বিদ্যারত্নগী মফমদা সংস্কৃত ভাষ ব্যাকরণনচিংব তমখি। লোয়নবা অতোপ অতোপ্পা ওজাশিংগী মফমদা চন্দ্র গনিত তমখি। মণিপুরগী ওইবা তোপ তোপ্পা পঞ্জিকা পুথোকসি হায়দুনা ওজা নিমাইনা লুচিংদুনা মণিপুর পঞ্জিকা পুথোকপা হোৎনবদা শ্রীগোমধাম ৺ভুবনচন্দ্র জ্যোতিষার্ণব (ওজানিমাইগী ওজা) না অয়ান-অহই য়েংবিখি লোয়নবা অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যা রত্ননা ব্যবস্থা তৌবিখি। হায়রিব পঞ্জিকা অসি বিদ্যারত্নগী প্রেসতা নমদুনা পুথোকখি। মমৈবংদা ওজা ৺ভুবনচন্দ্রগী মফমদা চহি কয়ামরুম জ্যোতিষ বিদ্যা তমখি। ওজা ভুবনচন্দ্রনা অরাংবা থাকী জ্যোতিষ বিদ্যা তমলুনবা পাওতাক পীবিখি। ইরঙ্গজনিংবগ থোঙ্গ। তেকপগা মপা শাই হায়বা অহু থোক্লদুনা অপোকপনা হয়াওনা মশা কলিকাতাদা থানবা থৌরাং তৌখি। কলিকাতাগী থোংচন্দ্রা শ্রী৺ভৈরবদাস্না যাম্না তেংবাংবিখি। কলিকতা থেঙ্গাপতি নং ৪৭, রমলাল গোপীকৃষ্ণ শীজাগাদা থুংদুনা লৈখি। চানথক্লবা থৌরাং অয়াম্বা ৺ভৈরবদাস্না শিনবিদুনা জ্যোতিষ তমখি। কলিকতাদা সন্ ১৩৪১ সাল তাং ৪ অগ্রহায়ন মঙ্গলবার (তাং ২০।১১।১৯৩৪ ইং) দা ওজা নীলবীর সিংহনা "জ্যোতিষাচার্য্য" হায়বা উপাধি অসি ফংখি।

লেখক ঃ-লেখক অমা ওইনা থাগী লাইরিকশিং অসি ইদুনা থোংদোকখি।

মশীঙ্     লাইরিক মমিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। | জ্যোতিষ চিন্তামনি | প্রথম খণ্ড |
| ২। | ,, ,, | দ্বিতীয় ,, |
| ৩। | ,, ,, | তৃতীয় ,, |
| ৪। | শান্তি লাইরিক | |
| ৫। | মণিপুরী মাইবা | প্রথম ,, |
| ৬। | ,, ,, | দ্বিতীয় ,, |
| ৭। | ইমাগী শাওমেল (গুপ্ত রোগ) | |

মৈতৈ মাইব :—গুরু অসিনু সমাজনা শকথংলিবদি মৈতৈ মাইবা অম: ওইননি। গুরুনা মণিপুরগী মরুম কয়াদা চত্তুনা অমাইবা তম্নুরবা মতু দানা ৫/৬ কী লাইরিক অসি কোংদোকখি।

সমাজ সেব :— ১৯৬৬ কী এস্ট্রোলোজিকেল সোসাইটিগী প্রেসিডেন্ট ওইখি হৌজিক ওল মণিপুর উমংলাই হয়াওবা কমিটিগী মেম্বর ওইরি। কমিটি অসিগী পণ্ডিত মণ্ডলীদম্ম মাওরি।

জ্যোতিষী অমা ওইনা হৌজিক ফুমদা লৈনা লৈনা গুরুনা ছাত্র কয়া জ্যোতিষ বিদ্যা তম্বীরি শাস্ত্রবিব বিদ্যা অসি বিদ্যা দানগী সমৎদা লেম্না তম্বীবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বা অমদগী শৈশা মরী লৌদে। গুরুগী ছাত্র খরদংগী মমিং মথাদা উংলি।

| | | |
|---|---|---|
| ১। | শ্রীকোন্থৌজম ৺মধু সিংহ | মাকলং বস্তি |
| ২ | ,, ৺জোনি ঠাকুর শর্ম্মা | ইরোইশেম্বা |
| ৩। | শ্রীলৈতাংথেম পাক সিংহ | খুরাকপম বস্তি |
| ৪। | শ্রীকামেশ্বর শর্ম্মা | হৈঙাং বস্তি |
| ৫। | শ্রীইবোমচা সিংহ | থৌবাল বস্তি |
| ৬। | শ্রীসনশম মাইমা সিংহ | হিয়াংথাং |
| ৭। | শ্রীখুনেম চন্দ্রশেখর সিংহ "জ্যোতিষরত্নাকর" | নাওরেমথোং |
| ৮। | শ্রীথাইদেম তোমাল সিংহ | শগোল্বন্দ |
| ৯। | শ্রীনাকম্বম তোম্বা সিংহ | নাওরেমথোং |
| ১০। | শ্রীদামোদর শর্ম্মা | পীংজৈ, নাওরেম লৈকাই |

| | | |
|---|---|---|
| ১১ | শ্রীঅভিমন্যু সিংহ | লাংমৈদোং বস্তি |
| ১২ | শ্রীনীলচন্দ্র সিংহ | এলা -খা লোকপী |
| ১৩ | শ্রীকোন্দুম সিংহ | শলুংফম, মাইরিপোক |
| ১৪ | শ্রীমধু সিংহ | পেচি |
| ১৫ | শ্রীধ্বজ সিংহ | বাহেং খোংমন |
| ১৬ | শ্রীলোইতাম অপাবী সিংহ | থৈবাঙ্গোইথোং |
| ১৭ | শ্রীঅচৌবী সিংহ এম, এ, শাস্ত্রী | খুরাই, শোইবম লৈকাই |
| ১৮ | শ্রীবীরেন সিংহ বি, এসসি | শগোলতোংবা |
| ১৯ | শ্রীকেরানী সিংহ | উংলৌ বস্তি অসিনচিংব। |

কলাবিদ্যা :—শ্রীহিজম ৺পুন্নুম সিংহ ওজা অসিদা চহি ৫/৬ ইশৈ তমখি। ওজা অসি ইশৈ-নোংমাই য়াম্না পামই। ওজানা তমলিবা ইশৈ অসি অহাংবা মতমদা ভাইহাক পোখানবা মশাগী মুংভাইনবগীদমক্তা তম্বা ইশৈ ওইনা তৌই। ওজাগী হকচাং ফনা লৈরি।

---

## শ্রীয়াঙৌবম তোম্বী সিংহ

শ্রীয়াঙৌবম তোম্বী সিংহ ইং কুমজ ১৯১৫ গী ওক্টোবর থাদা পোকই। অপোকপগী মিংনা চাওবা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা খোকচোম চনু তম্ফা দেবী কৌই।

পোক্কফম নমদম শীংজমৈ খোঙাম লৈকাই ইম্ফালদনি। শ্রীসিংহগী মচিন-মনাও মুপা মরিনি। শ্রীসিংহনা অতোম্বনি। মচে অমগা মচল অমগা মখোয় তরুক পোকই।

শিক্ষা :—চিংঙা ইউ, পি, স্কুলদা ক্লাস ফোর পাস তৌখি।

কলাবিদ্যা :—অঙাং ওইরিঙৈদা শনশেনবা, গৌরলীলাবচিংবা য়াও-রকই। শ্রীসিংহ অসি মখোল ফবা ইশৈ কাগনবা মীওইনি। মরম অদুনা ওজাশিংবা তম্বীবা লীলা থুদিংমক্তা চিংদনা নেক্কুবা য়াওহনখি। শম্না হায়রবদা শ্রীসিংহ অসিগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিদা গৌরলীলা ১০০ দগী হেন্না য়াওখি। শনশেনবদি মঙারক্তগী হেন্না য়াওখিরে। মতৌ অমুম্না

শ্রীসিংহনা কপাগী ইথক ইপোমদা তাওহুনা মসিগী তোপ তোপ্পা মহাওদা তাওহুনা লৈরিবৈগী মতমদা মণিপুরদা যম্মাক লীলা ( ড্রামা ) গী ইহৌ লাক্লে। মতম অদুদা শাম্লরিবা লীলাদি সামাজিক নত্তে। পৌরানিক অমদি ঐতিহাসিক লীলানা নম্মা উৎলি।

নাট্যদা খোংদাবা :—মণিপুর এডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা উৎপা মহারাজ চুড়াচাঁদ সিংহনা স্পোন্সর তৌবা হিরণ্য কৌশিপু লীলাদা শ্রীসিংহনা প্রহলাদগী ভূমিকাদা ইহান হান্না কুমথি। মহৌ অসুম্না লীলা কম্না মরুমদা য়াওহুনা অভিনৈরম্ব, লব-কুশনচিংবা শাখি। মখাগী চহী ১৭ শুরকপা মতমদা এম, ডি, ইউগী অফাওবা ডাইরেক্টর ৺ললিত সিংহনা ইবা অরেপ্পা মরূপ প্লেদা প্রতাপ সিংহগী পার্ট লৌখি। মথংদা লেখক অসিনা ইবা সতীখোংনাং প্লেদা পদ্ম সিংহ শাখি। মাইহু পেমচা লীলাদা বোরাওবা, মধুমালতীদা মধু শাখি। শ্রীসিংহ অসি অয়াম্বা অরাংপা পার্টশিংদা মেনথংপা গুণগী গুণ কয়া লৈ। মরক মরক্তা নায়িকাগী ভূমিকাদা কুমহুনা অরাংপা কয়া মেনথংখি। পনবা য়াবা মতাং অমদি—লখিপুরদা খেলেন্দ্র সুবিদায়শীদা ষ্টেজ শেমহুনা লীলা কয়ামরুম উৎখি। মহুদা চন্দ্রগুপ্ত প্লেদা শ্রীসিংহনা হেলেনগী পার্ট্টা ( নুপী শাহুনা ) কুমখি। নুপীদগী হেন্না নিংথিনা অভিনয় তৌবা উবদা অয়েংবা ভাবকশিংনা নুপী নত্তে হায়বা ওমখিদে। মহারাজ ৺চুড়াচাঁদ মহারাজনা য়াম্না পেনবিখি। শ্রীসিংহদা লৈরিবা নায়কী গুণদি বীর, ধীরোদাত্ত নায়কী গুণনি।

সমাজ সেবা :—শ্রীসিংহনা এফ, ডি, ইউ কৌবা ড্রামাগী সংস্থাব অমা লিংখৎখি। হায়রিবা সংস্থান অসিনা তোঙান তোঙানবা প্লে কয়া উৎখি। মহুদা শ্রীসিংহনা ডাইরেকসন পীখি।

হৌজিক মনোহরশাইগী কলাকার অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি। হৌজিক শ্রীসিংহগী মখাগী চহি ৬৩/৬৪ রোম শুরে। শ্রীসিংহগী হৈশিংলবা মতৌবু উবিহুনা ৬ষ্ঠবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা নাট্য বিশারদ'' উপাধি পীহুনা ইকায় খুম্নখি।

---

# শ্রীইরুংবম লক্ষ্মণ সিংহ
## ( অশৈবা )

শ্রীইরুংবম লক্ষ্মণ সিংহ ইং ১৯০৪ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺রাম সিংহ অদুগা অপোকপীগী মিংনা ৺পোতি দেবী কৌই। পোক্কম লমদম খুম্নাও সেবক লৈকাইদনি। হৌজিক উরিপোক ইরোইশেম্বদা লৈরে। ওজা অসি মথক্তা মচেম অমত্তা শাত্তে। মপাদ মনাও অমত্তা তাদে। ওজা মথক্তা পোকই অতাং ওইনা অপোকপ অপোকপী অনি কায়নখি। পনেম পঙ্গো অনিগী মশক থংহৌদে। মাম্না বানা হৌরকই। অতাং ওইনা পুন্সিগী লানফমদা মায়োক্নদুনা মীগী শাইজিন-শায়াদা তাং-দুনা অমদি শিল্লংদুনা হৌরকই।

কলাবিদ্যা ( অশৈবা ) :—কলাকার অসিনা পেনা শকপা পামজদুনা চীংমৈরোংদা লৈবা নিংথৌখোংজম কবুই সিংহ কৌবা ওডাদা পেনা শকপা তম্বা হৌখি। মথংদা পাংশোইদা লৈবা পুরাম তায়নি সিংহ কৌবা ওজাগী মফমদা চংজদুনা অশৈবগী শিনফমদা মমুৎ তানা তমজখি। মমৈথংদা চুংথাম ৺মনিক সিংহ ওক্রম খোইবা সাং পোংশ বমদা লৈবা ওজাশিংগী মফমদা মথং মথং ওইনা তমখি।

ওজাশিংগী কৃপাদগী মণিপুরগী মফম কয়ামরুমদা অশৈ ওইনা শৈশকপা হৌখি। ওজা অসিনা মতম ফনা অশৈবা ওইনা ঈশৈ শকপা হৌরকপদা খুল্লাওগী কীর্ত্তন অমা শকখি। মতম অদুদা মহারাজ ৺বোধচন্দ্রনা মা কোন্নুংগী অশৈবা লোয়শঙ কাবা মীশক নত্তুনা কীর্তন শকপা য়াদে হায়দুনা মা মুহর থারক্লুনা থিংখি।

মনা-মথৌম : ওজা অসিগী মশাগী চহি ৪০ শুরকপা মতমদা অশৈবা লোইশঙ কাখি। মা খুজি, তাল, থামেনচৎপনচিংবা মা কোন্নুংগী মনা-মথৌম ফংখি। ওজা অসি লাই হরাওবা অমদি ফমশক অনিমক য়াম্না নিং-থিনা শকপা হৈ। অশৈবা লোইশঙদা হিদং ওইখি। ১৯৭৯। ৪। তাং ২২ দা ওস মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিগী অশৈব (বি এ,) পরীক্ষা সেকেণ্ড ক্লাসতা পাস তৌখি।

——

# শ্রীক্ষেত্রিময়ুম অমুয়াইমা সিংহ

শ্রীক্ষেত্রিময়ুম অমুয়াইমা সিংহ ইং ১৯৪৮ দা পোকই, অপোকপগী মিংনা চিনী সিংহ কৌই। পোক্লফম লমদম ককৃচিংদনি।

শিক্ষা :- ইব পাবা নিংথিনা হৈ।

পুংতম :—অপোকপনা পুং য়েবা পামজবদগী শ্রীনোংমাইথেম যাদব সিংহ পুংয়েবা সাং ককচিংদা লৈবঃ ওবা অসিদা বোয়িরনা পুংয়েবা তম্বা হৌথি। মথংদা ক্ষেত্রি তোমচৌ সিংহ সাং ককচিং, ময়াংলমম ভৈগ্যচন্দ্র সিংহ, সাং চিংঙামথক নামৈয়াকপম লৈকাই ইম্ফাল, ক্ষেত্রি থম্বাল সিংহ ককচিং, অসিনচিংবা ওস্তাশিংগী মফমদা শিন্দম ফংথি।

সঙ্গীত একাদেমী কলেজ :—শোক ৯৩৫ ইংদা ককচিং সঙ্গীত একাদেমী কলেজ লিংখৎপদা মেম্বর অমা ওইনা অকনবা থৌদাং য়াথি। লোয়নবা সার্টিফিকেট কোর্সকী (মৈতৈ পুংগী) ওজা ওইথি।

লমচৎপা :-১৯৬০ দা বোম্বেদা সো উৎপা চৎলুই। অহম্মদাবাদনচিংবা লম কয়া কোয়খি। মথংদা মৈতৈ পুংগী সো উৎপা কাছার, শিলেট, আসামচিংবা মফম কয়ামরুম চৎখি।

ওজা :—হৌজিক ত্রৌয় যাত্রিক নট কলেজ শীংজমৈগী ওজা ওইরি।

লাইরিক ফোংবা :—১৯৬৭ ইংদা মৈতৈ পুংলোন অহানবা, ১৯৭০ দা সঙ্গীত মিংশেল কৌবা লাইরিক অনি ফোংদোকখি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসি শিক্ষা বিভাগ মণিপুর সরকারনা ভেংবাং পীবা লাইরিক্নি। শ্রীসিংহগী গুণবু উবিদুনা ওগুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা বাদ্যচার্য উপাধি পীদুনা ইকায় খুম্মখি।

——

# শ্রীশামুবাইলাৎপম অমুস্না শর্ম্মা

শ্রীশামুরাইলাৎপম অমুসা শর্ম্মা ইং কুমজা ১৯১২ জানুয়ারী থাদা মংজিল-মথা খোংমন্দা পোকই। অপোকপা পম্পোগী মিংনা শ্রীশামুরাই-লাৎপম ৺অমুবা শর্ম্মা অমসুং অপোকপীনা থাংজম নিংথোল ৺অতোন-শিজা দেবী কৌই। শ্রীশর্ম্মগা পোকমিন্নবদি নিপা অহুম মূপী অমি শুই। শর্ম্মনা থবাইদগী অহলনি। শর্ম্মগী মবুধোশিংদি নট সংকীর্ত্তনগী জগত্তা মমিং নাইরকপা শাক্তনি। অপোকপা পম্পো ৺অমুবা শর্ম্মসু নট সংকীর্ত্তন্দা মথবাই য়াওজবা ওইরবসু শগোল কাংজৈদনা হেন্না মীংফম লৈখি। করি অমুক হায়রগনি মণিপুরেশ্বর মহারাজ চুরাচাঁদ সিংহজীনা মতম অমগী বৃটিশ আমল (পেরেট্টা) দা শগোল কাংজৈ কন্না য়োকথংবিব মতাংদা শিরোংদা ঘুড় দৌরগীদমক শ্রীঅমুবা শর্ম্মবু তদ্ধনা পুজেমদুনা শগোল লমজেংগী মাই পাকপা মণিপুরনা লৌরকই।

শিক্ষা:—শর্ম্মা শিক্ষাগী লমদাংদা মতম অমগী প্রথম শ্রেনী ফাওবা খোংমল এল: পি: স্কুলদা তম্লকই। মপাবুং অমুবা শর্ম্মনা নট সংকীর্ত্তনগী জগত্তা মথবাইনা পামজরবসু শগোল কাংজৈদনা হেন্না মাইপুনখিবনা নিংথম নিংথমদনা নট সংকীর্ত্তনবু মীতাদুনা লৈখি অদুনা মচাইবুংঙো অহল শ্রীঅমুসা শর্ম্মবু মাইকৈ অসোমদা খোংদা লিংখি। মদুথকসু ওইখে। শ্রীশর্ম্মা মশক মতৌ ফজবা চুং ফিরাল চাবা নহা অমা ওইনা হৌরকপদা নত্তনা খোনপোক-খোলৈ খোন্দা মুংশিবগা লোইননা নট সংকীর্ত্তন্দা খোংদাহনখি।

শ্রীশর্ম্মনা চাওখিবা অসি কোংবা নাঐবম লৈকাইদা লৈবা মমা ইবেম্মবু পোকপা মবুধো থাংজম বোকুল সিংহ (থাংজম মাইবা) গী শঙ্গাইদনি।

সংস্কৃত শিক্ষা:—সংস্কৃত টোলদা থাজিল্লে। টোল অসিদা থুমহেম ওজা হুমিংলৈদনা বাঙ্গলা ভাষা অমগা মমিং চংলবা শাষ্টবিস্তা আজ্ঞা পরি-ক্ষিৎ, অরিবম আজ্ঞা উপুরাদা সারস্বত ব্যাকরণ মমুৎ তানা তমখি। মমৈদা চৌধুরিমযুম অঙোবা শর্ম্মা গীতা থিবা গী মফমদা তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃত কী লাইরিকশিং তম্বগা লোয়ননা চাণক্য শ্লোক, নিত্যাচার পদ্ধতিনচিংবা নিংথিনা তমজখি।

কলাবিগ্না :– অহানবমক্তদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী বামোন পালাগী ঈশৈ শৈহনবা শ্রীশামুরাইলাংপম ঐজ্ঞা নিংথৌ শর্ম্মদা বোরিজতুনা ঈশৈ তম্লে। মথংদা মদনমুহোন কো'বা ক্ষেত্রি লৈকাইদা লৈবা লৈপাক্লা শকথংলবা শ্রীতখেল্লম্বম ওজ্জা থম্বালঙৌ ভারতী শাবদ চংলে। তখেল্লম্বম ওজা নৌনা থ্‌পখ্রে। ওজাবু মুংশিজব শ্রীঅমুম্না শর্ম্ম. থম্মোই শোক্লা কপচখি। নট সংকীর্ত্তনগী খোংথাং অসিমক লেপ্পসিরা থনথ্রবনি অদুবু মবুধৌ ওজা থাংজবনা মগুগী খোংথাং লেপহল্লিংখিদে। অদুনা খেমখি—"ইশুনা কনাদা তম্লিংবগে ?" নৌরবা অঙাংনা মমৈদা সনখ্যা মুমশংবী সনা হায়ব. মমিং চংলবা ম্নখ্যাদা বোরিজক্নরে। প্রেম ভক্তিগী চৈরোয়নবা শ্রীশর্ম্মবু ওজা অসিনা ওম্বোক্ত লুনা তৌখখ্রে। মরম অসিমক্তনা ঙসিদি শ্রীঅমুম্না শর্ম্মা লৈপাক্লা শকথংলবা নহা অমা ওইনা লাক্লে। ম্নখ্যা ইদুংঙোগী মতম অদুগী নট সংকীর্ত্তনগী জগৎতা খোংদিম্নবা ওজাশিং—নাওরোইবম ওজা কমল, মুম্নাম ওজা নাতুম, থিংবাইজম ওজা তোম্বোই, লাইরিকয়েংবম ওজা মনি অচিংবা মণিপুরগী মমিং লৈরবা ওজাশিংনা শ্রীশর্ম্মবু মুংশিবিরে। চপচাবা গুরু কৃপা ফংবা হায়বতুমক ওইরে।

শ্রীশর্ম্মসে অরুক্কী মতিক ম্নখ্যাগী অচানবা শিষ্যনি, মচামক্তি হায়বিখি, চুম শো শিন্নখি, অথুপ ঙরোন ঙম্ন তাকখি, থরায়নন্থ সনাখ্যানা পোক-পমক্তি হায়না থন্নখি। ওজাশিংগা লোয়ননা সংকীর্ত্তন সনাখ্যা ইবুংঙোগী ভুংইত্রতুনা ফংজবি।

শ্রীশর্ম্মা অঙাং ওইরিঙৈদগী খেংলৈদ্রে খোন্দা শক-চু জুং চানা হৌরক-পনি। মণিপুরগী গৌরলীলাগী মফম অয়াম্বদা মহাকপু নেক্নখি, খোম্বাংবা ওইনা, জোগায় মাধ্যায় থাবা ওইনা, শেল তাংলিংঙৈ মতম অদুদা লুপা ৫/- হায়বসি কায়দনা পীবনি।

কলাকার :–মশাগী চহি ২৫ হায়রকপা অদুবাইদুদদি মাগুব পুদুনা ঈশৈ শকপা হায়বা অদুমা ওইররে। শ্রীশর্ম্মনা রস ফাংনবগী অহানবা ঈশৈ হেক হনখিবসি শিংজমৈ খোংঙাম লৈকাইদা শ্রীলাইময়ুম ইবোমচা শর্ম্মগী মাগুবমক্তদা না ঐজ্ঞা অসিম্ন নট সংকীর্ত্তনগী গুরুনি। অম্নম বাশক রসকী ঈশৈশৈহনবা অমা ওইনা খোগল কংলকপা অসি মম্রাম্না শকথংবিরক্লে। মতুংদা সনাখ্যা মুমশংবী সনাগী খোগল ফংহুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী অথনবা

পালাগী থৌগল ফংলে খোম্লাংবদা যাওন্দরে মথংদা সনাথ্যান পালা অহনগীদা ঊশৈ হল্লবস্থু খোম্বাংবদা যাওজবে। অস্তুম্না সনাথ্যানা থোনবা থোনবা শৈফমশিংদা শ্রীঅমুসনা শর্মা থৌগল লেপ্তুনা ফংজখি। সনাথ্যানা খুঙ্গংবা মতুংদগী শোক ১৯৭২ দগী ওজাশিং পুম্নমক্না থৌগল ফংজরবা মণিপুরেশ্বর মহারাজ চূড়াচাঁদ সিংহগী মঙ্গ থোক্লম্বা সন-পালা অথনবগী ঊশৈ হনব ওইনা ভসি যাওবা লৈরি। লৈজিক ঐডাগী মশাগী চহি ৬৭ ওরে।

---

## শ্রীথোকচোম বীরহরি সিংহ

শ্রীথোকচোম বীরহরি সিংহ ইং কুমজা ১৯০২ গী জুলাই তাং ১ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺ভীম সিংহ অদুগা অপোকপীগী মিংনা অমৈকপম চন্দ্র খোমদোম দেবী কৌই। মচিন-মনাও তুপা মঙা অদুগা তুপী মরীনি। শ্রীসিংহনা যাইমনি। পোক্লফম লমদম—শীংজমৈ মথক থোকচোম লৈকাই ইম্ফালদনি।

শিক্ষা :—ইংরোক ১৯৩০ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মেট্রিক ফার্ষ্ট ডিভিজনদা, ১৯৩৩ দা আই, এ, ফার্ষ্ট ক্লাসতা, ১৯৩৬ তা বি, এ, ফার্ষ্ট ক্লাসতা পাস তৌখি।

থবক তৌব : ইং ১৯৩৮ মার্চ্চ তাং ১২ দা তম্ফাসনা গার্লস হাই-স্কুলদা থার্ড মাষ্টর ওইনা থবক তৌবা হৌখি।

১৯৪২ গী জুন তাং ২ দগী আর্মি ইন্টরপিটর ওইরম্মী মথংদা লেঙ রিভিনিউ অফিসার লেঙ সেটলমেণ্ট অফিসার ওইখি। এস, ডি, সি, এস, ডি, ও, ই, এ, সি, এস, ডি, ও, এণ্ড এস, ডি, ও মথং মথং মথং ওইখি। ১৯৭০ গী জুন তাং ১০ দা থবক্তগী পোংথাখি।

কলাবিদ :—শ্রীসিংহসি ছাত্র ওইরিঙৈদগী কলা বিদ্যাদা থোংদা-রকখি। ক্লোনষ্টোন হায়স্কুলগী ছাত্র ওইরিঙৈদা ষ্টেজদা থোংদারকখি। ছাত্র ওইবা তোক্লবা মতুংদসু কলাগী সংসারদা থোংদাখি। শীংজমৈ থোক-চোম লৈকাইদা ড্রামাটিক ইউনিয়ন কৌবা সংস্থান অমা লিংখত্তুনা

শ্রীথবাইরাকপম ওজা নবকিশোর সিংহগা লোয়ননা পৌরানিক লীলা কয়া উৎখি।

নাট্যদা খোংদাবা : সভা পর্বদা শ্রীসিংহনা যুধিষ্ঠির শাখি। মসিদা অয়েংবা ভাবকশিংনা যুধিষ্ঠির ওইরবোই নিংনখি ইং ১৯৩৮ দা নবনাট্য মন্দির শীংজমৈদা লিংখৎখি। ঐতিহাসিক নাট্য রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র কৌবা লীলা অমা মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহনা ইদুন শানখি। মসিদা শ্রীসিংহনা ভাগ্যচন্দ্র শাখি। মরৈবাক মাংজরবা ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাওদা লৈবা মতমদা তেখাও শামু ফাবগী য়াম্না নৈংৎপিবর পুন্সিদা পীবা অভিনয় অদু যাম্না নুংশি করুন রসকা য়াওবা রসনি। মসিদা অয়েংবা ভাবকশিংগী থম্মোইদু শ্রীসিংহনা শুদ্ধংখি। মতাং অসিদা শি থানবা য়াবা সাঙ্কক অমদি চীংমী শাহুনা লাকপা মতাং অদুনি তায়রদি তনৌ তনৌবা চাওদম-শাংদম্বা মাইথোং, শাকতক তৌবা শকফমদা নিংথৌ অমগী ফিজেক্তা ভাবক্তা ওসাই উথিবসু তৌজিক অমুক চীংমীগী ফিজেক্তা নোংথৈ চিনবা কুদাম পরেং শিবা অমুবা ফিজেং শেংলগা তাবাক পাইদুনা থোক্লকপা অসিমু অদুম্বক মপকচৈ।

তায়রিবা নাট্য মন্দির অসিদা উৎখিবা শকুন্তলা প্লেদা শ্রীসিংহনা শকুন্তলাবু য়োকচবী কথা মুনি শাখি মহুদ শ্রীসি হগী মমিকতী তারকপা পিগা লোয়নবা মাযথোংদু উবদা ভাবকশিংনা শুং শুং কপ্পখি। মসিদসু নত্তনা মণিপুর সরকারনা টি. সি. পেরেটা কর্ণার্জুন উৎখি। এম, কোয়রেং সিংহ মুখ্যমন্ত্রীনা কৃষ্ণ শাখি মহুদা শ্রীসিংহনা যুধিষ্ঠির শাখি।

হোলিপাল :—শ্রীসিংহনা কলাগী জগত্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী য়াওশংগী মতাং হেক হেক থোক্লকপা হোলিগী থৌগল মণিপুরগী মকম খুদিংমক্তা তৌখি। মহুদসু ঈশৈহনবা অমা ওইনা থৌগল কংখি। অমুনা গীত নাট্য অনিমক্তা শ্রীসিংহনা খোংদাখি।

সমাজ সেবা :—ছাত্রগী পুন্সি লোইরবা মতুংদা শ্রীসিংহ, হিজম ধবলো, ইরাবোতনচিংবা মরৈবাকনিংবা কর্ম্মী কয়ানা পুন্দুনা "মণিপুর সেবা সমিটি" কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎখি। সমিটি অসিনা বর বারুনী কাবা লাক্লিবা যাত্রিকশিংগী মতেং পাখি অসিদসু নত্তনা সাহিত্য সমিটি কয়াদা য়াওদুনা সেবা তৌখি। ইং ১৯৭৩ দা মেডিকেল কলেজ লিংখৎনবা অচৌবা মিটিং অমা জোনষ্টোন হাইয়ার সেকেণ্ডরী স্কুলদা পাংথোকখি।

মসিদসু কার্য্যকারী কমিটিগী সদস্য অমা ওইথি। অরবান কো ওপরেটিভ বেঙ্ক লিংথংপদা মেম্বর অমা ওইনা অরা অনা কয়া মাংযোকুখি। লাইরবা অরা-অনং কয়াগী শেলগী মতেং ফংহনখি। ইং ১৯৭১ দা বেঙ্কী কমিটি মিটিংদা মথা ওমদ-ওমদনা চৎখিবদগী ক্যম্বেল জেনেরেল হোস্পিটালদা লাইকন্নবা পুখি। মুমিং অসিমক্তদা হায়বদি ইং ১৯৭১ গী নবেম্বর তাং ১৩ দা সমাজ সেবী অসিনা নোঙ্গাখি। কলাকারগী হকচাংনা মাংজখ্রবসু মুমিং থানা লৈরিবমখৈ মিংচক্তি মাংলরোই।

' থবাইগা হকচাংগ' লৈরিবমখৈ মীওইবা মপোক্তা পোকপা ত্রখোয়না থবক তৌবা লেপ্পা যাদে হায়ব পাওতাক অমা পীবিরন্নগা কলাকার অসিনা মপুগী খুবমদা ভিনখরে। শ্রীসিংহগুখা কলাকার কয়া হন্না হন্না পোক্লকপা ওইসনু।—সম্পাদক।।

---

## শ্রীপুখ্রম মেরা সিংহ

শ্রীপুখ্রম মেরা সিংহ ১৯১৩ ওক্টোবর থাগী তারিখ ১৯ নোংমাইজিং মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা থম্বালজাও সিংহ কৌই। পোক্লফম লমদম চীংঙা মথা মাইসনাম লৈকাই ইম্ফালদনি।

শিক্ষা:—চহী ৮ চংলকপা মতমদা নিংথেমচা কারোং এল, পি, স্কুলদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌখি। ক্লাস টু ফাওবা শিক্ষা ফংখি যুমদা বাঙ্গালী সংস্কৃতন্নচিংবা তমখি।

শিনফম:—সনা শাফমদা চন্নুনা সনা শাবগী থবক তৌবা হৌখি। ইংশে ক ১৯৩০ দা শ্রীসিংহগী মশাগী চহি ১৭ শুরকপা মতমদা চীংঙা মথক্তা লৈবা সোরোকথাইবম ওজা জন্মেজয়দা কবিরাজ তম্বা হৌখি। চহী ৩৪ রোম শুরকপা মতমদা লাইয়েংবা হৌখি।

যুম পানবা:—শ্রীসিংহগী মশাগী চহী ২০ শুরকপা মতমদা হিজম চমু মাইমবী দেবীগা লুহোংখি।

মৈতৈ মাইবা:—শ্রীসিংহনা যুম পান্নবা মতুংদা মৈতৈ মাইবগী শিন-ফমসু য়ায়া কুপ্না তমশিনখি। সিংহনা মশানগী অফাওবা ওজা গুরুশিংদা

চহি ২রোম চুপ্পা মৈতৈ মাইবগী শিনফম তম্না তম্না কোয়খি। কাছার, জাত্রিবন, হৈলাকান্দি, জলাসোয়া, লক্ষিপুর, তখেল, বিসগাও, ভাঙ্গুঘাট, পদাকোয়ানচিংবা।

আন্দোলন : ইং ১৯৬৯ গী ওক্টোবরগী তাং ২৫ দা চেং তাংবগীদমক হিন্দু মহাসভানা শিন্দুনা পাংথোকখিবা আন্দোলনদা শ্রীসিংহনু শরুক য়াখি।

রাজনীতি :— ইংশোক ১৯৪৮ জুনগী তাং ২০ দা ভারত জাতিয় কংগ্রেসতা মিং চন্দুনা য়াওখি।

বৈদ্য :– ইংশোক ১৯৫২ ডিসেম্বর তাং ১২ দা শ্রীসিংহনা শীংজমৈ বাজারদা বৈদ্যনাথ কম্পানীগী এজেন্সী ওইহনবা আয়ুর্বৈদিক ফারমাসিগী থবক হৌব তৌখি। ইংশোক ১৯৫৩ দা বেনারসকী প্রিন্স আয়ুর্বৈদিক কলেজগী "আয়ুর্বেদ-ভূষণ" হায়বা উপাধি অমা ফংখি। ইং ১৯৫৮ দা রিসার্চ ইনষ্টিটিউট ওফ ইণ্ডিয়ান মেডিসিন বরোদাদগী "সুচীবেদ-বিশারদ" হায়ব উপাধি ফংখি। ১৯৭১ দা নবদ্বীপ আয়ুর্বেদ মহাবিদ্যালয় (বেষ্ট বেঙ্গল) দগী "আয়ুর্বেদ-আচার্য্য" হায়বা উপাধি ফংখি। মতাং অসিদা বৈদ্যনাথকী এজেন্সী ওইবা তোকখি।

আয়ুর্বেদ সম্মেলন লিংখৎপা :— ১৯৫৬। ৭। ২৭ তা আয়ুর্বৈদিক সম্মেলন লিংখৎখি। কেসিয়ার ওইখি।

বাজার বোড :— ইং ১৯৩৬ তা শীংজমৈ বাজার বোর্ডকী মেম্বর ওইনা থবক পুখি। ইং ১৯৬৫ দা পঞ্চায়েটকী সদস্য অমা ওইনা থনখি।

সমাজ সেবা :—১৯৫৪ দা চিংঙা মথা উইভিং কোঃ ওপঃ সোসাইটিগী কেসিয়ার ওইখি।

ইং ১৯৬৪/৬৫ হৈরাঙ্গোইথোং সোসিয়েল বার্কস ক্লবগী দোল্লব মেম্বর ওইখি।

১৯৭১ দা ষ্টেটহুদকী দাবী তৌরুবগীদমক জেলদা মতম খরা লৈখি।

১৯৭৩ দা আয়ুর্বেদ সম্মেলনগী প্রেসিডেণ্ট ওইখি তোয়ননা রুপা ১০০০/- (লিশিং অমা) দান তৌখি।

লাইরিক কোংবা :—(১) লম্লাই লাইয়েং লাইরিক (২) অমাইবা অহনগী পাওতাক (৩) ইণ্ডেলৈ।

চেফোং :– মণিপুর আয়ুর্বেদ চেফোঙ :–১, ২, ৮, ফোংদোকখ্রে।
হৌজিক শ্রীসিংহনা প্রেসিডেন্ট ওইনা আয়ুর্বেদ সম্মেলনগী থবক পুরি। সম্মেলন অসিগী মেম্বর ১০০ (চামা) লৈ, ছাত্র ৪০ (নিফু) লৈ, ট্রেণ্ড তৌরবা ছাত্র ১০ (তরা) গা লোয়ননা চিরমসিদা থবক চংলি।

ঈশ্বরনা শ্রীসিংহবু পুন্সি শাংহনবিহনা সম্মেলন অসিগী মতম শাংনা থবক তৌহনবিনবা অমদি প্রজাশিংগী অচৌবা মঙেং পীবিবা ওইসনু।

## শ্রীওইনাম বীরমঙ্গল সিংহ

ওইনাম বীরমঙ্গল সিংহ ১৮২৮ এপ্রিলগী তাং ৪ য়ুমশকৈশা পুণিমা হুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺নন্দা অদুগা অপোকপীগী মিংনা মাইপাকপী দেবী কৌই। পোক্রফম লমদম খাংহৈ অচোম লৈকাই ইম্ফালদনি। শ্রীসিংহনা জ্ঞান তারকপা মতমদগী হৌজিক ফাওবা মমা পোকপা মপুবোক কাঙঙবম গোকুল সিংহগী য়ুম নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈরি। ইমুং অসিগী মীপুম খুদিংমক সেতার, তবলা অমদি অতৈ অতোপ্পা যন্ত্র কয়ামকুম য়েংবা-খোংবা হৈ হায়রিবা কল বিদ্যাগী বাতা-বারোন্দ শ্রীসি হ অসি চাওরকখি। য়ুমলে মরী সাইরেম শ্রীমতি কন্যা দেবীনা লীলা (ড্রামা) য়াওবা চৎপা খুদিংদা শ্রীসিংহবু অঙাং ওইনা পুবিখি। মতৌ অসুম তোনা শ্রীসিংহনা অঙাং ওইনা লীলা মখল কয়া য়েংবগী খুদোংচ বা ফংঙখি।

শিক্ষা :–হাইস্কুলদা ক্লাসগা লাইরিক তম্বা থাদোকখি।

লাইয়েকপা তম্বা :–লাইয়েকপা তমগনি হায়দুনা মমাগা পোকমিন্নবা মামতোন শ্রীলালা সিংহগী য়ুম য়াইস্কুলদা লৈদুনা লাই য়েকপা তমখি। হায়রিবা মতম অসিদা এম, ডি, ইয়ু শাবা লোইশিল্লকপা মতমনি। মাগী মামতোম্না এম, ডি, ইয়ুগী য়েকপা-খোৎপগী থবক অয়াম্বা তৌখি। শ্রীসিংহনা লীলা পেন্না য়েংবগা লোইননা নৌনা লীলা তম্বীবগী মওং মতৌসু উবা ফংজখি। থোদোক অসিনা মরম ওইদুনা শ্রীসিংহনা কলাবিদ্যাদা পুক্নিং চংখি। শ্রীসিংহনা রূপমহল, পেরেডাইজ, আর, ডি, এস, প্রভাত থিয়েটারনচিংবা সংস্থানশিংদা ড্রামা য়েংখি।

নাট্যদা খোংদাবা :—ইং ১৯৬০ দা এরিয়ান্দা ড্রামা কম্পিটিশন্দা গরিবনিবাজ উংখি। মহুদা শ্রীসিংহন গরিবনিবাজ শাখি। মহুদা "বেষ্ট এক্টর মণিপুর" হায়বা অসি ফংখি। ১৯৬৪ গী কম্পিটিশন্দা খোংবোংখাবা শাখি মসিদসু বেষ্ট এক্টর মণিপুর' ফংখি। রূপমহলদা ১৯৭৪ গী ড্রামা কম্পিটিশন্দা "ঐ মন্ত্রী গুইনি" হায়রিবা লীলা অসিদসু "বেষ্ট এক্টর মণিপুর" ফংখি।

অইবা :—শ্রীসিংহ অসি এক্টর অমা ওইবদা নত্তনা ইবদসু মখল-মখেল কয়াগী মনা-মথ্ম ১দি মেডল ফংখি। শ্রীসিংহ শীংথানবা য়াবা কলাকার অমনি।

আকাশবানী :—হৌজিক আকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার অমা ওইনা তোঙান তোঙানবা ড্রামা কয়াদা য়াওহনা অমদি লৌউ-পাওজেলনচিংবা পীদুনা সমাজগী সেবা তৌরি।

## শ্রীরাংথেমচা জয় ( অচৌম )

ইং ১৯৩৮ লমতা থাগী ১১নি পানবা ইয়াই কুমিত্তা পোকই। পাছোগী মিংবা অভৌ, পলেমগী মিংনা নিংথৌজম নিংগোল খোংপী কোই। পোকফম লমদম খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাই ইম্ফালদনি। মচিন-মনাও ৭কী মতুংদা জয়না ৫শুবনি।

শিক্ষা :—জয়গী মপুথোক খোপ্পনা য়ুমদা মগুমুপাবু কংলৈবপী মরেক, খুমুং কোকাই তম্বীখি। খুরাই লমলোং এল, পি, স্কুলদা প্রাইমারি পাস তৌখি। রেসিডেন্সিয়েল হায়স্কুলদা ক্লাস সভেন পাস তৌখি। ক্লাস এইট ফাওবা তমখি। লোয়ননা হিন্দী রত্ন পাস তৌখি। মতম থরা হকচাং শাজেল তৌরম্মী। হুপা ওইবগী বিদ্যা মুক্লা-কাংজৈনচিংথসু শাম্নরকই।

থবক তৌবা :—১৯৫৭ ইং আগষ্ট তাং ১৩ দা মণিপুর পুলিশ ফায়ার ব্রিকেট্টা থবক তৌবা হৌখি।

লমকোয়বা :—১৯৬২ ইংদা সিরোই চীংজাও, থাংখুইনচিংবা মকমদা চংমুই। লোয়ননা ভারতকী মকম থরদসু কোয়খি।

জয়না খোঙায় মাধব পণ্ডিত, বাংখেম চাওবী, পণ্ডিত, অঙোম চাঙ্গি অমদি ইরোম অমুবী পণ্ডিতনচিংবা খলহৌই।

লাইরিক ইবা :—কবুই-কৈওইবা কোংথে। লোয়ননা জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীনা খেলে লীলা ওইনা শাংথে। শ্রীসিংহগী থৌভি লাইরিক কোংবা যাবা কয়া অমসু লৈরি।

## শ্রীলাইশ্রম ইবুংঙোহল অপাবী সিংহ

শ্রীলাইশ্রম ইবুংঙোহল অপাবী সিংহ শকাব্দ ১৮১২ (ইং ১০০ নবেম্বর) (পোইনু থাগী পুর্ণিমা মতুং নোংমা কোনবা থাংজা মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺গৌরাং সিংহ অপোকপীগী মিংনা ৺রাজকুমারী তোমুস্না দেবী কৌই। রাজকুমারী অসি নবসিংহ মহারাজগী মচানুপীনি। ওজা অসিবু পোকপা অহল অসি নিংথৌগী শঙ্গাইশংব য়ামিংয়েংবা হায়বা কম অদু ওইরমই। পোক্লকম লমদম উরিপোক নাওরেমথোং ইম্ফালদনি। অহল-লমন অনিনা শ্রীসিংহ মথন্তা পোকই।

শিক্ষা :—ভেরাকৈথেল এল, পি, স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌখি। মমৈ-থংদা রাজকুমার নবদ্বীপ য়া (নোদিয়া য়াগী মপাবুং) দা, অরিবম ৺কুল-কেশর শর্ম্মদা মুগ্ধবোধ ব্যাকরণ তমখি।

কলাবিদ্যা :—অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা পুং-ঈশৈদা থরাই য়াও-রকখি। চহি ৫/৬ শুরকপদা জগোই রাসকী কৃষ্ণ শাখি। কৃষ্ণ ৪রক শাখি।

পুংতম্বা :—চহি তরেৎ শুরকপা মতমদা পুং তম্বা হৌখি। পুঙ্গিগী অহানবা ওইনা শ্রীলাইশ্রম চাওতোন (ওজা অপাবীগী মথুরা) সিংহদা বোরিহুনা পুং তম্বা হৌখি। লৈপাক মীরক তিনবা য়ানা পুং হৈরকবা মতমদা গুরু দক্ষিনা শগোল অমোম অমা লৈহুনা) তৌখি।

মশাগী চহি ১৮ শুরকপা মতমদা অপোকপা কায়নখি। য়ায়া বানা পুঙ্গি লেনখি। মুমিদাংগী মতমদা পুং তমগনই শোনব, ইরোম অমদি

পুং লৈবা তমদগুনা অরাবা ওইখি। ওজা অসিগী মরুপ মপাংশিংনা মুংশি-বিদুনা মতেং থরা থরা পীবিরনা পুং তম্বমক্তি লেপখিদে।

যুম পানবা :—মশাগী চহি ২৪ শুরকপা মতমদা কোম্বৌজম নিংতোম কামীনী দেবীগা লোয়ননা যুম পানবদা খোংদামিন্নখি। মচা নুপা ৩ নুপী ১ পোকই। হৌজিক নুপা ১ নুপী ১ হিংলি।

পুংয়েবা হৌবা :—ওজাগী চহি ২৬ শুরকপা মতমদা ওজা ৺চাওতোন সিংহনা পুং লৈবিরনা ওজাগী তুং ইন্দুনা পুংয়েবা হৌখি। অসুম্না মতম কয়া তৌখ্রবা মতুংদা লৈবাক্তা মশক থংবা পুংয়েবা মীশক ১ ওইখি।

মনা-মথ্রম :— মহারাজ বোধচন্দ্রগী হাক্তক্তা স্না পালাগী পুংয়েবা হন্নবা ওইদুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা ফংখি। লোয়ননা থামেনচংপা, খুজি, ভালনচিংবা মনা-মথ্রম ফংখি। হায়রিবা মতম অসিদা কলাকার অসিগী চহি ৫৪ য়োম শুরে।

মপান্দা পুংয়েবা চংপা :—ইং ১৯৫৪ গী রিপব্লিক-ডে দা পুং য়েবা চংলুই। মতুংদা কলাকার অসিবু ইকায় খুম্নবা উত্তুনা মেডলনচিংবা মনা-মথ্রম পীবিরকই। মণিপুরগী মপান, কাছার, ত্রিপুরা, হোজাইনচিংবদা পুং য়েব চংলুই। মসি ১৯৬০ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ্না ইকায়খুম্নবা উত্তুনা "বাদ্য বিশারদ" হায়বা উপাধি অসি পীখি।

লাইরিক ইবা :—কলাকার অসিনা ইং ১৯৬৫ দা মৈতৈ-পুংলোন মহা-ধুমেন, ইং ১৯৬৮ দা শ্রীচৈতন্য সনাতন উনবা ( সনাতন সঙ্গ ) লাইরিক অনি অসি ইদ্রনা ফোংদোকখি।

ভিজিটিং গুরু :—ইং ১৯৭৮ ইংগী জুন তাং ১দা জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী ভিজিটিং গুরু ( মৈতৈপুং ) ওইখি।

সেবকশিং (ওজাদা বোরিখিবা) :—১। য়ায়েম ৺মহাবীর সিংহ উরি-পোক ২। খিংবাইজম বাবু সিংহ নাওরেমথোং ৩। থোইবা সিংহ, লমহেং বস্তি ৪। অহৈবম শামু সিংহ ৫। থাইদেম তোম্পোক সিংহ ৬। সিনাম বোমোন সিংহ কাছাড় ৭। লমাবম বাবুধন সিংহ ৮। কৈশাম গৌরো সিংহ ভামুঘাট ৯। কৈশাম তোলেন মচা সিংহ, ভামুঘাট ১০। লাইফ্রাকপম ইবোতোন সিংহ, ভামুঘাট ১১। লৈমনাই [illegible] সিংহ ভামুঘাট ১২।

রাজবাপু সিংহ, ভাতুনাট ১৩। মলিয়া সিংহ, ভানুঘাট ১৪। খোৎচোম দেব সিংহ খগোলবন্দ ১৫। খোকচোম মুক্তা সিংহ খগোলবন্দ ১৬। লাইশ্রম মিকোই সিংহ নাওরেমথোং ১৭। ময়াংলম্বম ইবোচৌ সিংহ ১৮। হাওবম গোপালমচা সিংহ, উরিপোক ১৯। নাওরেম কেশো সিংহ ২০। মুতুম বোকুলনচিংবনি। হৌজিক ওজা অসিগী হকচাং ফনা লৈরি।

## শ্রীলাইতোঞ্জম বীর সিংহ

শ্রীলাইতোঞ্জম বীর সিংহ শোক ১৯০৯ গী সেপ্টেম্বর থাদা শিংজমৈ মথা মরেংবম লৈকাই ( মরেং খোংনাংখোং ) দা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীলাইতোঞ্জম ৺শামু সিংহ অমসুং অপোকপিনা শ্রীমতি ৺থাসলৈমা দেবী। অপোকপা শ্রীশামু সিংহ চুরাচাঁদ মহারাজগী অচানবা মনাই ওইরম্মী। লোলাইপাবা হায়বা ফম পায়দুনা লৈবাক্কী সেবা তৌরম্মিবা মীশকনি।

শিক্ষা : শ্রীবীর সিংহ মীয়ামনা বীরো নত্রগা বীরচন্দ্র হায়না খংলৈ। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মীয়ামগী সেবাদা থরায় যাওরকই। নাওরেম লৈকাই এল: পি: স্কুলদা ক্লাস টু ফাওবা তম্মরগা মথা অমুক তমথখিদবে। অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মচানুপা অহল ওইবন ইমুং মনুংগী পোৎলুম নহা ওইনা পুবা তাখি।

যুমপানবা :—শোক ১৯৩০ দা শিংজমৈ মথা নাওরেম লৈকাইদা লৈবী লাইশ্রম নিংঙোল বীধুমুখি দেবী অমসুং হৌজিক হৌজিক মচানুপা অহুম মচানুপী অহুম পোকখ্রনা লৈরি।

নাট্য অদি সমাজ সেবা :—শ্রীসিংহ মণিপুরগী লিলা অমসুং ড্রামাগী মাংজিল থাবা মীওইশিংগী মরক্তা অমনি। শোক ১৯২৭ তা শিংজমৈ মথা “থাংখোম লৈকাই ড্রামাটিক য়ুনিয়ন” হায়বা ড্রামাগী সংস্থান অমা লিংখৎপদা অচৌবা শরুক য়াখি। শ্রীযুৎ ইবুংঙো সার চুরাচাঁদ সিংহনা প্রেসিডেন্ট ওইরিখি। মতুংদা মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়ন অমসুং অতৈ ড্রামা অমসুং লিলাগী সংস্থান কয়াদা যাওরকই। শ্রীসিংহনা শরুক য়াখিবা পনবা য়াবা

লিলাশিংগী মমুংদা—সভা পর্ব্ব ( শকুনি ), রামায়ণ ( লক্ষ্মণ শক্তিশেল, রাবণ ), অরেপ্পা মরণ ( ছত্র ), বঙ্গে বর্গী এম. ডি, ইউ, (সিদাম), সতি-খোংনাং ( কন্থাগী মপা—হাওবম বীরো )। যাত্রাগী জগৎতা মোইরাং-পর্বদা ১৯৩২ দা লোইকুম-লোইকাদা ( তমপায়ুম-হঞ্জবা ) অসিনচিংবনি। মহাক্কা কুমলুবা পার্ট খুদিংমক্তা মাগী পিথোরকপা তোপতোপ্পা গুণ অহুম শীয়ায়া শোন্নরি

নায়ক অমা ওইনা :—শ্রীসিংহগী অতোপ্পা মগুণ অমনা বীর অমসুং হাস্যরসকী তোপতোপ্পা গুণ অদুনি। মসিদগী নত্তনা করুণ রসকী রসিক অম ওইনা সতি-খোংনাং প্লেদা হাওবম বীরগী পার্টকী অভিনয়গী মতাংদা মতম অদুগী ওপন এয়ার থিয়েটর অদুদা ভাবকশিংবু তুমিন তুমিন লৈহল্লগা ঃনিত্তুগী মপি ইয়া চেল্লহনবা ঙমখি। লক্ষ্মণ শক্তিশেলগী রাবণা ইন্দ্রজিৎনা লৈত্রবদা বাসল্য রসনা ভাওবা রাবণগী পার্ট লৌবদা শ্রীসিংহগী অভিনয় বাসল্য রৌদ্র রস অনি তুফাওনব একটিংদা ভাবোক্তা কিহনবা মচাগী মৈ চুহনবা অনিমকপু ফাওহনবা ঙমখি। মতুংদা শিংজমৈ নব নাট্য মন্দির ১৯৫৮ দা লিংথৎলে। মসিদগী শ্রী সিংহগী অবদান নিংথিনা লৈখি।

সেবকশিং :—মহাক মতম অদুগী ড্রামাগী ডাইরেক্টরনি। মহাকী সেবক শাখা ওইন এনঃ ইবোবী সিংহ, কোইজম ইবোপিশক, শাপম মাই-পাক অসিনচিংবগী ড্রামাগী জগৎতা লমজিংখি।

থবক তৌবা ঃ অসিদা বত্তনা শান্তি রক্ষাগী মাইকৈদগী মহাকী পুক্কিং চংখি লোয়নমা ১৯৩৯ দগী হৌনা মণিপুর পুলিস ডিপার্টমেণ্টতা কন্সটেবল ওইনা থবক তৌবা হৌখি অমসুং পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওদা পলেস মাইকৈদা লান য়াওরুই। মাগী সার্ভিসকী পুলিসকী মথৌদা পুকচেল শেংনা অমসুং থবায় য়াওনা থবক তৌবগীদমক মনা ফংদবা চহি য়াওথিদে হায়না য়াই। অনিশুবা লাঙ্গাও য়াওরুবগীদমক বার মেডলসু ফংখি ১৯৫৭ ইংদা হেড কন্সটেবল কাহনা পে-হোবিলদারগী ফম ১৯৭৮ ইংগী জুলাই তাং ১ দা ওবা পায়রম্নগা রিতয়ার তৌখি।

শ্রীবীর সিংহ হৌজিকী বাঙ্গলা দেসকী কোমুং ঢাকা, সিলেট নচিংবা য়াওনা ভারতকী অথাং লোংপোক লমশিং থুংনা কোয়রবা মীওইনি। শ্রীসিংহগী মতমদা মমিং লৈরবা ওজা ক্ষেত্রি থোংনেমপা লোয়ননা থবা

থোইবীগী বারী-শিংবুন অমা ইথোক্লবা হোৎনরমী অদুবু মপুঙ ফাবদি ঙমদরি।

হৌজিক শ্রীসিংহগী মশাগী চহি ৭০ শুরে—লোইনমা মশাগী পামজবা নাট্য কলাগী মাইকৈদা থবক অদুমক চৎথজরি।

## শ্রীবাইখোম পার্থ সিংহ

শ্রীবাইখোম পার্থ সিংহ ইংলোক ১৮৯৫ দা শীংজমৈ মখা বাইখোম লৈকাইদা পোকখি। চহী ৭ শুরকপা মতমদা শীংজমৈ মখা ওইনাম থিং-ঙেলদা লৈরি। অপোকপগী মিংনা বাইখোম ইবুংঙোতোন সিংহ ওর্কে শিঙ্গাবেমু কৌই। অহল অসি মৈতৈ নট পালাদা মমিং চৎখি। মহাক্কী খোনৈ খোন্দা শিঙ্গাগুম্না হৌনা খোনৈ খোন্দা মুংশিবা অসিমক্তনা শিঙ্গাবেমু কৌখিবনি। মহারাজ চুরাচাঁদগী মতমদা শঙলেন লাকপা ওইখি—মপুগী অচানবা ওইখি। দোলাই ফৈনা তোংখি। অপোকপীগী মিংনা হৈগ্র জম চমু তম্পাকলৈমা কৌই।

শিক্ষা :—চহি ৬ শুরকপা মতমদা খুঙ্গী ওজাদা থাইনগী কোর্বাকী লাইরিক মতমদুদা তম্বা হৌই, মতম অদুগী লাইরিক্তা ব্যাকরণ, ছন্দ, নিরুক্ত, চাণক্যনচিংব তমই।

পুং তম্বা :—চহি ১০ হায়রকপদা মণিপুরদা মমিং চৎলবা শ্রীমোইরাং-থেম ৺চাওদোনগী মফমদা মৈতৈ পুং তম্বা হৌই। মতুংদা ওজা শ্রীমোইরাং-থেম ৺অঙাহল সিংহ শ্রীগোবিন্দগী পালাহনগী হিদংগী মফমদা অমুক তমই। মথং মথং অমুম্না মৈতৈ পুংগী ওজা কয়াদা মণিপুরগী মফম খুদিংদা চৎতুনা পুং তমজখি। ওজা কয়াদা থম্বা মতুংদা শ্রীসনসম তোনচৌ সিংহ শ্রীবৃনামচন্দ্রগী পালাগী পুং হৌরবদা চৎর্জনা শ্রীশ্রীবৃনামচন্দ্রগী পুংগী খোগল ফংবা হৌখি।

মনা-মথৌ :—অমুম্না মণিপুরগী বাদ্য জগৎতা মমিং লৈথক্লবা নহা অসিবু রাজা ভুবন সিংনা (ময়াংবুংহম্না) শ্রীশ্রীবনামচন্দ্রগী পুংযৈবা হিদংগী কম বিনদোকখি। বৃনামচন্দ্রগী থোগল তোনা লৌনা ওজা অসিবু মহারাজ

বোধচন্দ্রনা খুল্লি, তাল, খামেনচৎপা, লমখাং-খুলক অমত্তা পিখিবগা লোয়-ননা গারোৎ পালাগী হিদং ফম থিন্দোকখি।

শ্রীসিংহ অত্তুক হাক্লা চাওদে, অত্তুক হাক্লবু পিক্লে, পুন্নৈ কুচুনি। পুং থাংবদা পকচবা, চোলোমগী অঙ্গিক অভিনয়দা মশা কোয় তালদা নেৎতুনা য়ৈবা ময়য়া ইকুই কুইদনা নহারোলশিংগী মপুংদা মৈতৈপুংদা মমিং চৎলক্লে। অমুয়া হরি মন্দির খুদিংদা বাসক রস কয়া ফাংনবদা শ্রীসিংহ থৌগল ফংজে। ভাবকশিংনা শেন্নে।

মুমপানবা :—বাইখোম পার্থ সিংহ পুংয়ৈবা হায়না মমিং চৎলে। মশাগী চহি তরাতরেৎতা লৈশাংথেম চন্দ্র ইবেত্তোনগা লুহোংদুনা মচানুপী কেবী কৌবা অমা পোকখি। হায়রিবা নুপী অসি লৈখিদ্রবা মতুংদা মশাগী চহি ৪৬ শুরকপদা নামত্রম নিংঙোল অমুবী অমুক লুহোংদুনা মচানুপা রনবীর সিংহ পোকই।

ফম হাপ্পা :-অমুয়া মণিপুরগী বাদ্য জগৎতা মমিং লৈথৎলক্লবা নগা অসিবু—শ্রীশ্রীগোবিন্দগী নাম পালাগী হিদং ওইনা ফম থিন্দোকখি। অমুয়া মণিপুর নট সঙ্কীর্তনগী পুংলোনগী শক্লোন কয়া পুথোকখি। মতুংদি মখাগী অসিনি—চারিতাল মেল রূপোক কাত্রা, নব চারিতাল, জলধিমান অসিন-চিংবনি। মতুংদা শ্রীওজাগী গুণবু শিংথানবা ওইনা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা ইংশোক ১৯৭২ দা "বাদ্য বিশারদ" হায়বা মিংথোল অসিগা লোয়নননা মনা মথ্তুম কয়া কৎখি। ওজাগী মিংচৎ অসি মণিপুরদদা নত্তে, মৈতৈনা হেক তাবা মফম হায়বদি কাছাড়, শিলেট, ত্রিপুরা, অপর আসাম ফাওবনি। মমৈদা মণিপুর সংস্কৃতি কলাবু লুনা তৌজবী বোম্বেগী কুমারী সবিতা মেহতানা ওজাগী মফমদা চংজরকখি, বাদ্য চোলোয়চিংবা তমজখি। মসিদনা পেনদ্রহুনা ওজাবু বোম্বেদা মশাগী মযুমদা থা তরুক চুপ্পা সেবা তৌজখুনা মৈতৈ পুংগী অকুবা পুংলোন কয়াবু তমজখি। মতুংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ইংশোক ১৯৭৬ তা ওজাদা ফেলো হায়বা সনমান ওইরবা উপাধিগা লোয়নননা শেল ওইনা রুপা ১০০০/- গা ফিরোই-কিণ্ডামগা লোয়নননা কৎখি। শ্রীসিংহ হৌজিক মশাগী চহি ৮৪ হায়রক্লে। অমুয়া মছুরবা হকচাং ওইহুনমু হরিসঙ্কীর্তনদা পুং থৌগল তৌবদি মরেপচদ্রি। শ্রীশ্রীগোবিন্দগী পালাহনগী পুংগী [illegible] থৌগল

ফংলি। ওসিগী মণিপুরগী মৃদঙ্গগী ভগৎতা ওজা পার্থ মণি চংকবা মতোমতা ভাইশিল্লকবা মৈতৈ পুং মৈবা ওজানি।

## শ্রীকোঙ্খৌজম কুল্লবিধু সিংহ

শ্রীকোঙ্খৌজম কুল্লবিধু সিংহ ইংশোক ১৮৩৮ গী শকির থাগী নৈপাক-পোকপা মুমিল্ল উরিপোক নাওরেমথোংদা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺কুবের সিংহ অপোকপীগী মিংনা সখী দেবী কৌই।

শিক্ষা :—উরিপোক এল: পি: স্কুল তম্বা লোয়রগা, থাংমৈবন্দ এম: ই: স্কুলদা ক্লাস ফোর ফাওন তম্লগ জোনষ্টোন হায়স্কুলদ অমুক তমই। শোক ১৯৬১ দা মেট্রিক পাস তৌই। মথংদা ইম্ফাল কলেজদা বি: এ:গী অরোইবা ক্লাওবা তম্লগা, অরোইবগী পরিক্ষাদা পাস তৌরক্তবদগী মথা লাইরিক তম-খিদ্রে। ক্লাস ফোরদা টেক্সবুক ওইনা তম্বা শৈদম শৈরেং হায়ন কৌবা হিজম ইরাবত সিংহনা লেংবা শৈরেং লাইরিক অচ পারুবদগী কবিতাগী মহাও থওবা ওমখি। মথংদা কবি কমল, চাওবগী মথংশিংনা মাধবী থাই-নগী লেরাং পারুবদগী শ্রীসিংহগী মফমদা কলম পারনিংবগী রাখল য়াম্না ওম্না পোল্লকখি

লাইরিক ইবা :—ক্লাস আইট তম্বা মতমদা নারা শৈরেং হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক মচা অমা ইরে। লাইরিক অসিমক নিওলি-টরেসিগী বুক লিষ্টতা য়াওহনা গভর্ণমেণ্টকী প্রাইজ ফংখি। শৈরেং অসদা য়াওবা কবিতা "বসন্তনা হৌগৎলক্লবদা" হায়বা অমুদি ইণ্টর স্কুলগী শৈরেং কমপিটিসন্দা ফার্ষ্ট তাখি। মথংদা "বাসন্তী" হায়না মিংথোনবা নোভেল মচা অমা গভর্ণমেণ্টকী পব্লিকেশন গ্রাণ্ট ফংবগ লোয়ননা বঙ্গ শিক্ষা সমিতি উবিপোকী মতেংনা ফোংদোকখি ১৪ দাদি থবরদা, অচোইবা চেংকোংশিংদা অচোইবা শৈরেং অমা অনি ফোংলম্লগা অইবনা কলম অমুক পারখিদ্রে।

মুম পাজবা :—য়াম্না ওম্না, মুম পানখি অমুবু অওাং কয়ামুক হলোক-লম্লগা, লোয়নবীহ্ ওম্না লাইগী থুম্না ভানখি। হৌজিক্তি অইবনা কলম

পাম্নবগী মহুত্ত অমাং কয়া য়োকপগী খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্নহনা পুন্সি লেপ্লি। মথংদা অইবগী নোভেল মচা অমম্মুং ১৯২০দা ইরগা কোংদনা লৈরি।

ওজা ওইবা: মশাগী থবক্তা নক্সুনা অইবনা লমদম অসুগী নাওরেম-খোং এম: পী: না স্কু: বি: ওইবক্তা হোংনবদা, চহি ৩ লোম হেড-মাষ্টরগী থবক পণ্ডুনা অরাব শাওখি। গভর্ণমেন্টনা ওজা হাপ্পা মতমদদি শ্রীসিংহগী মফম পীবিগিদে মরম অদুনা শেলথোক য়াৎপনা লাইরিক ফোং-দোকপা কয় ওমখিদে। অদুবু মশাগী চহি ৪৩ য়োমত্তা ভাইরিবা অইবনা মতুংগী পুন্সিদা লাইরিক কয়া ফোংদোক্লনা মণিপুর সাহিত্যগী সেবা তৌজরবা য়াবি।

সমাজ সেবা:—শ্রীসিংহ অসি মৈতৈ ময়েক অর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশনগী কার্য্যকারী কমিটিগী মেম্বর ওইরি। লোমনন্না অল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিগী মেম্বর ওইরমী।

---

# শ্রীনিংথৌজম গোপাল সিংহ

শ্রীনিংথৌজম গোপাল সিংহ ১৯০৯ ইংদা পোকই। পোক্লফম লমদম নাওরেমথোং লাইপ্রম লৈকাই ইম্ফালদনি।

শিক্ষা:—উক্লিপোক এল: পি: স্কুলদা তৃতীয় শ্রেনী ফাওবা শিক্ষা ফংখি

অপোকপনা ঈশৈ পান্থগী য়ায়া নোনা ঈশৈ তমহনখি। নাওরোইবম কমল সিংহ অমদি শগোলশেম উধব সিংহ ওজা অনি অসিদা নট সঙ্কীর্তনগী ঈশৈ তমখি। ওজা অসিগী মশাগী চহি ১৪ শুরকপা মতমদা অহল-লমম মথং মথং লৈখিদরে।

সুপী পালা অমদি রাস তম্বা:—শ্রীসোয়োকখাইবম ৺পাকা সিংহ ওজা অসিদ সুপী পালা তম্বাব অমদি অগোয় রাস মথং মথং ওইনা তমখি। মতম শরা তম্বব মতুংদ ওজা অসিনা মরয়াই অগোই তম্বীবগী বার্জাচিংবা

লৌরনা তম্বীবা হৌরকখি। মতাং অসিদা শ্রী হাওবম ৺অতোম্বা সিংহ ওজা অসিনা কলাকার অসিবু কৌবিদুনা ময়াম্বুং ইবুংঙোগীদা নিত্যরাস কংক-লৌরি মহ নংনা থরা পুন্দবা য়াদে হায়না তাকপিবদগী অতাংশিংগী জগোই তম্বীখি। মহুগী মতুংদগীদি লৈবাক্কী শকথংবা জগোই তম্বীবা ওজা অমা ওইখি।

য়ুম পানবা :—চহি ৩৭ গুরকপা মতমদা লাইশ্রম নিংথৌজা ইবেমচল লেবীগা লোয়ননা য়ুমানবদা খোংদামিন্নখি। মচানুপী ১ নুপা ১ পোকই।

মৈতৈলোনগী জগোই :—অনিগুবা জাপানগী লান মতুংদা ওজা অসিনা মৈতৈলোন্দা জগোই রাস তম্বীবা হৌখি।

ওজা গুরুশিং :—ওজা অসিনা মখাদা ইরিবা ওজাশিং অসিগী মকমদা তমজখি :—সোরোকখাইবম ৺পাকা সিংহ, হাওবম ৺অতোম্বা সিংহ, মাইস্নাম ৺অমুবী সিংহ অসিনচিংবনি।

শিনফম :—কলাকার অসিনা নট সঙ্কীর্ত্তণ শক্তুনা অমদি জগোই রাস তম্বীদুনা সমাজগী সেবা তৌরি। হৌজিক গুরু অতোম্বা ডান্স এণ্ড ম্যুজিক ইনষ্টিটিউট উরিপোক্কী ওজা মকোক ওইনা অতাংশিং তম্বীরি। নৌনা লিংথংলক্লিবা সংস্থান অসিনা সো উৎপা হৌরে। লোয়ননা মথল মথেলগী ওইবা জগোই কয়া তম্বীরি। ওজা অসিগী হৌজিক হকচাং ফরি।

## শ্রীশরাংথেম মৈতৈ তোম্বা সিংহ

শ্রীশরাংথেম তোম্বা সিংহ, ইংলোক ১৯০৬ ডিসেম্বর থাদা পোকই। অপোকপগী মিংনা চাওবা সিংহ অমসুং অপোকপীনা থম্বাল লেবী কোই। পোক্নফম লমদম ব্রহ্মপুরদনি।

শিক্ষা :—লাইময়ুম দাশজী শর্ম্মা সাং ব্রহ্মপুর থাঙবাং মপান্দা লৈবা ওজা অসিদা বোরিদুনা লাইরিক তম্বা হৌখি। স্কুলদা তৃতীয়া শ্রেনী ফাওবা তমখি। লাইময়ুম লোকনাথ শর্ম্মদা মুগ্ধবোধ অমদি সসরস্বত ব্যাকরণ তমখি।

বাদ্যশিক্ষা :—য়াম্না নৌনা অরিবম গোপাল শর্ম্মদা বোরিদুনা মৈতৈ পুং তম্বা হৌখি। ওজা অসিগী মফমদা উচানথাবম তোম্বা শর্ম্ম অমদি

॰ রাংথেম তোম্বা সিংহ মখোয় অনিনা পুং তম্বা মতমদা ওজা অসিনা তোম্বা হায়না কৌরকপদা মখোয় অনিমক খুমখি—ওজানা কয়ম্বা তোম্ববু কৌবি-হ না হ য়বতু ওজা ১দি সেবক অনিমক থংখিদে। ওজা অসিনা খুদোংথিবা ॰ সি কোক্লবাঃহায়তুনা ওজাগী সেবক তোম্বা শর্ম্মবু বামোন তোম্বা অতুগা তোম্বা সিংহবু মৈতৈ তোম্বা হায়না কৌখি। মতুদগী হৌজিক ফাওবদা ওজা অসিবু মীয়াম্না মৈতৈ তোম্বা হায়না খংনখি।

মথংদা শ্রীবাচস্পতি ময়ুম তবোব শর্ম্মগী মকমদগী তানচপ, শ্রীঅরিবম অকোয় শর্ম্মদগী পুংগী চোলোম কয়ামরুম, সর্ব্বশ্রীচন্দ্রর, অরিবম তোলচৌ শর্ম্মা, রাজকুমার হিগোকম্না, রাজকুমার তোম্বু ম্না, হাওবোম শমদেন সিংহ, লৈশাংথেম তেনবা সিংহ, হাওবম সুবেদার মেঙ্গর, ম্নাখ্যা পঙ্গাবী, নিঙোম্বম লৈরেঙ্গাও সিংহ অসিনচিংবা ওজাশিংগী মকমদগী মথল মথা কয়াগী পুং-লোন, চোলোম বারী-বাথোং তমখি।

কম :—মহারাজ বোধচন্দ্রগী ম্না হাক্তক্তা চাওরাক্লা ইং ১৯৪৪ দা ম্না পালাগী হঞ্জবা কম ওইখি। হৌজিক ফাওবদা গোবিন্দগী থৌগল তত্তনা তৌরি।

মুমপানবা :—ওজাগী মথাগী চহি ৩১ রোম শুরকপা মতমদা নোং-খোম্বম নিংঙোল মোমোন দেবীগা লোয়ননা মুমপানবা হৌখি। ওজাগী মচানুপী অমা লৈ। মচানুপী অসিমু কলাবিদ্যা খোংদারি।

লমচৎপা :—বোম্বেগী নয়না ঝবেরী মচিন-মনাওশিংগী পুংগী ওজা ওইতুনা মতম কুইনা বোম্বেদা লৈরুরে। শান্তিনিকেতনচিংবদা শো উৎপা চৎলুরে। কাছারনচিংবা মকমশিংদা পুং তম্বীবা ওজা ওইনা চৎলুরে।

থবক তৌবা :—১৯৫৮ দা শ্রীগোবিন্দ নর্ত্তনালয়গী পুংগী ওইনা থবক তৌবা হৌখি। ১৯৬৫ ইংদা নর্ত্তনালয়গী প্রিন্সিপাল কাখি।

ওজাগী হৈশিংবা মতৌবু উবিতুনা ১৯৭৩ ইংদা মণিপুরী সাহিত্য পরি-ষদনা ইকায়খুম্নবা উত্তনা "বাদ্য-বিশারদ" হায়বা উপাধি অসি পিখি।

সেবকশিং :—খোকচোম কুঞ্জবিধু সিংহ মুয়াম লৈকাই, শরাইকম থানিল সিংহ ককচিং, কাকলৈ সিংহ বামোন কম্পু, অপাবী সিংহ বামোন কম্পু,. নিংথেমজাও সিংহ [illegible] সিংহ [illegible], [illegible]

সিংহ খোংমন, নীলচাদ সিংহ খোংমন, ওক্রম হাজারী সিংহ বাংথৈ অসিন-চিংবা ওজাগী সেবকশিংনি।

গাইড :—ওজা অসিগী লমজিং মথাদা, মথাদা ইবিবা সেংকশিং অসিগী মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী ফেলোশিপ ১দি স্কোলারশিপকী গাইড ওজা ওইখি।

ফেলোশিপ :—নিঙোম্বম ইবোবী সিংহ, পুখ্রম্বম নাতেক সিংহ।

স্কোলারশিপ :—কুলচন্দ্র সিংহ।

ওজাগী হকচাং ফবা নৈরি। ওজা অসি মণিপুরগী অফাওবা কলা-শিংগী মরুংদা অমনি।

## শ্রীঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ

শ্রীঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ ইংশোক ১৮৪২ বাকচিং থাগী ১৫নি পানবা নোংমাইজিং হুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺চাওবী সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা নৈমহল দেবী কৌই। পোক্লকম লমদম ঙারিয়াম্বমদনি। মচিন-মনাও ৩ পোকই, নিংঙোল অনিনি, পিবা অমনি।

শিক্ষা :—চহি ৮ লোম ওয়কপা মতমদা মপা পোকপা মবুবোক্না লাইরিক তম্বা হৌখি। মতৈথংদা স্কুল কাখি। ইয়োয় হায়স্কুল (তোম্বীয়া হায়স্কুল) দা ক্লাস সিক্স কাওবা তমখি।

কলাবিদ্যা তম্বা :—মাইস্নাম গুরু ৺অমুবী সিংহনা তম্বীদুনা নৌনা কৃষ্ণ শাখি। গুরু অসিনা মথং মথং ওইনা বসন্তরাসতা ২রক মহারাস্ত অমুথক তম্বীদুনা কৃষ্ণ শাখি। মথংদা সুপামচা পালা, গৌরলীলা, ঝুলোন সুপামচা পালা বাওখি।

শোক ১৯০৪ গী অহুবাইদা মহারাজ চূড়াচাঁদগী রাসলীলা বিজয়া গারোত্তা সুবিদার ওইনা থবক তৌবা হৌখি। চহি ২৯ ওয়কপা মতমদা লুপ্ত পানখি। মচানুপী ৫ মুপা ৬ পোকই।

রিসার্চ তৌবা থৌবা :—পণ্ডিত অসিনা মথাদা ইবিবা ওজাশিং অসিগী মকমদা চংজদুনা খিজিম হমজিনবগী থবক তৌবা হৌখি।

১। অঙোম সমত্র পণ্ডিত কৌক্রক, ২। চোরোনিপা, খা চাইরেল, ৩। খরাইবম দেব সিংহ, থোংজাও ৪। খুরাইজাম্বা রুপচন্দ্র, ৱাইখোং ৫। ঙাংবম রোমোন সিংহ, খুরুখুল সেবক লৈকাই ৬। সোরোকখাইবম তোমচৌ সিংহ, চিরাং বস্তি ৭। ঙাইরাংবম ওজা (নোবিনবু পোকপা) ৮। মাইব্রম লৈমচাওবী, মোইরাং থাত্রাকপা ৯। শোরাইশম ৺ধন সিংহ অসিনচিংবনি।

গাইড গুরু :—ৱাংখেম ৺চাওবী সিংহ পণ্ডিত য়াইমা (ময়াংলাংজিং), থোঙাম ৺মাধব সিংহ পণ্ডিত অচৌবা ইনচার্জ (ভাওবুংখোক), নাহৈ-রাকপম দীনচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা ইনচার্জ (হাওবম মরক), নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ পণ্ডিত অচৌবা (ককচিং), মোইরাংথেম ৺চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা (থোংমন) অসিনচিংবনি।

লোইশঙ্ কাবা :— ১৯৫৫ দা মাইবা ওইনা পণ্ডিত লোইশঙ্ দা কাবা হৌথি। মতম খরা লৈরগা মথং মথং ওইনা—হিদং হঙবা, মেরামেন তোংবা কুমদা লাইফম পানাগী পণ্ডিত ফম কাখি। মথংদা পণ্ডিত অচৌবা, পণ্ডিত য়াইমা ১৯৭০ দা কাখি।

সমাজ সেবা :—ময়াংলাংজিং বস্তিদা মতম খরা এল, পি, গী স্কুল সিংথকুনা ওজা অমা ওইনা সমাজ সেবা তৌথি। ১৯৬০ দগী মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এং রিসার্চ এসোসিয়েশনগী ফাউণ্ডর মেম্বর অমা ওইথি। ১৯৭২ ইংদা ওল মণিপুর উমংলাই হরাওবা কমিটিগী ভাইস প্রেসি-ডেণ্ট ওইখি। অতৈ সংস্থান কয়ামরুমগী মেম্বর ওইরি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী অহানবা চহি ৩ গী জেনরেল কাউন্সিলগী মেম্বর ওইরম্মী।

লাইরিক ফোংবা :—অপোকপা থৌনিরোল, ফৌওইবী খুরুম্বা, কোং-লাই খুরুম্বা, মৈতৈ গুবিকা, মৈতৈ লাই হরাওব, লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল, লাঙ্গোল শৈথা, নিংথৌ চহী, লৈমরেল নাওয়োম অসিনচিংবনি।

উপাধি :—ডি মণিপুর এষ্ট্রোলোজিকেল এণ্ড এষ্ট্রোনোমিকেল সোসাই-টিনা পণ্ডিতকী থিজিনবা কনবা অমদি মৈতৈ কইমদা হৈশিংবা মতৌবু উবি-হুনা ১৯৬৫ ইংদা "গবেষনা ভুষণ" হায়বা উপাধি পীহুনা ইকায় খুম্নখি।

ফেলোশিপকী গাইড গুরু :—১৯৭৩ ইংদা ফেলোশিপ ফংবা রাজ-কুমার য়াজাওবা সিংহগী গাইড গুরু (লাইহরাওবা) ওইখি। ১৯৭৩ ইংগী

শ্রীমতি মেমচা দেবীগী লাইহরাওবদা গাইড গুরু ওইরি। পণ্ডিত অসি মৈতৈগী অরিবা সাহিত্যদা হৈ-শিংবা অমদি খোইদোক-হেন্দোক্লা মখিং লৈরবা মীওই অমনি। হিরমসিদা মথল মথা কয়াগী ওইবা লাইরিক ফোং-দোক্লকখিগনি হায়না আশা তৌনরি।

## গুরুময়ুম ইবুংঙো তোন শর্ম্মা

শ্রীগুরুময়ুম ইবুংঙোতোন শর্ম্মা ইংশোক ১৯০৯ কৃষ্ণা ত্রয়োদশী ইরাই হুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা য়াজাওবা শর্ম্মা অমসুং অপোকপীগী মিংনা য়াতোম্বী দেবী কৌই। পোক্লকম লমদম য়াংথৈ লৌরেম্বম লৈকাই ইম্ফালদনি। অহল লমন নৌনা কায়নথি। মচিন-মনাও নুপা ৬, নুপী ১নি। শর্ম্মনা অতোনবনি।

শিক্ষা—চহি ৫ শুরকপা মতমদা বিত্তা তম্বা হৌথি। চহি ৭ শুরকপা মতমদা য়াহেংবম মেয়া কোবা ওজা অহুগী মফমদা পুং তম্বা হৌথি। পুং তম্বা তম্বা নুপামচা পালাগী খুবাক ঈশৈ য়াওবা হৌথি। নোংমাইথেম ওজানা ঈশৈ তৌহনসি হায়দুনা ঈশৈ তম্বা তৌথি। থবা লৈরগা পুং তম্বা তোকখে। নিত্যাইনন্দ ৭লক শাখি। লোয়ননা চহি ৪ রোম শনশেনবা লীলা য়াওখি।

নর্ত্তরাস :—শর্ম্মনা নর্ত্তরাসকী কৃষ্ণ শাখি। মতম অমুদা নর্ত্তরাস লৈরমদে। চূড়াচাঁদ মহারাজনা মমাংথৈদা ইবুধৌশিংগী য়া হাপত্তা নর্ত্ত-রাসগী চহি ৯ শুরকপা মতমদা জগোই লৈরমই হায়খি। অদুনা ঐগী ইহাকথক্তা নর্ত্তরাস কংকনি হায়দুনা শর্ম্মবু কৃষ্ণ শাইনখি। থৌয়ানী মচা ইবেম্মা তোম্বী য়াইমনা শাখি লোয়ননা মচা ইবেম্মা তম্ফাগানা মকোক চিংখি। মতাং অসিদা জগোই লোইশঙদা শিন্দম কংখি। শ্রীগোবিন্দগী য়ুলোন অমদি দুর্গাপূজাদা জগোইগী থৌগল ফংখি।

শর্ম্মগী চহি ১১ শুরকপা মতমদা কলিকাতা সহরদা বিলাতকী যুবরাজ থোরকপদা দেশ ১২ গী কুমৈ উথখি। চূড়াচাঁদ মহারাজনা লুচিংদুনা

রুলিসভাদা চত্নুনা জগোই উৎখি। কৃষ্ণা শর্মজীনা শাখি। মহুৎশী হৌনা মণিপুরগী জগোই অসি মীরৈবাক্তা শকথংবা হৌখি।

ঈশৈ ফাংনবা :—অঙাং ওইনা মুপা পালাগী কোয়েৎ অচৌবা হংলুনা ঈশৈ ফাংনবা য়াওখি। শর্মজীবু নোংমাইথেম ওজানা চানবিদুনা কোইপুপুবিদুনা ওজাগী ঈশৈ খৌগল ফংখি। ওজা অসিনা মথল মথা কয়াগী ঈশৈ তম্বীখি। মমৈথংদা বাসকী ঈশৈ ফাংনবা য়াওখি।

লীলা অমদি ঈশৈগী ওজা :—মুপী পালাগী ঈশৈ তম্বীবা হৌখি। লোয়নবা গৌরলীলায় তম্বীখি।

কলাবিদ্যা তম্বা :- শর্মজীনা মতম দা ইরবা গুরুশিং অসিগী মফমদগী পুং ঈশৈ জগোইনচিংবা শিন্দম ফংখি :—নোংমাইথেম ওজা তোলেন, আজ্ঞা রেবতী, নাম্বম ওজা খোংলেন, য়াংবম ওজা মেরা ( পুং ), মাইবম য়মন ( শামুরাইলাৎপম খোংলেন শর্মা, আজ্ঞা তোম্বমু ( জগোই ), মাইস্নাম অমুবী ( জগোই ) ওজা ঝুলোন মচা অসিনচিংবা।

ঈশৈ :—শ্রীযুক্ত নোংমাইথেম ওজা, নাকম্বম ওজা, শামুরাইলাৎপম নিংথেম, সনাখ্যা মাইপাকসনা ( য়াইস্কুল ) অসিনচিংব।

চোলোম :—লাইশ্রম ওজা তোলেন্দ্রাও, আজ্ঞা অধিকারীময়ুম ঈশৈহনবা অসিনচিংবা।

মনা-মথৌ :—য়াংথৈ গৌলিগী চহি ৫০ শুবদা রত্ন জরম্তি কৎপা য়াওখি। কীর্তনগী ঈশৈ শর্মজীনা শকখি। মহারাজ গুবেন্দ্রজিৎনা খামেনচৎপা, সনাখুজি তালনচিংবা মনা-মথৌ পীবিখি। মথংদা গোবিন্দগী লাইসেলুংবা হায়খি। মনা ওইনা রেসম ফুরিৎ শাইজোনবা, লমখাং খুৎবা পীবিখি।

ঈশৈ শকপা :- অহানবদা মতম থরা গোবিন্দগী পালা অহলগী ঈশৈহনবা অরোনবা ওইনা লৈখি। তাং ২।২।১৯৭০ দা পালা নহাগী ঈশৈ হনবা হাপখি। হৌজিক পালা অহলগী ঈশৈ হনবা অরোনবা ওইরি।

শর্মজী অসি ঈশৈ হৈবদা নত্তনা বাদ্য কলাদসু ( উগুমদসু ) শিংখানবা য়ানা হৈবা মীশক অমনি। হৌজিক ঈশৈ শক্তুনা সমাজ সেবা তৌরি।

গাইড গুরু :—শৌগ্রাকপম চানবী সিংহ, ইরুংবম ইবোতোম্বী সিংহ মখোয় অনিগী হেয়োশিপকী গাইড গুরু ওইখি।

গোবিন্দগী মাওবত্ত :— তাং ১৯ । ৮ । ৭৭ তগী অাং ৫ । ৯ । ৭৭ ইং ফাওবা ( মুমিং ৮ নি ) রস ৬৪ কৎখি । ৬৪ রস সঙ্গীত সভানা শিন্দুনা কৎখিবনি । কমিটি অসিগী প্রেসিডেন্ট শর্ম্মজীনা ওইখি ।

নেসনেল এৱাৰ্ড :—সঙ্গীত নাটক একাডেমীনা মতিক চারব কলাকার ১নি হায়না খন্দুনা নেসনেল এৱাৰ্ড পীরগনি হায়না শর্ম্মজীদা খংহল্লে ।

## শ্রীচন্দ্রশেখর সিংহ

( অইবা—কে, কুলবিধু সিংহ )

শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ ১৯৩০ ইংদা পোকই । অপোকপগী মিংনা ৺মঙ্গী সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা পদ্মমুখী দেবী কৌই । পোক্কফম লমদম উরিপোক নাওরেম খাং খুলেম লৈকাইদনি । হৌজিক লাইশ্রম লৈকাইদা লৈরে । শ্রীসিংহ মচন্থা মঙাইরে । মশাদা মনাওমচা ১ মচনুপী অমা লৈখিরে । মপুবোক অলেন লৈবেন ( লেবোন ) সিংহ লাইফম লাকপা ওইরম্মী । মপা পোকপা মপুবোকতা কোমুং কারম্মী, অরিবা পালাদা বাওরমই । শাগৈগী মপুবোকশিংমু কৈকুংবা ওইরম্মী ।

শিক্ষা :—মেত্রিক অমদি হিন্দী অৱাংবা থাক্কী ওইবা পরীক্ষাশিং পাস তৌখি । পাঞ্জত, শিক্ষণ কলা প্রবীন, শিক্ষণ পারঙ্গত, সাহিত্যশিরোমণি পাস তৌখি । লোয়ননা জ্যোতিষ রত্নকর ( শাস্ত্রী ) পাস তৌখি ।

শিনফম :—ডিষ্ট্রিক্ট এণ্ড সেসন জজ কোর্টকী পিটিশন রাইটর ওইরম্মী । শিনফম অসি পামদতনা ১৯৫৭ তা রিজাইন তৌখি । হৌজিক চাওরাইমা হাইয়ার সেকেণ্ডরী স্কুল থৌবালগী সিনীয়র হিন্দী টিচর ওইরি ।

হিন্দী সেবা :—রাষ্ট্রভাষা হিন্দী প্রচার তৌদুনা রাষ্ট্র সেবা তৌখি । অসম রাষ্ট্রভাষা প্রচার সমিতি গৌহাটি, মণিপুর হিন্দী পরিষদকী প্রমাণিত প্রচারক ওইরি । মতম খরা বোম্বে হিন্দী বিদ্যাপীঠকী প্রান্তীয় সঞ্চালক ওইরম্মী । হিন্দী বিদ্যাপীঠ দেবঘরগী প্রচার তৌরম্মী । হিন্দী ওজা অমা ওইনা মথাদা ইরিবা লমদমশিং অসিদা প্রচার তৌখি । লমশাং, শঙাইপ্রৌ,

শরাং, উরিপোক, কৈশামপাং, সিলোং, তোপ ইরিন-মপাল থুরাই থুম্রাকপম ।

রাজনীতি :— ১৯৫ ইংদগী কংগ্রেসকী শিকি মেম্বর ১ ওইনা মিং চনখি। চহি ২রক একটিভ মেম্বর ওইখি। মমৈথৎদা রাজনীতি পামদুনা তোকখি. সমাজ সেবা তৌবদা পুন্সি কখোকখি।

সমাজ সেবা : মণিপুর শুদ্ধি সঙ্গঠন শিক্ষা সম্মেলন ( রেঃ নং ৪ ) গী সাহায়ক সচিব, সাহিত্য সচিব. উপাধ্যক্ষ, অধ্যক্ষ মথং মথং ওইখি। ১৯৬১ ইংদগী রিতাই তৌখি। হৌজিক সংস্থান অসিগা মরী লৈনদ্রে। ১৯৬১/৬২ ইংদা শ্রীমানী সঙ্গীত মণ্ডল কমিটিগী বাইলো শ্রীসিংহনা খুনা ইদুনা রেজিঃ তৌখি। এসিষ্টেন্ট সেক্রেটারী ওইখি। হৌজিক সংস্থান অসিদা য়াওদ্রে।

ইং ১৯৬০ দগী মৈতৈ মরেক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশন মণিপুর লিংথৎখি। জেনরেল সেক্রেটরী ওইনা চহি ১৯ চুপ্পা সমাজ চহি ১৯ চুপ্পা সমাজ সেবা তৌরক্লি ডি মণিপুর এষ্ট্রোলোজিকেল সোসাইটি রেজিঃ নং ৮৮ গী চহি ৬ ( ১৯৬৬-১৯৭২ ) সেক্রেটরী ওইরম্মী। হৌজিক সংস্থান অসিগা মরী লৈনদ্রে। নারী কল্যান কমিটি থাংমৈবন্দগী সেক্রেটরী চহি ৭/৮ লোম ওইরম্মী। হৌজিক কমিটি অসিদা য়াওদ্রে।

১৯৭০ ইংদগী য়াকোজুং পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিত ওইখি। ১৯৭২ ইংদা ওল মণিপুর উমংলাই হরাওবা কমিটিগী সেক্রেটরী ওইখি। ১৯৭৫ ইংদা ফাইনান্স সেক্রেটরী ওইখি।

কলাকার সম্মেলন অমসুং মাইচৌ ডেগী ফাউণ্ডর :—শ্রীসিংহ অসি অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনগী ফাউণ্ডর অমনি। কলাকার সম্মেলন ( কনভেনর অমা ওইনা থৌ পুদুনা ) ৬লক পাংথোকখ্রে। মতিক চারবা কলাকারশিংবু মতিকচাবা উপাধি পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রে। লোয়নবা মাই-চৌশিংগী নিংশিং হুমিং ( কনভেনর ওইনা ) ৪রক পাংথোকখ্রে।

১৯৭৫ ইংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী লাই হারাওবা ফেষ্টিভেল সব কমিটিগী মীহুৎ অমা ওইখি। ১৯৭৮ ইংগী নোংপোক নিংথৌ পাহোইবী লাইহরাওবা ফেষ্টিভেল ( সব কমিটি ) গী মীহুৎ অমা ওইখি। ১৯৭৮ ইংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী সেক্রেটরীনা অরিবা রেকোর্ড থোমজিনবদা

তেংবাংবিনবা হায়জরকপদগী শ্রীসিংহনা স্ক্রিরিবামনচিং'ব' চত্তনা থবক অসি পাংথোকখি। লাই হরাওবা অমদি পেনা সেমিনার কয়াদা ডেলিগেট ওইখি। ১৯৭৮ ইংদা একাডেমীনা পণ্ডিত তোমচৌ সিংহগী ( মইংরোল/ পেনা ঈশৈ ) রেকোর্ড লৌবদা তেংবাংখি।

অকোংবা লাইরিকশিং :—ফিদম শৈরেং, মণিপুরী কলাকার ১নবা শরুক, ২শুবা শরুক, ৩শুবা শরুক. লোয়রম্বা শিনয়েন নম্রি।

চেক্লোংশিংগী সম্পাদক :- বিশ্ববানীগী সাহায়ক সম্পাদক ওইরম্মী। মৈতৈ লৈমগী সম্পাদক ওইরি। ভোলুম ১দগী ১১ ফাওবা ফোংলে উমং লাইখুন্দাগী সম্পাদক ওইরি। ১নবা ভোলুম ফোংখ্রে। ২শুবা ভো'লুম নম্রি।

ফোংত্রিবা লাইরিকশিং :— একাঙ্কী সাহিত্য. জ্যোতিষ প্রদীপ, ডিক্সনরী ওফ এনসাইক্লো পেডিয়া, ফিদম বারেং, মৈতৈ পাওরৌ।

লমকোয়বা :—১৯৫৬ ইংদা অপর আসাম হোজাই লঙ্ক নাওগোং নচিংবা কোয়রুরে। ১৯৭০ ইংদা জিরি, কাছারনচিংবা মৈতৈ ত'বা লমদা কোয়রুরে। ১৯৭০ ইংদা শ্রীসিংহ হিন্দী টিচরস ট্রেনিং ইনষ্টিটিউট ইনষ্ট্রক্টর ওইরিভৈদা গাইড অমা ওইনা থা ১গা সুমিৎ ৬নি ভারতকী য়েংবা য়াবা সহরশিং—গৌহাটি, বিহার, কাশী, এলাহাবাদ, আগ্রা, লক্ষ্ণৌ, জগন্নাথ ক্ষেত্র, মথুরা বৃন্দাবন, দিল্লী, বোম্বে, বার্দা নচিংবা চৎনুরে। দিল্লী, তল ও আগ্রা ৬লক, বৃন্দাবন ৩লক কোয়রুরে।

কহানী/কবিতা ট্রেনিং :—শিক্ষা অমসুং সমাজ কল্যান মন্ত্রালয়, ভারত সরকারনা শিল্লাংবা হিন্দীনা মমা মরোল নত্তবা লাইরিক ইবশিংগী ট্রেনিং অমা ১৯৭৩ ইংদা বিশ্ব-ভারতী শান্তিনিকেতন্দা পাংথোকখি। মহুদা শ্রীসিংহবু খনবিরক্লুনা কহানী ( বারী ) ইবগী ট্রেনিং তৌখি। অমুক্কা হন্না ১৯৭৬ ইংদা ভারত সরকারনা গুরুনাণক দেব ইউনিভর্সিটি, রিজনেল কলেজ জালন্ধর (পঞ্জাব) তা পাংথোকখিবা কবিতা ইবগী ট্রেনিংদা শ্রীসিংহবু খল্লকখি, লোয়ননা কবিতা ইবা তমখি। শ্রীসিংহগী নোম্বা কনবা অমদি মৈতৈ লৈমগী সমপাদক অমা ওইনা ভারতক সরকারনা শকথংবা হৌখি।

N. B. শ্রীসিংহগী পুন্সিবারী মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী ডি- রেক্টোরীগী ইডিটরনা পীরকউ হায়না হন্না হন্না হি- ইরকখি। ঐগা

উরহৌনা করিগী পুন্সি বারী পীত্রিবনে। হংবদা মহুদা থোইনা পান-শিন্দবা উংখি

---

১৯৭৯ ইংদা অমুক হন্না দক্ষিণ ভারত হিন্দী প্রচার সভা হায়দ্রাবাদতা ভারত সরকারনা শিন্নাংবা সেমিনার য়াওখি। মহুদা একাঙ্কী নাটক ইবা তমখি। ১৯৭৯ ইং নবেম্বর তাং ১৯ দা শ্রীসিংহবু শিক্ষা তথা সমাজ কল্যান মন্ত্রালয় সংস্কৃতি বিভাগ ভারত সরকারনা নেশনেল ফেলোশিপ পীখি। শ্রীসিংহ অসি নাই হয়াউবদা রিসার্চ তৌরি।

————

# শ্রীনিংথৌজম য়াইমা ( হরিদাস ) সিংহ

শ্রীনিংথৌজম য়াইমা ( হরিদাস ) সিংহ বারী লীবা ওজা অসি চীংঙাংমথা নাহৈরাকপম লৈকাই বর্ত্তমান য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাইদা লৈবসি শকাব্দ ১৮৩৩ কাইরেন থাগী পূর্ণিমা মতুং নোংমা কোনবা ( ১৬ নি পানবা ) থাংজা হুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিং সাজো সিংহ কৌই। অপোকপীগী মিংনা মাইমু দেবীনি। শ্রীয়াইমা সিংহ ওজা অসি অঙাং ওইরিঙৈদা শ্রীব্রজবাসিময়ুম ৮চন্দ্রকেশো শর্ম্মাগী মফমদা চঙজরগা মৈতৈ লাইরিক বাঙ্গালী পাদায় অসি তমজরকথি। মতম থরা লৈরগা লাইরিক থীবা হায়বগী থৌরমদা চঙশিঞ্জহুনা লৈকোক লৈকাইগী নাম তাবগী থবক থৌরমদা অহানবা থোঙাজরকথি। চাওরাক্না চহি ৩০ রোম ওরক্লবা মতমদা এল ইশ্রম ওজা বারী লীবা গোকুল সিংহ মোংমৈবুং অয়াঙপল্লিদা লৈবগী মফমদা চঙজল্লনা বারী লীবা তমজরকথি অমুন্না ওঝাশিংগী মখোঙ পাংদুনা চঙজরকপনা হৌজিক ফাওবা মৈতৈ লৈবাক্তী খুন লৈকাই খুদিংদা বারী লীবগী থোগল তৌজরক্লি। শোক ১৯৬৬ তা পৌরানিক পরিষদ কৌবা বারী লীবশিংগী সোসাইটি অমা মণিপুর সরকারদা রেজিষ্টার তৌরদুনা সরকারনা শকখঙলবা সোসাইটি ওইরকথি। অসুম্না সোসাইটিগী মেম্বর অমা ওইনা য়াওরকপনা মখোই শোক অসিংগী হৌনা হৌজিক ফাওবা সেক্রেটরী ওইনা থবক পুজরি।

————

# শ্রীশরোংথাইবম তোম্বা সিংহ

শ্রীশরোংথাইবম তোম্বা সিংহ চাইরেন মম্নাই লৈকাইদা শক ১৮৪২ হৎদা পোক্কই। অপোকপা চিংলেন সিংহ অপোকপী মাহনবী দেবী কৌই।

শিক্ষা :— তোম্বা সিংহ অঙাং ওইরিঙৈদগী স্কুল তমখি। সারস্বত ব্যাকরননচিংবা তমখি।

কলাবিদ্যা :— ওঝা কীর্ত্তি সিংহ ককচিং বাইখিদা লৈবগী মফমদা কলাবিদ্যা তম্বা হৌখি। কোঙ্গ্রাইলাকপম মধু শর্ম্মাদা চহি ১০ গুরক-পদা শ্রীতোম্বনা বোরিহ্না কলাবিদ্যা তম্বা হৌখি। মথংদা ওঝা অমাকচম ৺লক্ষন সিংহ, ওঝা চন্দ্রসিংহ নাম্নন কোঞ্জিনদা মথং মথং ওইনা তমখি। ওঝা সাইখোম থানিন সিংহ নম্বোল জিরীদা লৈবগী মফম-দস্ নট সংকীর্ত্তন তমখি।

আকাশবানী :— শ্রীতোম্বা সিংহ আকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি। শ্রীসিংহ অসি লৈবাক্কা মশক থং-লবা নহা ওইরিবা কলাকার অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি।

সেবক :— শ্রীতোম্বা সিংহগী সেবক কয়ামরুমদ্ পোকলে। নিংথোম খোংজাওগী খোইনু সিংহ, ককচিং খুনৌগী অঙৌ সিংহ গুম্ গৌরনিত্যাই, চাইরেন মাবৈ অমদি বোরাচাওবা অসিনচিংবনি।

যুমপানবা :— শ্রীতোম্বা সিংহ মহাক্না চহি ১৮ গুরকপদা মঙ্গী দেবীগা লুহোংখি।

———

# শ্রীচবুংবম ইবোতোম্বী সিংহ

শ্রীচবুংবম ইবোতোম্বী সিংহ শকাব্দ ১৮৫৪ দা পোকখি। অপোকপগী মমিং অঙৌ সিংহ অপোকপী মমিং থাবৈমে দেবী কৌই। ইবোতোম্বী অঙাং ওইরিঙৈদগী লাই য়েকপা শাবনচিংবদা মাম্না থবাই মাওরকই অমম্বং

অগোই লীলামচিংবদা য়াম্না পুক্রিং চংলকই। শক ১৯৫৩ দা ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেলদা সপোর্টিং বেষ্ট এক্টর ভাখি। উনা হক্তুনা মুত্তি কয়া শাবা হৌখি।

কট্টুম :—শ্রীকুঞ্জবিহারী শর্মাদা ওজা ওইনা বোরিদুনা কট্টুমগী থবক তমখি। হৌজিক হেণ্ডিক্রাফটগী সংস্থান অমা লিংখত্তুনা থবক য়াম্না কন্না চথরি। শোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন গভর্ণমেণ্ট ওফ ইণ্ডিয়া, ইম্ফাল সেণ্টরগী ড্রেশনচিংবা সপ্লাই তৌরি। লোইননা সংস্থা কয়াগী পোষাক সপ্লাই তৌরি।

য়ুমশানবা :—ইং ১৯৫২ দা য়ুম শানখি। শ্রীমতিগী মমিংনা ওইনাম নিংথৌজম অচৌবী দেবী কৌই। অঙাং নিপাল পোকলে।

সমাজ সেবা :—বালভেজ মন্দির, মাবা শৈদম অসিনচিংবা কয়াগী য়োকখৎপদা তেংবাংলকখি।

অহৈবা :—শ্রীইবোতোম্বী সিংহনা ইবনি কলি প্রিয়লতা কৌবা নাটক অমসু ফোংখ্রে। শো কয়ামরুম উৎখ্রে।

# শ্রীমোইরাংথেম বোরাজাওবা সিংহ

মোইরাংথেম বোরাজাও সিংহ তেন্থা বখিদা পোকই। অপোকপা তোম্বা সিংহ অপোকপী শনশম নিংথৌজম মাঙ্গল দেবী কৌই। অপোকপনা কলাবিদ্যা য়াম্না পামখি। শ্রীসিংহ নিংথৌজম ৭ কী মফুংদা মতোমতা য়াওই।

শিক্ষা :—অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌখি। লোইননা পুং ঈশৈ কলাবিদ্যা তম্বা হৌখি।

কলাবিদ্যা :—অশানবদা খোকচোম অমুব (ওজা মনাওগী মণ্ড) দা পুং তম্বা হৌখি। মথংদা তখেলচংবম অমুদোন শর্মাদা দিক্ষা তৌদুনা রাগ অচৌবা, অমদি রাস কয়ামরুম তমখি। চহি ২৮/২৭ গুরুকপা মতমদা নাওরেম ধ্বজো হায়বা ওস্তাদা রাগ, তাল কয়ামরুম তমখি। কৈশাম ওজা কোকলৈদসু তমখি।

গোবিন্দগী থৌগল :—ওকেন্দ্র মহারাজগী মতমদা গোবিন্দগী থৌগল কংখি। মতম খরা নৈরগা হল্লবা ওইখি। হৌজিক গোবিন্দগী থৌগল তৌরি।

মুম পানবা :—চহি ২০ গুরুকপদা তকোন দেবীগা লোইননা মুম পানবদা থোংদামিন্নখি। মচা নুপা ৫ নুপী ১ পুন্না তরুক পোকই। হৌজিক ওমা অসিগী মশা ফরি।

## শ্রীগুরুময়ুম ইবোয়াইমা শর্ম্মা

শ্রীগুরুময়ুম ইবোয়াইমা শর্ম্মা শকাব্দ ১৮৩২ দা মেরা পুণিমাদা বাংখৈ থঙ্গালখোংদা পোকই। অপোকপগী মমিং ভগবান অপোকপীগী মমিং চাওবী কৌই।

শিক্ষা :—সারস্বত ব্যাকরণ, মুগ্ধবধ সারস্বত চন্দ্রিকা, প্রবোধ চান্দ্রকা, তর্ক সংগ্রহ, ক্রিয়া কাণ্ডনচিংবা তমখি।

চিত্রকলা — লাই য়েকপদি মপোক্তী ওইনা লোইননরকই। ওমা মংসিদম কালাচাঁদ সিংহদা থোন্নিহুনা লাই য়েকপা তমখি। চহি ১৮-৩০ ফাওবা য়েকপা শাবা তমখি।

ট্রেনিং :—কলিকতা শান্তিপুর কৃষ্ণনগরদা শ্রীসাইখোম শিশক সিংহ শ্রীঅরিবম তোম্বী শর্ম্মা মীগী মতেংনা ব্লোক মোডেল শাবগী ট্রেনিং চহি ২ চংখি।

লাই য়েকপা :—১৯৩০ ইংদা ড্রামা পার্টিগী শিল ময়াম য়েকপা হৌখি।

সঙ্গীত :—সঙ্গীত বিদ্যা পামহুনা ওমা থম্বৌ সিংহ কাওতবম ওমা তোম্বীগীদা ঊশৈ অমদি সিতার তমখি। সঙ্গীত পরিজাৎ, সঙ্গীত দর্পন, রাগ দর্পন, সঙ্গীত লাক্সগরনচিংবা নৈনখি।

বাদ্যযন্ত্র :—ক্লারিওনেট থোংবা পামহুনা ওমা তোম্বীদা তমখি।

ম্যুজিক ডিরেক্টর :—নৃত্যকার ৺শান্তিকিশর শর্ম্মানা কলিকতাদগী থোরক্লুনা মণিপুরদা নৈরবদা ইবোয়াইমা শর্ম্মাগা ভারহুনা ডান্স পার্টি

অমা শেরগৎপগী নিয়ম লেপ্পুনা শর্মা মশামক্না ডিরেক্টর ওইরগা ম্যুজিক পার্টি শেমদুনা ৺পাঞ্জিকিশর শর্মাগী শিব তাণ্ডব, সাগর মিলন, চিত্রাঙ্গদা, রাস, রাধাগ অসিনচিংবা কয়াদা ম্যুজিক কম্পোজ, নোটেশন তৌরুনা থবক তৌরি।

লমকোইবা: আসাম, গৌহটি. শিলংদা গভর্ণর লাকপা মতাংদা বোধচন্দ্র মহারাজনা পুথনা লগোই উৎপদা ম্যুজিকী শকক যাথি। ১৯৫৪ হৎদা ইণ্ডিয়ান পিপলস থিয়েটর এসোসিয়েশনগী (IPTA) সেক্রেটরীনা মণিপুরদা লাকপদা শর্মাজি এসোসিয়েশন অসিগী প্রেসিডেন্ট হাপখি।

## শ্রীশগোলশেম মোহোরী সিংহ

শ্রীশগোলশেম মোহোরী সিংহ ইংখোল ১৯১৯ গী ডিসেম্বর তাং ৩০ দা খোইরম লৈকাই লোয়োম্পাংডা পোকই। অপোকপা ইয়মান অপোকপী কুঞ্জ কৌই।

শিক্ষা:—চহি ৫ তরকপদা স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌখি। জোনষ্টোন হাইস্কুলদা পরিক্ষা (VI) প্রাইভেট কেণ্ডিডেট ওইনা পাস তৌখি।

মুৎপানব:—মোহোরসিংগী চহি ৩১ তরদা অহল লমম্না লুহোংখিখি। মোহোরী গৃহস্থ এনদা পুঙ্খং চংখিদে অহুনা চহি ৩৮ তরকপদা মুম পানবা পাদোকাখি, শ্রীসংহনা থনজহোৎ ওঙাশিংগী মায়ৎ মথাদা মচৎ ২ ইরি।

১। হইজ্রোম থবী যাত্র. কোংপাল লৌবাদোং মথা, মুক্রা কাংদৈ কানবী তমহোই।

২। শোরোকখাইবম ওঝা থাংবৈরবম লাইজিং নিংথৌ মমাক খৌশরোল মথল ৪ তমহোই।

৩। ওঝা কলকি লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা থাও তমখি।

৪। অদা অাসগী (কলকিগী খোইনশিন্নগী) পাউমাগী মচা হুপা তোনথাদগী থাওগী থয়পা, হুমবগী কিথুপ থয়পা তমহোই। অদুদা ওঝা

মাইনা তমশিন্দুনা মথং ২ চথরকপদা মরৈথংদা নৈতৈ পুরাদা থোংদাখি। মোহোরীনা কোয়চং চত্‌না তমশিনবা ১দি তম্বীবগী থবক চথখি। সেবক থরগী মিং মথাদা ইরি।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | শগোলশেম থম্বালঙৌ | — | নোংদা | থাঙ—তা |
| ২। | কোইজম তোইজাম্বা | — | মাইঙং পোকপী | |
| ৩। | থাংজম চন্দ্র সিংহ | — | কোংবা | |
| ৪। | জিএ, বলদেব শর্ম্মা | — | থামোন লৈকাই | |
| ৫। | লাইশ্রম কুমার | — | কা কৈথেল | |
| ৬। | শমজেংশাবম কোম্দুম | — | শমুংফম | |

থাং-তাদা শ্রীমোহোরী মখক নাইবা মীশক অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি।

———

## শ্রীলাইশ্রম নৈরেনতোম্বী দেবী

শ্রীলাইশ্রম নৈরেনতোম্বী দেবী পোইমৌ থোংজিন কোবা লমদমদা লাইশ্রম শাগৈদা পোকই, অপোকপীগী মিংনা শ্রীলাইশ্রম পাম্বিজাং কৌই। অপোকপীনা তোলমু কৌই।

নৈরেনতোম্বী নৌমিচৈ মতমদগী কলাগী লমদা থোঙদারকখি:—মশাগী চহি তরুক ওয়রকপদা বিষ্ণুপ্রিয়া শাখি। তম্বীখিবা ওঝাদি অপোকপা মশামক্তা তম্বীহনা শারখি। মথংদা নিত্যাইনন্দ শাখি মহাদনা মাইমিপোক থামোন লৈকাইদা লৈবা নিত্যাইনন্দ শর্ম্মানা তম্বীহনা লীলা অমু শারখি। মতুংদা নিত্যাইনন্দ শর্ম্মাদা ওঝা থোরিবনা থাসঙী ঊমৈ তবা হৌখি। মথংদা মাংয়েংকোনবিজন ওঝা চন্দ্রশিংদগী তমজখি। তুংদা মিংথৌ পোকপী মমাশিজ ঊবেম কমলাবতি (সনাই) দেগীগী লোয়নবা গৌরলীলা, শনথেনবনচিংবা কয়াদা শরুক য়ামিরখি। মতুংদা তেহাগী মধুবনোলদা মথোয় অনিনা থুবাক ঊমৈ তমখি। মতুংদা

শিংজবৈগী ইবোয়াইমগী ( শেকপীদা ) থুবাক ঊদৈ কাংলুপ কয়া কাংলবদা অমদি ওঝা তোচৌগী মাগুপতা কাংলবদা ঊনিংথৌ যুধচন্দ্রনা সঙ্গাইগা মথোয় অনিদা চপ মান্ননা মনা মথুম ( সনাগী মেডল ) পিবিখি। মথংদা গুরু হাওবম তোমা, গুরু মৈস্নাম অমুবী, বামোন যুবচন্দ্র, যুম্নাম ওঝা নাতুম, ওঝা পাকানচিংবদা রাস লীলানচিংবগী হিরমদা তমজখি। মথংদা লাইশংবম ইবেমনিদা গুরুগী ঊদৈশেনচিংব তমজরকখি, ওঝা লোথোনদম্ব তমজয়কই। ইমা ইবেমনীনা নৈখিত্রবা মতুংদগীদি নিংথৌপোকপী মমা-শিজা ঊবেম্মগা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী রাস অহম্মক্তা ওসি ফাউবদা সেবা কংজরি।

## গুরুঅরিবম ইবোচৌবী শর্মা

গুরুঅরিবম ইবোচৌবী শর্মা মাইরিপোক বামোন লৈকাইদা শোক ১৯৪০ ইংগী জুন তাং ১০ দা পোকই। অপোকপা নিত্যাইচান্দ শর্মা কৌই। অপোকপা অসি রাসধারী অমম্বুং শলশেনবা, গৌরলীলানচিংবগী ওজা অমনি। অপোকপীগী মিংনা ইবেমহল দেবী কৌই। শর্মা অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা পুং ঊদৈ পায়া হৌরকই।

শিক্ষা :—স্কুলদা অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক তমখি। মথংদা সংস্কৃত তমখি।

কলাবিদ্যা :—চহি ১২ শুরকপা মতমদা পুং তম্বা হৌখি। মাইরিপোক বিষ্ণু মহাদা লৈবা ওজা কৈশাম মনাওদা আদি গুরু ওইখি। মথংদা লাইশ্রম চুরা, খোইরোম অমুস্না ওজাশিং অসিদা তমখি। কোংবা মদনমুহন লৈকাইগী ওজা মাজাওদম্ব তমখি। ঙাইথেম চাওবা অমম্বুং শনশম মাইমা ওজাশিং অসিগী মফমদগীম্ব বিদ্যা তমখি।

রাসধারী :—চহি ২৩ ময়োম শুরকপা মতমদা অপোকপদা রাসধারীগী শিনফমম্ব তম্বা হৌখি। গৌরলীলা, শলশেনবনচিংবম্ব তমখি। ওজা

প্রজাগী অচানবা নমাই অমা ওইনা লৈবাক্তী লেবা তৌবা তৌরকখি। ভজা অসি মাইকৈ শোরদগী অফাওবা কলাকার অমনি।

লেবকখিং :—১। খনখম চাইগোই সিংহ ২। মুতুম যাত্রা সিংহ ৩। থোইরোম তোম্বা সিংহ ৪। লৌক্রাকপম সোইজাও সিংহ ৫। কৈশাম কাঙ্গাই সিংহ ৬। তিলেম তোম্বা সিংহ আসনচিংবাম।

নট কলেজ :—মাইরিপোক লেবা আশ্রম সঙ্গীত ভবন নট কলেজগী ওজা অমা ওইনা প্রজাগী লেবা তৌরি।

## শ্রীসোরোকখাইবম সেলুংবা সিংহ

শ্রীসোরোকখাইবম সেলুংবা সিংহ মাইরিপোক বাংখেম থুমদা ইং ১৯১৫ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রীমদন সিংহ কোই। অপোকপীগী মিং পেমতোন দেবী কোই। অপোকপা লাইরিক থিবান। মশাগী চহি ৫ শুবদা বিদ্যা তম্বা হৌখি। চহি ৭ শুবদা লাইরিক তম্না তম্না কলা-বিদ্যাদা খোংদাখি। সংস্কৃত বেঙ্গলীনাচংবা তম্বা হৌখি।

কলাবিদ্যা :—শ্রীলাইশ্রম পাবিজাং সিংহদা বোরিছুনা কলাবিদ্যা তম্বা হৌখি। চহি ১২ শুরকপদা থৌবালখোংদা লৈবা ওজা শ্রীলাইশ্রম কালা সিংহদা বোরছুনা সঙ্কীর্ত্তণ রস মথল কম্না তমখি। চহি ১৩ শুবদা কোংবা মদন মুহন লৈকাইদা লৈবা ওজা তখেল্লম্বম থম্বাল অঙোবা সঙ্কীর্ত্তণগী রস মথল কম্না তম্বা হৌখি। চহি ২০ শুবদা উচেকোন্দা লৈবা শ্রীলোইতোংবম ওজা চাওবদা মথল মথেল কম্নাগী বিদ্যা তমখি।

মৃদংপানবা :—চহি ২৩ শুরক্লবদা হুইজ্রোম লৈকাইদা লেবা লাইশ্রম নিংথোল মণি দেবীগা মৃদং পানবদা খোংদাখি। শ্রীসিংহ মণিপুরগী মফম কয়াদা কোয়না চত্তুনা ঊশৈ শক্লি, লৈবাক্তা মশক থংলবা কলাকার অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি।

সেবকশিং :—(১) থাইরোকপম চন্দ্র সিংহ (২) খোইবম মনি সিংহ (৩) মনিহার সিংহ (৪) শরাংথেম নবীন সিংহ (৫) চিংলেনমা সিংহ (৬) লাইশ্রম গৌরচন্দ্র সিংহ (৭) পুখ্রিহোংবম নেত্রজীৎ সিংহ (৮) খোমদ্রাম ইবোতোম্বী সিংহ (৯) যুম্নাম যুগে সিংহ (১০) থাংথেম যুগোল সিংহ।

ওজা :—১৯৭১ ইংদা লিংথৎখিবা মাইরিপোক সেবা আশ্রম সঙ্গীত ভবন নট কলেজ গী ওজা ওইনা প্রধানগী সেবা তৌরি।

## শ্রীলাইশ্রম ইবোতোম্বী সিংহ

শ্রীলাইশ্রম ইবোতোম্বী সিংহ থাবী লীবা ওজা, শীংজমৈ মখা নাওরেম লৈকাইদা শকাব্দ ১৮৩৪ থাকচিং থাগী পানথৎলকপা ১৩ নি পানবা নিংথৌকাবা দুর্মিক্তা পোকই। অপোকপগী মিং খম্বো সিংহ লাইরিক খীবা কৌই। অপোকপীগী মিংনা ৺চাউবী দেবী কৌই। শ্রীইবোতোম্বী সিংহ থাবী লীবা ওজা অসি অঙাং ওইরিঙৈদা নাউরেম লৈকাই নিম্ন-প্রাইমারী স্কুলদা লাইরিক তম্বকখি মঙাগবা ( Class II ) কাওবগী বৃত্তি পরিক্ষা যাওরকখি। বৃত্তি পরিক্ষা পাস তৌরকখি অদুবু ইমুংগী থুদোং-চাদবনা মরম ওইদুনা মখা তমথবা ঙমখিদে। মরম অদুন শ্রীশরাংথেম ওজা কুঞ্জীন থাবী লীবা হেয়াংথোং অহোংশাংবম লৈকাইদা লৈবগী মফমদা আদি ওক ওইনা চঙজখি মতৈখৎদা শ্রীলাইশ্রম ওজা থাবী লীবা গোকুল সিংহ নোংমৈবুংদা লৈবগী মফমদা মথল মথলগী ওইবা থাবী কয়ামরম অমুক তমজখি। অদুগী মতুংদা শ্রীনাওরেম ৺লৈবেঙ্গাও থাবীলীবা কক্ষা হইরোম লৈকাইদা লৈবা লৈবাক খুৎহৈবা শকথঙমখ্রবা ওজাগী মফমদা চংজদুনা থাবী লীবগী থবক থোরম আসদা খোঙদাঘকখি অদুম্না লৈবাক্কী থাবী লীবগী খোগলদা চঙজদুনা থুল লৈকাই কয়াগী সেবা তৌজরম্মি। ইং ১৯৬৬ তা পৌরানীক পরিষদ কৌবা মণিপুরগী থাবী

লৌবগী সংস্থান অমা য়েজিষ্টার তৌজরিবা অসিদা মেম্বর ওইরকপনা হৌজিকমক সংস্থান অসিগী সভাপতিগী তাত্ম অদু পূজরুনা লৈবাক্তী সেবা তৌজরি।

## শ্রীঅরিবম গোকুল শাস্ত্রী

শ্রীঅরিমব গোকুল শাস্ত্রী খৃষ্টাব্দ ১৯১৩ নবেম্বর থাগী তারিক ২১ লৈপাকপোকপা হুমিত্ত পোকই; পোক্কফম নমদম ব্রহ্মপুর ইম্ফালদনি। অপোকপগী মিং দেবচন্দ্র শর্মা, অপোকপীগী মিং হুমাবতী (চাওবী) দেবী কৌই।

শিক্ষা:—গোকুল শর্মা অসি আসাম সংস্কৃত বোর্ডনা লৌবা উপাধি পরীক্ষ শাস্ত্রী '৯৩৪ দা পাস তৌখি। ১৯৪৬ ইংদা স্মৃতি উপাধি পরিক্ষা পাস তৌখি। পরিক্ষা থুদিংগী আশ্র মধ্যদা অয়াম্বা শরুক্তা বৃত্তি ফংখি। স্মৃতি শাস্ত্রীগী পরীক্ষাদা সার চুড়াচাঁদ মহারাজনা মরুনাই ওইনা তোপ্পা মন লুপা ১০০/.০০ পীবিখি।

ব্রহ্মসভাগী সদস্য:—১৯৪১ ইং ডিসেম্বর তাং ১৭ নোংমাইজিং হুমিত্তা শ্রীগোবিন্দগী ব্রহ্মা সভাগী সদস্য অমা "ভাগবত-রত্ন" কৌবা উপাধি পীদুনা রত্ন থুবমদা থম্মীখি।

সমাজ সেবা:—শ্রীশাস্ত্রী সমাজগী সভা মথল কয়াদা থৌদাং লৌখিবা মীশক অমনি। চুড়াচাঁদ মহারাজগী মতমদা ফমখিবা "মহাসভা" গী সদস্য অমা ওইখি। বোধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা তাং ৭ | ১ | ১৯৪৯ ইংদা বারুণী মহাদেবগী পূজাগীদমক শাস্ত্রীবু পুখিরম্মী। অদুগী ফলনা মরম ওইদুনা "চিঙ্গোই বারুণী" কৌব কবিতা লাইরিক অমা ইদুনা মহারাজদা কৎখি। ১৯৬১ ইংদা কলিকতাদা ফমখিব "অখিল ভারতীয় সাহিত্য সম্মেলন" কৌবা সংস্কৃত পণ্ডিতশিংগী সভাদা সরকারনা শাস্ত্রীবু থাখি। .৯৭২ ইংগী সংস্কৃত দিবসতা শাস্ত্রীবু সরকারনা ফিরোল মনা মথুম পীখি। ১৯৭৩ ইংদা নেশনল এবার্ড ফংখি।

ওজা ওইবা :—১৯৪৬ ইংদা গোবিন্দ চতুষ্পাঠী বিদ্যালয়গী ওজা ওইখি। ১৯৪৬ দা গভর্ণমেন্ট সংস্কৃত বিদ্যালয়গী ওজা ওইখি। ১৯৭৩ দা প্রধানাধ্যাপক ওইখি।

লেখক:— লইবা লমা ওইনা ১৯৭১ ফাওবা কোংখিবগী লাইরিকশিং :—

১। ১৯৩৮ দৈববোধক
২। ৪০ পূজাপ্রদীপ
৩। ৪৬ অশৌচপ্রদীপ
৪। ৫০ চিঙ্গোই বারুণী
৫। ৫৭ সাহিত্য সিংশেল
৬। ৬৪ ,, ২বা
৭। ৬৪ কিরাতার্জ্জুনীয় অনুবাদ
৮। ৬৮ উত্তর রামচরিত
৯। ৭১ অশংবা রামায়ন
১০। ১৯৭৩ ,, কদম্বরী
১১। ৭৪ রত্নাবলী নাটক
১২। ৭৬ অশংবা মহাভারত ( ১ খণ্ড )
১৩। ৭৮ অশংবা মহাভারত ( ২ য খণ্ড )
১৪। ৭৯ বৈধকর্ম্মকাল
১৫। ৭৯ হরিনাম মনিমাল ( ব্যাখ্যানুবাদ )

খবক্তগী পোথাবা :—তাং ১। ১২। ১৯১৯ ইংদগী ওজা ওইবা পোথখি। যৌতিক মঙ্গলতাগী ব্যাহাকারী ওইরি॥

———




# ৭শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন

## ১৯৮০ ইং

মতম :—নুংথিল পুং ২ (অনি)

মফম :—সোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন (কুকিহোল) ইম্ফাল

শ্রীযুত/যুক্তা ............................................................

সাং ............................................................ গী

মফমদা যোল্লুক্লা নিংশি জরি।

লাক্লিবা তাং ৬।৭।৮০ ইংদা "মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশনগী" শিল্লাংহুনা ৭শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন পাংথোকনবা ত্তোংনজরি সম্মেলন অসিদা সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি অমসুং সমাজ সেবীশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎতুনা উপাধি-পত্র মচিংবা পীগদৌরি

লোয়ননা কলা অমদি সংস্কৃতিগী থৌরম কয়ামরুমমু উচ্চগনি। পুকচেল চাওরবা/চাওরবী কলা প্রেমীশিংনা মতমচানা লেংবিরকতুনা সম্মেলনবু মপুং ফাহনবিনবা যোল্লুকচরি।

শ্রীতাখিয়াম কুলচন্দ্র সিংহ
"পাণ্ডত"
অধ্যক্ষ-স্বাগত সমিতি
তাং ২৪।৬।১৯৮০ ইং

১। খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
২। শামুরাইলাৎপম গোপেন্দ্র শর্মা
কনভেনর

# ৭শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন
## ১৯৮০ ইং

মতম :—নুংথিল পুং ২ ( অনি )

মফম :—সোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন ( কুকিহোল ) ইম্ফাল

প্রধান অতিথি :—শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ

সভাপতি :—শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

১। প্রধান অতিথি অমসুং সভাপতি অনিমা তাণ্ডবদা লেংশিনবা।

২। শৈহৌ ঈশৈ :—সোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজনগী কলাকারশিং।

৩। স্বাগত সমিতিগী অধ্যক্ষনা সভাবু তরাম্না ওকপা।

৪। প্রধান অতিথিনা সম্মেলন হৌদোকপিগনি।

৫। সভাপতিনা কলাকার সম্মেলনগী মরমদা বা ঙাংবিগনি।

৬। প্রধান অতিথিনা বা ঙাংবিগনি লোইননা উপাধি পত্র য়েন্থোকপীগনি।

৭। অথরবা কলাকার থরগী সংস্কৃতিগী খুদোল।

৮। শিল্পংবদগী কাউ কাবা কাওবা ( ডান্স ড্রামা )

শাল্লবিগদবা—সোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন ইম্ফাল

৯। শৈরোই ঈশৈ

১০। থাগৎ য়াহৈ




অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন
( ইম্ফাল ) দা উপাধি পীজুনা
ইকাম থুম্নখ্রবা কালাকারশিং

| নং মুমাক | মিং | লৈকম | হিরম | উপাধি |
|---|---|---|---|---|
| ১। | লাইশ্রম ইবোতোম্বী সিংহ | বাওরেম লৈকাই | বারী লিবা | "কথাবাচ |
| ২। | নিংথৌজম মাইমা ,, | চিংঙা মখা | ,, | "কথাবাচ |
| ৩। | লোয়োকথাইবম সেলুংবা ,, | মাইবিপোক বাংখেম | নট চোলোম | "আচার্য্য |
| ৪। | লাইশ্রম থম্বৌ ,, | ,, খোইরোম | গৌরলীলা | "আচার্য্য |
| ৫। | গুরুমযুম ইবোমাইমা শর্ম্মা | বাংখৈ থখালখোং | বাদ্যযন্ত্র | "আচার্য্য |
| ৬। | মোইরাংথেম বোরাজাও সিংহ | কোহূং মখিং | পুংয়ৈবা | "আচার্য্য |
| ৭। | চবুংবম ইবোতোম্বী ,, | শগোলবন্দ লৌক্রাকপম লৈকাই | শিল্প | "শিল্পকল |
| ৮। | গুরুআরিবম ইবোচৌবী শর্ম্মা | মাইবিপোক বামোন লৈকাই | রাসধারী | "বিশার |
| ৯। | লাইশ্রম নৈরেনতোম্বী দেবী | কোংবা | সূত্রধারী | "বিশার |
| ১০। | শরোংথাইবম তোম্বা সিংহ | চাইরেন মমাই লৈকাই | নট-সঙ্কীর্ত্তণ | "বিশা'র |
| ১১। | মোইরাংথেম ইবোতোম্বী ,, | থাংমৈবন্দ ইম্ফাল | থাং-তা | "আচার্য্য |
| ১২। | শগোলশেম মুহোমী ,, | খোইবম লৈকাই | ,, | "আচার্য্য" |

